# ঐদি
# য়ুম পান্দবীনি

(উপন্যাস)

ঈবা

**খাইদেম কুঞ্জবিহারী**

ডাবপোক সিনাম লৈকাই, ইম্ফাল।

অফোংবা ঃ খাইদেম নবকুমার সিংহ
উরিপোক সিনাম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা ফোংখবা লাইরিকশিং ঃ
১। শ্রীদ য়ুম পান্দবীনি
এপ্রিল ১৯৭১
২। মোইরাং খোংবী সাহিত্যগী মমোমনি
ফেব্রুৱারী ১৯৮১

স্বত্ত পুন্নমক অইবগীনি।

অনিশুবা ফোংবা ঃ
শ্রীদি য়ুম পান্দবীনি
সেপ্টেম্বর, ২০০৪

কোপী মশিং ঃ ১১৫০

মমল ঃ লুপা ৪৫/

লাইরিক ফংফম ঃ
অফোংবগী য়ুম অমসুং ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

নম্ফল বিব কম্প্যুটর প্রীন্টিং বার্কস (বিঃসিঃপীঃদাব্লিউঃ)
৮৫ পীঃডিঃএঃ লম্ফেলপাৎ ৪



অইবা - খাইদেম কুঞ্জবিহারী

## কংচবা

ইপা শক্লবা ইয়াম্বগী মফমদা ঃ-

ইয়াম্বগী অনিংবা থুংনবা
নিংঙমদবা মৈচাক কোক্লবা
মনাও অমা লৈহৌবগী থৌদাং
হৈত-হৈত শেমজদুনা
অইবা ইয়াম্বনা ইবিরম্বা
"ঐদি য়ুম পান্দবীনি"
অনিশুবা খুৎনমসে,
লৌবিয়ুকো লৎনদনা।

নহাক্কী মনাও
নবকুমার

অনিশুবা ফোংজবগী ঃ-

# ৱারোল খরদং

অহানবা খুৎনম পুথোকপ্লবা মতুংদা অইবনা বনান অমসুং ৱাহৈ-ৱাতা মঙা/তরা শেমদোক-শাদোক; অরান-অহুই, তৈথোক-নানথোক অমসুং অপাম-পামদা য়েংদুনা থম্বিরম্লবা, ফোংদোকপগী খুদোংচাবদি ফংখিদ্রবা, লৈখিদ্রবা ঐগী নুংশিজরবা ইয়াম্বনা ফোংলকউ হায়বা নিংঙমদবা ৱাহৈ খরা হায়দনা থমবিরমলবা উপন্যাস "ঐদি য়ুম পান্দবীনি" হায়বা লাইরিক অসি ফোংনবা তাঞ্জা কয়া নানথোকখি। তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা, হায়না-ঙাংনা, তাথোক-তাশিন য়াদবা মীনুংশি খঙদ্রবা, মশাগীতা য়েংবা, অনিশুবা মথৌ অমা লৈতবা, মতম হায়বা অদুতনা হাপচিনবিরৈ ঐঙোন্দা অহিং-নুংথিল কয়া শেমজিন্দুনা চহি চবুন চবুন, করিবু খল্লমগবা খামলু-হংলুবদি য়াদা খাঙজরকপনি শাংলবা চহিগী কোকথোং পুদুনা। থাবিরবে, ঐগী কোকথোং ঐগী নুংশিজরবা ইয়াম্বগা তিন্নবিরম্বা মরুপ মপাং কয়ানা, পিরকপা থৌনা অমসুং অইবগী থৌজালগা লোয়ননা। অনিংবা আশা থুংজরে হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা অনিশুবা খুৎনমবু অহুমশুবা খোংজংদা, ইথৌ অমা ওইনা হৈত হৈত অইবগী অনিংবা থুংনবা ফোংজবা অসিদা, বনানগী মতাংদা অশোয়-অরান কয়া থেংনবিরবসু সাহিত্যবু নুংশিবিবা খুদিংমক্লা তাকপিরকপা খুদিং হরাও হরাও লৌজবগা লোয়ননা মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগে। ঐ অইবা অমা ওইজদে। থৌদাং অমতং পাংথোকচবতনি।

অনিশুবা ফোংনবা হোৎনবদা থৌনা পিবিরকপা ইয়াম্বগা তিন্নবিরম্বা মরুপ-মপাংশিং অমদি ঃ- বির কম্প্যুটর প্রীন্টিং ৱার্কসকী কম্প্যুটর পায়বা অঙাংশিংনা অঙাং ওইবগী নুংঙাইতবা কয়ামরুম অফোংবা ঐঙোন্দা পিখিদবা নত্তে। ত্রাই

ত্রাই এগেন বট ফেল হায়বা ঝাহৈ নিংশিংলকখি অদুবু প্রোপ্রাইটরগী নুংঙাইববা ঝাঙাং শাঙাংনা বাবাবুর্শকী ঝারি নিংশিংহন্দুনা লাইরিক অসি ফোংবা ঙমজবগীদমক্তা প্রেসকী ইচিল ইনাও খুদিংমক্কী তৌবিমল কাওজবোই। লোযননা মকুপ সি. অইচ. অচৌ, এন. প্রিয়োবর্ত্ত অমসুং হেমন্ত তেলেম্বা (চেখুম য়েকপীবকপা) গী চাওরবা লমন তোনশিঞ্জরে।

*অফোংবা*

# কৎচবা

৺থমচেৎ

পিক্লা লৈচল ব্রাৎলবা,
হাঙ্‌লবা লাইরিকসে নচাগী
লৌবিয়ুকো ইমা নংতনদি -

নচা
কুঞ্জবিহারী ।

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যগী বশ যাওবা লাইবিক খবা পাকবদগীবা নৎত্ৰগা সমাজ অসিদা শিংলিবা সাহিত্যগী নুংশিংনা হকচাংদা যৈবদগী ওইবিদ্রা বিষয অসিগী অপাম্বা অমা পুক্লিংদা লৈবকপা কুইবে। মাইকৈ অশোমদা পুকনিং চঙ্বা ইচিল ইনাওশিংনা লাইবিক কযামকম পুথোবকপদা লনাই ওইনা নুংঙাইজবা পোকই, নুংঙাইতবা অমনা ঐ ইশামক্কি লাইবিক অমা ফাওবা সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনবা ঙমদ্রিবসিনি। ইগে নিংবা ৱাখল অমদি ৱাশকপগুম কাউবকতে পুকনিংদা লমন তোনবগুম নুংঙাইতে, যাম্না থুনা শিংদোকনিংই। ঐগী শিনফমনা লাইবিক ইবগা খবা লাপনবনবা নৎত্ৰগা ইনবগী মচাক অদু মপুং ফানা লৈত্রিবনবা থবক ওইনদি শুকপাই পাইখৎলুবা ঙমদে।

হন্দকতা অতোপ্পা ৱাফম অমনা ঐবু হেন্না ৱাখল খলহনখি। যুমদা ফমদুনা লৈববদা লাইব্রেবিদগী অমসুং দুকান্দগী লাইবিক লৌদুনা অৱাবা ৱাখল খাঙবা হৌই। ঐবু যুমদা ফমহনখিবা অদুমক্তি চে-কলমগী লিচিংনদি নৎতে, ইতোপ তোপ্পা বাফম অমননি, বাফম অমনবু ওইববসু অমনবু ওইববসু ইনিংবগী ঈহৌ অমা লাক্নুনা ইবা হৌখি। হান্নদগী খবা খবা খনলকপদু লোইনা চুমদবনবা, অনৌবা মওং অমা পামলকপনবা অনৌবা ঈহৌ -অসিদা ফনা য়াম্না শেমদোকখ্রে, ইনৌ নৌবা লাইবিক অমা ইবে।

লাইবিক অমা লমন তোনবগুম শিংদোকনিংখিবদু হন্দক ইদুনা পুথোকলিবসি ওইবা তাই। পুকনিংগী লমনদি তোন্দ্রে হাযবসু যাবে, অদুবু ইকাইবা অমসুং অকিবা অনিগী মাযোকনবদগী লাইবিক মচা অসি মপানগী সাহিত্য জগৎতা পুথোকপা ঙমদ্রে। ঐতগী পুকনিংদা নিংজকবগী ওইবা লাইবিকনি, ঐতগী ওইদুনা তোক্লগদ্রা, ৱাফম অসিনা মবম ওইদুনা থবক পন্থবা উববদা মখাদা পনজবিবা ভদ্রালোক

অমসুং ভদ্রামহিলাশিং অসিনা মখল মখলগী মতেং পাংবিদুনা অমসুং পুকনিংদা অনৌবা থৌনা হাপ্পিদুনা লাইরিক অসি পুথোকচখিবনি। লাইবিক মচা অসিগী মনুংদা অশোয়বা অরানবা কয়া থেংনবিগনি, পাবিরিবা অমসুং পাবিরিবিশিংনা অনৌবা কলমগী মমিনি খনবিদুনা লাইরিক মচা অসিবু লৌখৎপীববদি মতম কুইনা ৱাজরকপগী মহৈ য়ানলে খনজগনি।

অইবা

# থাগৎচবা

লাইরিক ইবগী নোমনা নীয়োম করিশু য়াওদনা ইবদগী লাইরিক ওইনা পুথোকপা য়াদ্রাবদা ঐগী ইয়াম্বা - নাগরিক অধিকার তত্ত্ব, ইন্দিয়ান এদমিনিস্ট্রেসন অমসুং বাপুজী (ফোংদ্রিবা লাইরিক কয়ামরুম) ইবিখিবা শ্রীথিয়াম নরেন্দ্রা মিউনিসিপালিটি কমিসনারনা অযুক নুমিদাংগী থবক ওইনা লাইরিক মচা অসিদা মায় ওনশিনবিদুনা বনানগী অরানবা অমদি লাইরিক অমা ওইবগী হৌনবি মওং মতৌ শুনা হাপচিনবিদুনা অমসুং হোংদোকপিদুনা "লাইরিক" ওইনা পুথোকপিখিবনি। তাইবুঙো অসিগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিনজরে।

ঐগী লৈকাইদা লৈমিন্নবি রা: কু: থানিনম্না এমঃ কোমঃ, বাঃ কুঃ তোম্বিস্না এমঃ এসঃ সিঃ অনিমক লাইরিক পাবগী মহাও খঙলবি ঙাক্তনি হায়বা খঙদুনা ঐগী খুৎই লাইরিক পাহনখি। চুম্না পারগা ফজৈ ফজদে হায়বদা নৎতনা লাইরিক্কি মবুক মনুং য়ৌনা লুপথদুনা লাইবিক্কী মওংমতৌ অমসুং অশোয়বা অরানবা কযামকম পুথোরক্তুনা অইবা ঐবু উহনখি। লাইরিক অসিবু হেন্না ফজহন্নিংবদগী মনুংগী অমসুং মপানগী অশোয়বা কয়াসু শেমদোকপিবকখি। লৈমিন্নরকপগী মিংয়েং অমদা য়াম্না নৌনা অমসুং য়াংনা উরুই তৌইগুম্বসুং মখোয় অনিদগী মমল য়ামলবা পাউতাক ফংলকলবদা পুকনিংদা থাগৎতবা ঙমলুদ্রে। ঐগী লাইরিকপু হেন্না ফজবা লাইরিক ওইহনবিরকপগীদমক ইচল অনিগী মফমদা অচৌবা লমন তোনলবনি।

অইবা

# হীরম লমায়

# ঐদি
# য়ুম পান্দবীনি

## মধুবাবুগী ইমুঙ

মধুবাবুগী যুম্বাল অসি য়াম্না চীক্লা তরু তরুনা পানবা যুম্বালনি। মধু, ইবেমহল অমসুং ইবোচাউবা মখোয় অহুমতা মরৈ। লৈরিবা মীওইশিং অসিসু থোইদোক্লা অঙাংদা অঙাং ওইখিবসু য়াওদে, থবক ইংখাং শুবা নোম্বা ঙমদদুনা ইমুঙ মাঙ্গোলদগী হেন্দে হায়বা অহলদা অহল ওইরবা হায়বদুসু য়াওদে। তিন্না কুপ্পা মৈতৈগী লাইখল তাবা যুমজাও অমদা লৈ। য়ুম অসি মধুবাবুগী হাকতক্তা শাবা মান্দে, মীরোল অমা অনিগী মতমদগী হৌনা ইনাক কৈরোক খুন্না লৈরকপগী মওং মাল্লি। মখা শঙ্গোই, অরাং শঙ্গোই, য়ুম অমা পানবগী অৱাংপা অমত্তা উদে। য়াম্না হেন্না ইনাক-কৈরাক খুনখিদুনা মীনা হেক চঙবা য়ৌনা হঙ্গোইখিবা যুম্বাল অদুমকসু নত্তে। শেল থুম য়াম্না লৈদুনা ফুরা-দলান শাবা, কার তোংবা ঙম্বা মীতা ওইরবসু, মধুবাবুসি থোইদোক্লা পংতৌ তৌথোরক্কদবা মানদে। দরকার লাক্লবা মতমদদি অরৈবা শেল থুম পুথোক্লুনা মশাগী ইজৎ ঙাকপা মীতানি। করিগুম্বদা মরুপ মপাংশিংনা লৈত লাইরগী শেল খরা লৌখিবা থোক্লবসু মী অমগী দরকারদা চঙখ্রবনি মখনদোকই। মীগী মতেং য়াম্না পাংদুনা মীশিং অদুদা মানা ঙম্বা মিৎয়েং য়েংবা জাৎসু নত্তে, অচৌবসু মচাসু মীবু ব্যবহার তৌনা লোইনবসি মধুবাবুগী পামজবা লিচৎ অমগুম উই। ইমুঙ অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিসু অমগা অমগা লিচৎ শাজৎ ইমান মান্নে; পুকচেল খোইজেল ইতিন তিন্নে। ইবেমহল অসিসু মপুরোইবনা নুংশিদুনা

শেল থুম অমদি খুদোং চাবা, মতেং পীখিবা মীওইশিং অদুদা তাঞ্জা য়েংদুনা নুপী ওইবগী হৌনশা মপুরোইবগী অচৌবা পুকচেলবু শীংথাদুনা মশাগী ইজৎ লৌহৌবা মীতাসু নত্তে।

মধুবাবু আফিস অমগী মকোক ওইরিবা আফিসারনি। মহাক্না থবক অসিমক য়াম্না পামজনা তৌখিবনি হায়বদি হায়নিংদে, মধুবাবুসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা আশা য়ামনা চাউজরকই। মহাক্কী মিৎয়েং অমসুং ব্রাখলসু ইতোপ তোপ্পগুম তৌই। "সারকারগী থবক তৌদুনা তলপ চাবা হায়বসিতদা লাইরিক হৈরবা অমসুং লাইরিক তমলিবশিংগী আশা থম্ফম ওইবা তারবদি লাইরিক হৈবগী কান্নবা অমসুং নুংঙাইবসি মপুং ফাদ্রি; সমাজ অসিনসু লাইরিক হৈবশিংদগী ফংফম থোকপা কান্নবশিংদুসু ফংদ্রিবনি হায়খি।" মতম অয়াম্বদা মমা-মপাদা হায়খি "অচৌ-অচৌবা লৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎতুনা অনৌবা চাওখৎপগী মওং য়েংনীংই"। মীনা শীনবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা হায়বদুনি, মধুবাবুনা এমঃএঃ পরিক্ষা থারমলগা থোরকপদদি মপা শিরমলে। পরিক্ষা মনুংদা শিখিবনি, পাউ তাহনলনুসি হায়দুনা তাহনখিদবনি, ব্রাফম অসিমক্না মধুবাবুগী মীরৈবাক্তা লাইরিক তমথবগী আশা কায়খি। মতম্না য়ারকতদুনা সরকারগী থবক তৌখি। মথক থোংবা আফিসারশিংনা অফবা মীনি হায়বা খঙদুনা ফমথোন মথং মথং পীখি, মমৈদা অচৌবা আফিস অমগী মকোক ওইখিবনি। কনাগুম্বা মীদা থোক্লবদি লাইরিক তমজরুবগী মহৈ ফংলে হায়দুনা হরাওথোকপসু ময়ারবনি অদুবু মাদি থোইনা হরাওবসু উদে, নীংবা কায়বসু মানদে। মধুবাবুগী মরন্নাই ব্রাখল অমনা মচা নিপা ইবোচাউবগীদমক অচৌবা আশা অমা শাগৎতুনা থমলি।

——— (***) ———

# চৈরাওবা নুমিৎ

নুমিদাংৱাইরমনি। মী পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদগী মপান থোরকলে। লম্বী শোরোক পুম্নমক মীগী মী ঙাক্তা ঙাইরে। থোইদোক্লসু মৈতৈগী চৈরাওবদি মীপুম খুদিংমক ইনুংত-নুংঙাইনা উই, নুংঙাইফমসু থোকই মাগী মাগী য়ুমদা চহিগী অনৌবা মথেন কয়ামরুম চাদুনা অনৌবা ফীজেৎ লৈতেংনদুনা থোক্লরক্লিবনি। খরনা অপিকপা মচানুপা, নুপী মখুৎ শম-শমদুনা পুথোরকই, খরনা মচল-মচে জীপ্তা, কারদা হাপ্তুনা কোইচৎ চৎলি, লৈবাক্কী ইরাং য়েংলি। খ্বাইদগী হেন্না মী তিনবদি চৈরাওচীং, চীংঙাচীং ওইরবোই নিংই। য়েংখিবদা চীংখোঙদগী চীংদোল ফাওবা মীনা পুমঙৌ ঙৌরি, ইবোচাউবগা স্নাজাউবগসু নুমিৎ অদুগী ইরাং য়েংলিবনি হায়দুনা সহরগী লাঙলবা মীয়াম তিনবা মচী খুদিংদা কোইচৎ চৎলি। নুমিৎ অসিদা চেনবা জীপ, কারদি মীশিং হেননা তোংবনা অয়াম্বনি, মীশিং হেন্না তোংবগীসু থোইনা চোপনবা নুমিৎ নত্তবনা অউবশিংনসু থোইনা নুংঙাইতবা পোক্তে, থোইনদুম ফজনা উই। ইবোচাউবগা স্নাজাউবগগী জীপতি কনাসু তোংদে, মখোয় অনিতমক তোংই। মমৈদা মীয়াম তিনবা জগা থাদোক্তুনা ইম্ফাল-ডিমাপুর লম্বীদা মমায় অৱাং পাংনা ওন্দুনা থৌরক্লে। লম্বী অসিমদি থোইদোক্লা পংলাঙ লাঙদবগুম তৌই। মীরক্তা কোক ঙাওরুরগা অহাংবা মফম অমদা থোরকপসি অনৌবা নুংঙাইবা অমা পুক্লিংদা ফাওবগুম তৌই। চীংমৈরোং লানথোক্তুনা মথং মথং থৌথরকপনা খোংহাম্পাৎ চীঙ্গোল য়ৌরক্লে। মায়কৈ অসোমদা মরুপ অনি অসিগী থবক অমা লৈ। নুমিৎ নিনি হুম্নিগী মমাঙদা খোংহাম্পাৎতগী খরা হায়থরগা লৈবা ইবোচাউবখোয়গী 'ফার্ম'দা মখোয় অনি লম অদুগী নহারোল খরগা 'পিকনিক' অমা তৌখি। নুমিৎ অদুগী চরাংনবদুদা ইবোচাউবগী ডাইমগুনা মমায় ওইবা খুদোপ অমা মাঙখি। খুদোপ অদু মীশক খঙদবা অঙাং অমা অনি য়াওবদুনা লৌশিনলম্বা য়াই হায়না মরুপ অনিনা চিংনৈ। অঙাংশিং অদুদা থেমদুনা পৈশা খরা পীরগা লৌবা য়াব্রা য়েংসি য়াদ্রগনা মখোয়বু মওং অমা ওইনা কিহনদুনা লৌরকসি হায়নদুনা মরুপ অনি অসি ময়ুমদগী তায়ারি তৌদুনা লাকপনি।

ঐদি য়ুম পান্দবীনি

মতম অসিমকতি কালেনগী অশাবা নুংশাসু খরা খরা নেমথরক্তুনা নুংশাগী অয়াকপা মপাঙ্গল হন্থরক্লে। কোরৌহনবনা অতিয়াগী অশাংবা লম্বী কোইরুরগা তাইবং মীগী তঙাং-তঙাংবা কুচু অমুক্তং য়েংলমখিগে মতাগুম নোংচুপ চীংয়াদা লেপলরে । লাংদা থুরবা কৈগুম মশেক মঙান অমত্তা য়াওদনা লৈচিন নোংফাই মরক্তা ঙাংশং ঙাংবা শকফম অমা ওন্থোক্তুনা লৈরি। স্না মচুগী কোইরপ কোয়বা মওংনি, বীদাইগী মতমদা তাইবং মীগা মিৎচাননা য়েংনরে। নুমিৎকী স্না মচুদগী থকতোরকপা মঙাল অমনা মী খুদিংমক্কী কুচুশু স্না মচুগুম ফজরে। মপানগী ফজবা অসিদা নত্তনা পুক্লিংদসু খোইরাঙ খোয়শাওবা লৈতবা অঈংবা অতপ্পা অমা ফাওরকই। পুক্লিংদা ফাওরক্লিবা অঈংবা নুংঙাইবা অসিনা চীংয়া তময়াদগী শিৎলকপা নুমিদাংবাইরমগী নুংশিৎননি। ফজবসি য়েংনা য়েংনা মরুপ অনি অসি অৱাং পাংনা অসুম থৌথখি। ফনা শাংনা চত্থরে য়ৌরুসি ঙাংনখিবা ফর্মি অদু য়ৌশিনলক্লে নুমিৎসু ময়ুম চঙখ্রে।

মমায় অৱাং পাংনা থৌরকপা জীপ অদু নোংচুপ পাংনা লম্বী মচা অমদা তপ্পা তপ্পা য়ৌজিনলকপনা শঙ মচা অমা শারিবা মফম অদু য়ৌশিনলকলে, গাড়ী খামখ্রে ইবোচাউবা অমসুং স্নাজাউবা অনিমক কুমথরে। থবক শুবা খরা ফমলিবা অদুগী মরক্তগী অহল অমা থোরক্তুনা ইবুঙো অনি কদোমদা লেঙবিরুবনো ? ওন্থোক্লা থাজদনা লেংঙকইদা! ইমুঙদা লেঙশিনসিরা, কদায়দা পোত্থানি? ইবোচাউবানা খুড়া ফমলরোয় মমখিদৌরে, নহানগী চাক চানবদা য়াওবা অঙাং খরদু উনগে লাকপনি। ইবোচাউবগী খোঞ্জেন হেক তাবদা ইঙ্খোল ময়ায়দা শান্নরম্বা অঙাং খরা অদুগী মরক্তগী অমনা তামো-তামো, নঙগী খুদোপ যাম্মা ফজবদো ঐনা থমজিনলি পুখ্রো হায়দুনা চেনলক্লগা ইমুঙদা চঙখ্রে। থুনা অমুক চেন্থোরক্তুন ইবোচাউবাদা খুদোপ পীররে অদুগা অঙাংদুনা-ঐগী ইমান্নবা ইমোচানা খুনলগ ঐঙোন্দা পীবনি। তামো নখোয় অনিনা থিরম্বা মফম অদুদা লৈরমদে, নখোয় অনিনা চাক তোক্লগা সাপোন নোইদুনা নখুৎ হামলম্বা মফম অদুদা লৈরমই। মখোয় খরা অদুনসু য়াম্মা থিরমই। ইবোচাউবনা ফুরিৎখাউদগী তরাগী নোট অনি পুথোরক্লগা-সে অমনা নঙ লৌ, অমনা নঙগী নমান্নবা ইমোচাদা পীয়ু - হায়দু তরাগী নোট অনি অদু অঙাং অদুদা পীরে। শেল পীখিবদু উবদা মখাগী অঙা

অপিকপা অনি অহুমদুসু মখুৎ তিংথোক তিংথোক্তুনা চঙশিনলকই। স্নাজাউবনা মাগী ফুরিৎখাউদগী নোট খরা পুথোরক্লগা খ্বাইদগী পিকপা নোট অহুমখক খল্লগা অঙাং অহুমদুদা অমমম পীরে। অঙাং পুম্নমক মাগী মাগী শেল উৎনদুনা হরাওনরে।

ইবোচাউবনা অহল অদুদা ওনশিন্দুনা - ফরে, খুড়া ঐখোয় থেংখিদৌরে চৎলগে হায়রগা গাড়ী তোংখৎখ্রে, লম্বী মচা অদুদগী থৌদোরক্তুনা অচৌবা শোরোক তারে, মমায় মখা ওন্না ময়ুম তান্না থৌরক্লে। মতম অসিমক্তি মালেম অসি অমম্বনা খরা খরা কুপশিনবা হৌরক্লে, মালেম লৈমায় অসিদা নত্তনা শংবান্নবা অতিয়াসু থা থাব্রানমিচাক উখিদ্রে, ফজরম্বা পুম্নমক্তু মাঙখিদুনা অকিবা শকফম অমা ওইশিনলক্লে। চীংয়া তময়াগী মচী খুদিংদা নোং মংশিনলক্লে, থুরেমখৈ অকনবা নোং নুংশিৎ অমা তৌরক্কদবগুম তৌরে। মরুপ অনিগী জীপ অসিসু অসুম থৌরকপনা খোংহাম্পাৎ চীঙ্গোল য়ৌরক্লে। চুমদ্রিং লাকপা লম্বীদগী চীঙ্গোলগী গোলাই খরা মথং মথং লৈশিনলক্লে, গোলাই অমা হেক লৈশিনলকপদা জীপকী মৈঙান অদুদা নুপীমচা অমা মশম মনা ইফা-ফানা মমায় অব্রাং পাংনা কন্না চেল্লকপা অদু মখোয় অনিমক চপ মাননা উরে। নুপীমচা অদুগী তুংদা নুপা অমনসু কন্না তান্নরক্লি। নুপীমচা অদুনা মমাঙদা লাকলিবা গাড়ী অদুদা চঙজফম ওইগে মতাগুম জীপ অদোমদা নক্লা চেনশিল্লকলি। ইবোচাউবনা স্নাজাউবদা মখুৎ নাম্মনা গাড়ী খামউ হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরগা থুনা ফন চোংথদুনা নুপীমচাদুবু শুপকোন কোনশিলগা গাড়ী মথক্তা থুনা থাঙ্গৎখি।

নুপীমচাদুগী তুংদা তানরক্লিবা নুপা অদুনা চেন্না চেন্না মবুক্তগী থাং অমা শৎলগা ইবোচাউবা তম্না হায়থখি। থাং হেক হায়থখিবগা থাং পায়বা নুপা অদু 'ইক' হায়বা খোঞ্জেল অমগা লোইননা শোরোক ময়াইদা লোংনা তাখি। মখুত্তগী থাং অদুসু মশাদগী তোঙান্না চোংথোক্তুনা গাড়ী মমাঙদা তারে। গাড়ী থৌরক্লিবা স্নাজাউবনা গাড়ীদগী চোংথখিদুনা থাং অদু তাপ খুনগৎলগা তুংদা মতেং পাংগে চেনশিনলক্লিবা নুপা অনি অদুগী মাইয়োক্তা চেনশিনখ্রে। শোরোক্কী নাক য়েৎ অমসুং তুং মাঙদগী খুৎলাই পায়বা মীওই কয়ামরুমসু মথং মথং চোংথোরক্তুনা স্নাজাউববু কোইশিনগদবগী হোৎনরে। ইবোচাউবনা তাঞ্জা হেনখ্রবদি মায়থিবসু য়াই খন্দুনা মাগী লোন্না পুরকপা পিস্তোল অদু অনিরকতং কাপই। নোংমৈগী খোঞ্জেল তাবদা

ময়াম অদু মাইকৈ খণ্ডদনা চেন্নখি। জীপকী মৈঙাল অদুদা স্নাজাউবনা নুপা অনিখক্তি য়াম্না থিনা ফুবা উরে। ময়াম কাইনখিবদুদা, অমদি লমফৈননা চেনখোকখ্রে, অমনা মমায় মখা ওন্না শোরোক মতুং ইন্না কন্না চেল্লি। স্নাজাউবনা মখুৎতা থাং অমা পায়দুনা মমাঙদা চেল্লিবা অদুবু কন্না তান্নরি। ইবোচাউবনা মাগী মরুপকী মরিংজেল খণ্ডদুনা নুপীমচা অদুগা লোইননা জীপ অদু কন্না থৌগৎতুনা স্নাজাউববু তান্নরক্লে। জীপ অদুনা মথংগী গোলাই অমা নৈশিনলকপদা নুপী অহল ওইরপ তৌবি অমগা নুপীমচা নৈশাবি অমগসু তৌফম খণ্ডদদুনা শোরোক ময়াইদা কাতু-কারল চেনলম্বদু গাড়ীগী মৈঙান্দা ময়েক শেংনা উরে। নুপী অনি অদুসু ইথক থক্কৎলে, অমনা চেন্নগা অমনা থাং পায়দুনা তানরকপদু উবদা "হাৎলে হাৎলে" - কোইলাউ লাউরগা চীংয়া অমরোমদা চেনশিনখ্রে। ইবোচাউবনা জীপ অদু চেল্লিবা স্নাজাউবগী মমাঙ থানা থৌগৎলগা য়াম্না থুনা চোংথদুনা মাবু ফাবে। স্নাজাউবদি মী অদু নানথোকখ্রনি খনবদগী ইবোচাউবনা ঙাংবা শকপা অমতা তাদনা নানথোক্তুনা চেনখৎখ্রে। ইবোচাউবনা মাঙবা তাবে হায়দুনা কন্না তান্নদুনা স্নাজাউববু অমুক ফারে, মখ্বাংদা কন্না কোনশিল্লে - স্নাজাউবা নঙগী মচীংদু হৌরক্লব্রোও; ঐনিনে, নঙনা চেল্লবা মীবু তান্নদুনা হাৎলগেরা? স্নাজাউবসি অফ-ফত্তা, অচুম-চুমদা হাযবা ব্রাখল অমত্তা মঙোন্দা চঙখিদ্রে - ঙাইখো, চেনখিনু হায়দুনা মখ্বাংদা কোনলিবা ইবোচাউববু চিং চিংদুনা তান্নরি অমসুং ইবোচাউববু কন্থোক্কদবগীসু হোৎনরি। ইবোচাউবনা নাম্থোকখ্রবদি শোইবা তারে খন্দুনা স্নাজাউববু ঙম্লবা ফাবে। মতম অসিদদি মাঙদা চেল্লিবা নিপা অদুসু মশক উখিদ্রে। স্নাজাউবদি শাউবা হন্দ্রি - কদোমদা চেনখি , থাদোকউ হায়দুনা ইবোচাউববু অমুকসু কন্থোক্কদবগী হোৎনরে মখোয় অনি কন্না লাক্লবদগী তুমিন্নখ্রে, নম্লবগুম তৌবে।

চীঙ্গোল্লোমদা চেনখিবা নুপী অনি, জীপ্তুগী হান্নগী নুপীমচা অদুসু পুলপ্না থোরকতুনা তৌফম খণ্ডদবগী মওংদা নমনরিবদু য়েংদনা লৈরে। ইবোচাউবনা - স্নাজাউবা নঙ ঐবুসু হাৎলগেরোও? নঙগী থাংনা ঐঙোন্দা শোকলে হায়বগা স্নাজাউবগী মখুৎ অনিমক শুপকোন কোনশিন্দুনা থমলে। হনুবী অদুনা- ইবুঙো অনিদি লাকমিন্নবা নৎত্রা? মখোয় অদুদি লোইনা চেনখ্রে, কনাসু লৈত্রে অসিনচিংবা ব্রা অমা অনি ঙাংবা হৌরকই। স্নাজাউবসি হন্দক্তি মীনা ঙাংবা খরা খবা তাবা

ঙমলক্লে, মশা অদু থক থক নিক্লা- ইবোচাউবা নঙোন্দা থাংনা শোক্লব্রা? অনিমক তপ্না হৌগৎমিন্নে। ইবোচাউবনা - ইশ! নঙ লাক্লবসিদি ওন্থোক্লা ব্রাখ্রে, ঐদুম শিবমগনি, নঙগী শাউবগা শিনি নানি খঙদবসিনা .......... কদাই নঙগী থাং অদু ঐ পাযগে, গাডীদা কাখৎলু, ঐ গাডী থৌগে। ম্লাজাউবনা মযাম অদু কোইলে লৈদুনা যেংলগা - ইমা অহল অসিগা নুপীমচা অসিগনা করম তৌনা লৈবমলিবা? ইবুঙো, ঐখোয় অহুম লাকমিন্নবনি। মহা চন্দালশিংদুনা মচলদা মচল, মচাদা মচাগুম ঙাংদুনা চৈবাওবগী কুম্মৈ যেংলুসি, লম যেংলুসি, অদু আদা হায়দুনা মখোযনা পুবকপা জীপ অমদা তোংমিন্নবকপনি। লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবনি, চৎমিন্নবা হৌনৈ, চামিন্নবা হৌনৈ খন্দুনা মখোযনা হাযবিমখৈ যাবে কোইচৎ চৎলুবে, মখোযদি মবুক শেংলমদ্রে। চীকলবা চীঙ্গোল অসিদা থৌজিলক্লগা গাডী যাদ্রে শেমখিগে হায়দুনা ঐখোয়বু কুমথহল্লি অদুগা মখোয মশেন চিবোন-চিবোন তৌনবগা ইশু লৈশাবী অনি অসিবু হেক্তা ফাগে তৌই। লৈশাবী অনি অসিসু কোইচেন চেল্লি মমৈদা ইশুনুপী অসিতবু অততাই ওইনা তান্নখিবদা ইবুঙোখোযগা থেংনবিবদুনি। ফংখিদ্রবা মী ঙাক্তা ওইবমলে। ইবুঙো মখোয পুম্নমক মখোয়গী গাডী তোংদুনা চেল্লমলগনি।

ইবোচাউবনা হনুবী অদুনা ঙাংবদু নিংথিনা তাবগা - ফবে ইমা ! ঐখোযগী গাডীদা লোইনা তোংখৎপিবো, যুম যৌনবা থিল্লমগে হাযদুনা ষ্টাবিং মনাক্তা ফমথখি। মযাম অদুসু মথং মথং কাখৎনখ্রে। ইবোচাউবনা জীপ অসি খোংহাম্পাৎ চীঙ্গোলদগী মখা পাংনা থৌবক্তুনা অথেক অখোই লৈবিবা গোলাই পুম্নমক লাম্থোবকলে। চুমদ্রিং চুম্বা ইম্ফাল তাবা লম্বী অদু গাডীগী মৈঙান্দা ইশাং শাংনা উবি। অমুবা নোংনা কুপলম্বা অতিযাসু থব্রানমিচাক পবেং পবেং থোবক্তুনা অশেংবা অতিযাগী মচু উবে। মপুং ফাদবা থাসু অমুবা লৈচিনগী ফিকক হাংদোক্তুনা অমম্বা মালেম অসিবু ঙালহনবা হৌবকলে। খুদোংথিবা থৌদোক নংলুববী নুপীমচা অনিদুগী তনিক তনিকলুববা পুক্লিং অদুসু হৌজিক্তি ঈপোম হৌদ্রবা ঈমাযগুম লৈতাজবে। মশম-মনা, মফী-মবোন শেমজিল্লি। মুৎলি মুৎলিবা থাগী মঙালদা মাগী ইজৎ কনবিখিবা গাডী থৌবিবা নিপা অদুদা মূনা-মূনা যেংই। মযেক শেংদবা থাগী মঙালবু নিন্দা তৌই, পুর্ণিমাগী ককচেং চৎপা উবা থাগী মঙালদুবু পামজকই। লোন্না লোন্না যেংবা মিৎযেংদু কবিগুম্বদা ইবোচাউবগী মিৎযেংগা মিৎচানক্কবসু যাওই - লুমলবা ব্রাখল পুবা মিৎযেং ঙাক্তা

ঐদি য়ুম পান্দবীনি

ওইহ্রমাল্লে থুনা লুকথনৈ।

চান্নবগী মিংয়েংদি হৌরকপদা মঙাইহ্রি, মখোয়গী লাপলবা লম অদুদি য়ৌশিল্লকলে। বীদায়গী ব্রাহৈ খরা হায়নরগা নুপী অহুম্মক গাড়ীদগী কুমথদুনা মখোয়গী থোঙাল্লোমদা চঙনখ্রে। মরুপ অনি অসিসু মাগী মাগী য়ুমদা হনখিবা তারমই। অকি অখংগী মীপাইরুরবা পুক্লিংদো নেমখ্রগা মাবু কনবিখিবা নুপা অদুগী মাইয়োকতা অনৌবা ঈপোম অমা হৌখি।

(হন্দক্কী থম্মোইগী ঈপোম অসিনা কনানা ঙাকপিরগবা)

——— (***) ———

# চাক চান্নবা

নোংমগী অয়ুকনি। ইবোচাউবাগা স্নাজাউবগা মখোয় অনি জীপ তোংদুনা ক্বাককৈথেল তাবা অচৌবা লম্বীরোমদা (টিডিম রোড) নোংচুপ পাংনা চুমদ্রিং থৌথখি। কৈশাম্পাৎ থোংদগী হায়রবদি কিলোমিটর ১৫ মুক্কী লম হায়থরম্বা য়ারে। অচৌবা লম্বী অসিগী য়েৎলোমদা লৌবুক ফাওনা অৱাং পাংনা চঙশিনখ্রিবা লম্বী অদোমদা জীপ অসি তপলপ্লা হায়থখি। লম্বী অসি জীপ অমা চৎপদা মতিক চানা পাক্লবসু মহৌশানা ষনগাড়ী য়াম্না চৎপদগী "জকিং" খরা লৈ। গাড়ী কন্না থৌবা য়াদে। লম্বী অসিগী নাক য়েৎ অনিমক লৌবুক লমহাং ঙাক্তনি। লৌবুক লমহাং অদু লাম্থোক্লগা খুল মচা অমা উই। খুল অসি লাম্থোক্লগা অমুকসু পাক্লবা লমহাং উরি, খরা হেন্না শাংবা মিৎয়েং য়েংলগা চীংশাং পরেং পরেং উগনি।

মরুপ অনি অসিনা অহানবা থেংনবা খুল অদুগী লনতক-লনতক তাবা য়ুমলোন অনি অহুমদং লাম্থোক্লগা নোংপোক পাংনা হায়গৎখ্রিবা লম্বী মচা অমদা অমুক লৈখৎতুনা গাড়ী থৌজিনখ্রি, হান্নদগী অমুকসু খুথৌ অদু তপথে। চঙশিনলক্লিবা লম্বী অসিগী অৱাং ওইরপনা ৱানা শাবা, ইনা কুপ্পা, য়ুম মচা অমা লৈ। য়ুম অসি কা অহুমদগী খা-ৱাং, ফৈনা শাবা, নোংপোক ওনবা য়ুম্নি। চঙলক্লিবা জীপ অসিসু হাযরিবা য়ুম অসিগী ইঙ্খোল মতোন্দা লমথুংফম ওইররি। ইঙ্খোল মতোন্দগী ইশং শংনা হৌখ্রিবা তিংথৌনা য়ুম অদুগী চুরী মনাক ফাওবা ইশম শম্নুনা হৌই। অশংবা নাপি মথক অদুদা খোং লম্বী অমা শাংনা চঙখিদুনা দাড়ী মনাক য়ৌখ্রি, হায়রিবা য়ুম মচা অসিদা বিমোলা মমা মচা লৈ।

ইম্ফালদগী হন্দক্তা নৌনা হোংলকপনি। মরুপ অনি অসিসু ইঙ্খোল মতোন্দা গাড়ী থারমলগা স্নাজাউবনা মখুত্তা লুমলপ তৌবা খাউ অমা য়ানদুনা লম্বী মতুং ইন্না তুং মাঙ ওইনা অসুম অসুম চঙশিল্লকই। য়ুম মনাক য়ৌরমদাইদা ইমুঙদুগী

অহল ওইবপ তৌরবী নুপী অমনা হেক থোবক্‌পগা চঙলক্লিবশিং অদুগা মাইয়োক্লরদুনা - এঃ ইবুঙো অনিনিনা! ইবুঙোখোয় লেঙলক্লেদনা নুংঙাইরেদা! ইবুঙোখোয়দা শোন্নদুনা লৈরিবনিনে। হৌজিক্তসু মখোয় মমা মচা অনিদুনা শোন্নরমলিবনি - ইমুঙলোমদা ওনশিন্দুনা - "ইবেম্মা স্না, নমা নচাবু করি তৌরিবগে? ইবুঙো অনিমক লাকইনে" ইমুঙদগী বিমোলা মমা মচা পুলপ থোবকক্তুনা - এ! ইবুঙোখোয় লেঙলক্লেদনা, নুংঙাইবেদা, ইবুঙোখোয়না নহান নচলশিংবু থিনবিরকপা নুংদাংদো; অদুদগী হৌনা নুমিৎ হেক খুদিংগী নোংমা লাক্কনি হায়রমই কৈদৌঙৈ লাক্কবা কৈদৌঙৈ লাক্কবা শোন্দুনতা লৈবিবনি। মচানুপী বিলাসিনিসু মবোক্কা মমাগা ঙাংলিঙৈ মরক্তুদা - য়াম্লুংগা তামোগা ইমুঙদা লেঙশিনসি, ঙসি লেঙবিবকপা য়াম্না নুংঙাইবে, অসিনচিংবা ব্রা মথং মথং ঙাংদুনা কুইনা উনদ্রবা মকপ উনবগুম ইমুঙ অদুগী মী পুম্নমক্না মখোয় অনিবু পুমকোয কোযশিন্দুনা মুন্ন-মুন্না ব্রা ঙাংবা হৌরক্লে। মতৌ অসি উবদা মকপ অনি অসিসু পুমশুম শুমহৎখ্রে। লৈবমলিবা মীশিংসু লাক্লিবা মীশিংসু নুংঙাইবা অমসুং চান্নবগী লিপুন অনিনা পুনশিনখ্রে।

ইম্ফাল সহবদগী লব্রাই মচী অসিদা শাইদাংদুনা লৈবিবনি, খুল অসিগী চৎনবী লোনচৎ মখোয়গা য়াম্না খেন্নে, চুশিন্ননবা হোৎনবসু ইযা য়াদে, চুশিন্নকুবসু পামদে অদুনদি মখোয অহুমতমক তোঙান্না লৈবা তাই। "মশাগী মবেপ থুমদ্রবা ঈশিংগী কোমদা লৈবা ঙাগুম ইমুঙ অসিগী মীনা খুল মচা অসিদা লৈবিবনি।" লাক্লিবা মীওই অনি অসি মখোয়গী মফমদদি কুইনা ঙাইদুনা লৈবক্লবা মকুপনি হায়বসু য়াই নৎত্রগা কাযনকববা মকপ উনবনি হাযবসু য়াই। মাগী মাগী মান্ন মান্নবা মীওই থেংনবদা নুংঙাইবা অমসুং নুংশিবা পোক্লর্বসি মফম খুদিংদা থোক্লমগনি। বিলাসিনিনা অমুকসু -তামোখোয ইমুঙদা লেঙশিনবনা নুংঙাইনি হাযবগা মাঙ থাদুনা মাগী মী ফম্ফম, তুম্ফমসু ওইবা কা অদুদা চঙশিনখিদুনা হান্নদগী থাদুনা লৈবমলবা চৌকি, টেবল অদু মফম চানা শেমজিল্লি অমসুং ফী অমনা নীংথিনা তৈথোক-নাম্থোকই। বিলাসিনিগী তুং ইন্দুনা ইবোচাউবা, স্নাজাউবা, মমা অমসুং মবোক তুং মাঙ ওইনা কা অদুদা চঙলকই।

ইবোচাউবগা স্নাজাউবগা চৌকি অমমমদা ফমই, বিলাসিনি, মমাগা মবোক্কা মচী অমদা লেম্মী। স্নাজাউবনা চৌকিদা ফমথবগা লোযননা মাগী মখুত্তা পাযবকপা খাউ অদু বিলাসিনিদা উত্তুনা -"সে, ইবেম্মা ! ঙসিদি ইচলশিংনা থোংবা চাক চাগে

াক্লবনি'' হাযদুনা পী। মবোক্লা হান্না তাপ পাযদুনা - এঃ ইবুঙোখোযনা লবক্লবা ! ঐখোযনা চাক কৌগে হাযবগা হাযদুনা খাউ অদু হাংদোকই। - শ! ঙাকা যাম্না লৈবক্লবা পোৎনিনা ! কদাইদগীনো হৌজিক অয়ুকতবু ? অবোক াইবম্বন্দ বাজাবদগীনি, হৌজিক্তি অযুক্তসু ঙা অতেকপা নীংথিনা ফংলে, ঐখোয়না লখিবনা শোইদ্রে হায়দুনা লৈজবকপনি।

ইবোচাউবনা - নহানগী ইবেম্মা অমা যাওবদুবু অনকপা সিব্রাইদগীনি াযবিবদাই? হোয চুম্মিনে, সখিতোম্বীদু, খবা কৌবিকচোদনা, মানদুম ইবুঙোখোয াক্কনি হাযবদু লাক্লব্রা হাযদুনা ইত্তত্তনা হংলিবনি। মবোক্কী ব্রাসি তাবগা বিলাসিনিনা মাদা ওনশিন্দুনা - ইমা খবা কৌবিকচো, ঐ তামোগা যাম্বুংগগী চা অমুক্তং লানখিগে হাযবগা ফম্ফম কাগা ইমুঙগা ফাওনবা থোঙনাদি যাওদবা থোঙদুগী ৰ্দা মনজুনবদু হাযদোকতুনা মনুংগী কাদা চঙখি।

হনুবী অদুনা খাউ অদুদগী ঙাশিং অদু পুখম অমদা অমমম থাংথদুনা খাউ মদু শংদোকপা হোৎনবি। মচীন্দসু ঙাংবা লেপ্তে - ইবুঙো ঙা অতেকপা সিনা যাগীনো ? হব্রাইসু যাওবি, এঃ সিনা ইবোনবগী মচাক্লা ? ইবুঙো অনিদি পোৎ লববু যাম্না হৈবিনে, কবিমতা চিখদে। নুংশিদা ইশুশিংনা তৌবক্লিসে, ইবেম্মা যাম্বুংখোযগী চাদু লোইদ্রিব্রা ? লোইবে লোইবে অবোক। চাদি পুথোবকতে। বোচাউবগা ম্নাজাউবগনা কা অদুগী মওং মতৌ অদু কোইযেং যেংলি। হনুবীদুনা তোমতা ঙাংজবনিসু হাযবা যাবা মখোযদা ঙাংবনি হাযবসু যাবা ব্রাবীদুদা পুক্লিং কযা চঙলুদে।

মকুপ অনিগী পুক্লিংদা ইতোপ তোপ্পা নুংঙাইবা অমা ফাওই ইমুঙ অসিদা লবল্লিবা মীওইশিং অদুনা তবাম তবাম তৌবম্বা, মখোযনা খন্দুনা লাকপগা তৌবল্লিবা ওং অসিগা চপ মান্নবা অসিদগী ওইবা তাই। ব্রাফম অসি খনবদা লাযনা থোক্লবসু বক্তদি পঙনা ওইগন্দে। মকুপ অনিনা ফল্লিবা কা অসিসু যেংবদা নুংশিবা অমা পাকই। কা অদুগী নোংচুপ থংবা ফক্লাং নক্লা ফমুং মচা অমা বেড কোভব অমনা ংথিনা কুপতুনা থাই। ফমাং ওইনা টেবল মচা অমা, লিগী মস্তুবক্লবা চৌকি হুমখক ইকোয় কোযনা থাই। ফক্লাংগী মচী মচীদা লাই খবসু থেৎলি, লাইশিং মদুগী মবক্তা নুপীমচা অসিগী এনঃ সিঃ সিঃ যাউবকপগী ফোটো অমসু যাওবি।

ফোটো অদু স্নাজাউবনা লৌথরগা নিংথিনা য়েংলি। অতোপ্পা ফক্লাং নাকল অমদনা উপাক অশাংবা অমা থাঙ্গৎতুনা লাইরিক লাইশু কয়ামরুম পরেং লেংদুনা থল্লি, কপ প্লেট খরসু থাঙ্গৎতুনা থমই। ফক্লাংগী মচী অমদনা নুমিদাংগী থাংমৈ লালটেনসু ময়ানশিল্লি। লৈগী গমলা খরসু লৈবা উই, তগৎ তগৎ তেক্লা শাৎলিবা লৈ খরসু ঈশিং য়াওবা লিক্লি অমদা নিংথিনা হাপতুনা থনমই। মফম চাই চাদে য়েংউদনা লৈরুরিবা য়ুম অদুগী মওং মতুংইন্না নুপীমচা অমনা কা অমা লৈতেংজবতনি, মসিসু ইচম চম্বা মিৎয়েং অমনা উরুবদদি ওম্থোক্লা নুংশিনা অমসুং ফজনা উরি।

মরুপ অনিমক্লা কা মনুংদা কোইয়েং য়েংলিঙৈদা মপাল্লোমদগী বিমোলগা সখিতোম্বীগা লোয়ননা ৱারী শাদুনা চঙলকই। বিলাসিনিদু ট্রেদা চা কপ অনি পুথোরকতুনা টেবলদা থমলৈ। স্নাজাউবনা বিলাসিনিদা ফোটো অসি নংগী নৎত্রা ? নোকফেৎ তৌনা, মানি য়াম্লুং। এ! ইচলসু লাকলেদনা; য়ৌজরকলে য়াম্লুং, য়াম্লুংগা তামোগা লেংঙলকপসিদি ঐদি ওম্থোক্লা নুংঙাইজখরে। ইবোচাউবনা চাক চরা অমতং চামিন্নসি হায়দনা লাকইবনি। হন্দক বিলাসিনিনা চা পুথোরকপসিদা শেৎলক্লিবা ফীজেৎ অমসুং শমগী মওং হান্নগী মওংগা পুমখেন খেন্নৈ, ফীজোলদা হোংবা নত্তনা ফী-ইন ফাওবা ইতোপ তোপ্পা ফী-ইল অমা তৌই। মসিনা ইবোচাউবগী মিৎয়েংনি।

স্নাজাউবনা খনলি - নুপীমচা অসিগী ৱাঙাং শাঙাং, লমচৎ ব্যবহার চহিগী মতাং মপুং ফাগৎলক্লিবা মতমনি, লৱাই লম অসিদা ওম্থোক্লা মরায়বক থিরেদা! মহাক্লা তৌজরিবশিংসি উরগা খঙবা ঙমই - মহাক অসি অনৌবা সমাজগী চাওখৎপা খোংথাংদা নিংথিনা য়াউবা ঙমগদবা মীনি। মপা অমসুং মচিন মৌপ্পা শুনা লৈবা ইমুঙদা লৈরম্বা থোক্লবদি গমলাদা শাৎপা লৈগুম ফজরমগনি। "অদুমকপু লাইরনা পানবা য়ুম্বালনা ফনা মরুম পীশিন্দুনসু নুপী মচা অসিগী মায়থোংদা লোৎলিবা মঙাল অসিবু মাঙহনবা ঙমগনি হায়বদি থাজদে, অঙাংবা থরোনা, চরাংনা থল্লবা কোমদা হৌদুনসু থাজগী মঙাল ফংবদা থরোগী মকারম্বা মায়থোং উৎলকই।"

ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুঙদগী হৌরকপা ফজবা মমল য়াম্বা পোত্তনা মখোয়গী শরুক ওইরবা মরুপ অনিনা ঙসি কংলবা করিসু লৈত্রবা মমা মচাগী ইমুঙ অসিদা ফংলিবা নুংঙাইবা অমসুং নুংশিবসি মফম অমদা থেংনখিদ্রি। ইনাক খুনবা অচৌ

অশাংগী ইমুঙদা মমল য়াম্নবা টেবল চৌকি অমসুং ফজ ফজবা পোৎ কয়ামরুম মফম চানা চানা লৈতেং তৌদুনা লৈবদু উবদা চঙলক্লিবা মী অদুগী মপুক্লিংদা পোৎশিং অদুগী মমল অমসুং মগুণ অদুনা শীংনরকপগুম উই। ইনাক খুনবা ইমুঙদা লৈবা নুপা নুপীদা নত্তনা মখোয়গী ইমুঙদা লৈবা পোৎ-চৈ ফাওবনসু লাইরবা মীচম্নু করেম্নবা অমসুং থৌওইদবা অমা উৎলি। মসি য়ুম্নু অদুগী অচৌবা নৱাংবা নাপন অদুনা তম্বিবা ওইরম্বসু য়াই। ৱাফম অসিগী চৈথল অমা লৈবসিনসু ইনাক খুনবগা লাইরবগা, অচৌবগা অপিকপগা তিন্নবা ইয়া য়াদে।

ইনাক খুনবা অচৌবা মীশিংনা লাইরবা অতোনবা মীশিংবু তরাম তরাম খক তৌদে, কিথি-কিরুম তৌবা অমা হেক হেক পোকহন্দুনা মখোয়গী মখা পোনহল্লি। লাইরবা অতোনবা মীগী মওংদি হায়রিবা মওং মতৌ অসিগা য়াম্না খেন্নে। লাইরবা মীনা শেৎলিবা চারিবা ফীরোন, অচা অথক অমসুং ইমুঙ মনুংগী চঙদবা য়াদ্রবা পোৎ-চৈ পুম্নমক ইনাক খুনবশিংদদি লেম্লবা হুন্দোক্লবা পোৎ ঙাক্তগুম উই। মমল যাওদ্রবা পোৎচৈশিং অদুনা নাপন য়াওদ্রবা য়ুম্নু অদুগী ভক্তিগী ফীদা অমা থাবগুম চঙলক্লিবা মী খুদিংবু তরাম তরাম ওকই। অসিগুম্বা পুকচেন অসি চেনবনা ওইবা তাই ঈশ্বরনা থারকপা অচৌ অচৌবা মহাপুরুষশিংনা ইনাক খুনবা অচৌবা মীগী য়ুম্লোন কয়া কয়া লাম্হোক্তুনা লাইরবা মীগী য়ুমদা য়ুমথুংফম ওইররিবসি।

শ্রী কৃষ্ণ মশামক মালেম অসিদা লাকপদা করিসু লৈত্রবা গৱালাগী য়ুমদা য়ুমথুংফম ওইরৈ। শ্রী প্রভু রামনা মখল-মথেন কয়ানা শীন লাংদুনা তৌরিবা পুজা মফম কয়া লাম্হোকতুনা উনাগী খাংপোক্তা লৈজবী, অতোনবা জাত্তা পোক্লবী মনাই সবরীগী বোরোই লুখাক চাদুনা মনাইগী অশেংবা ভক্তিগী আশোন্দা লেঙশিনবিদুনা খ্বাইদগী নুংঙাইবা পোথাফম ওইখি। তাইবং পুম্নিদা লেল্লম্বা জগৎকী মপুনা চৎখিবা লম্বীদা খোংফম হোংদনা তাইবং জীববু লমজিংবীরম্বা মহাত্মা গান্ধীনা অসুম্না হায়রমই - " ঈশ্বর ইবুঙো নঙনা ঐবু হয়েংমুক্কী মপোক্তা তাইবং মী ওইনা পোকহনবীবা তারবদি ঐবুদি হরিজোনগী ইমুঙদা পোকহনবীয়ু ।" মহাভারত্তা যেংলবসু কুন্তিগী লাইশোন অমনা তাক্লি - "ইবুঙো কৃষ্ণ! নঙবু কাউদবা হায়বসিতনা মনুংঙাইরে, নঙবু কাউখিদনবা ঐবুদি লাইরবী লাইবক থিবি ওইনা অশুম্ক লৈহনবিয়ু।" ৱাফম অসিদগী খঙবা ঙমই অতোনবগী মাইকৈদা ঈশ্বরনা মীচং ওইরি।

মীওইবগী পুক্লিংনা লৈতানা নুংঙাইবসি ভক্তি ব্যবহাব লৈবা মফমদতা থোকই হাযবসি মরূপ অনিমক নিংথিনা খঙখি।

মথংগী ইমুঙগী কা অসিদনা বিমোলা, বিলাসিনি অমসুং সখিতোম্বী মখোয অহুম্না ঙা শেম্বা যাউ, চাক থোংগৎপা যাউ কন্না হোৎনবি। ফনা চিল্লবা থবক্লি অদুবু অৱাবা হৈনদবা অমত্তা উদে, থোইনদুম নুংঙাইবা অমসুং হবাওবা পোকই। ৱাবীসু মতেক মতেক শানৈ, অমুক অমুকসু নোকই, থোইদোক্লা মযেক শেংনা তাদে, তাকুনবসু হোৎনদে। ইমুঙ অদুদা লৈবিবা মী পুম্নমক ইনুংঙতা নুংঙাইনা উই। নুংঙাইফমসু থোকই, বিমোলানা নুংঙাই- মাগী মচা নুপীবু ওম্থোক্লা তমথিববা থৌদোক্তগী কনবিবক্লবা মতিক চাববা মীওইশিংগা চাক চবা অমমম চামিন্নগদৌবি। বিলাসিনি অমসুং সখিতোম্বী অনিনা নুংঙাই-উপাই লৈতদুনা পুন্সি মাঙবা তাববদা স্বগগী লাইগুম্না চোংথোবক্তুনা মখোযবু কনবিখিবা মীওইশিংবু মযুমদা সেবা তৌবা ফংজবগনি। মসিদগী হেঞ্জিনবা ৱাখলসু পঙলৈ লৈনবম্বা যাই, ঙসিগী ইমুঙ হুপনা নুংঙাইবা নুমিৎ অসিদা লন্নাইগী নুংঙাইবা ৱাখল ফোংদোক্লিংদে, লন্নাইগী ৱানা লন্নাইগী ৱানি। সংসাবসি মনুং মপান নাই।

চহিগী মতাংনা অহলশীংদা চনখ্রবী হনুবী অমা যাউবিবদুনা বাগী মঙক পানবা হিদাকপু অমদা ঙাম্থক অমা পানশিন্দুনা ইমুঙ অদুগী কা খুদিংমক কোইচৎ চৎতুনা হিদাক থকলি। চানা-থক্লবা হোৎনবিবা জগা অদুদা চঙদুনা অমুক কবি কবিনো খব ঙাংলমই, ঙাইহাক অমুকসু থোবক্লগা শ্লাজাউবগা ইবোচাউবগা ফম্লিবা কা অদুদা লাকই - ইবুঙো অনিগী চুকট লৈবব্রা, কবি তৌনি ইশুশিংগীসিবু ... . অসিনচিংবা ৱা অমা অনি হাযদুনা ঙাইহাক হেক লেপলৈ; মবক মবক্তা মাগী হিদাকপু অদুসু চিংই। অসুম তৌনা কা খুদিং অমুক অনিবক চৎলম্লগা মমৈদদি ইবোচাউবগা শ্লাজাউবগা ফম্লিবা কাবোমদা চঙলক্লে। ফাল অনেম্বা অমা পুবকই, মফম চাবা যেংদুনা হিদাকপু অদু ফক্লাংদা ঙাশিনখ্রে ঙাম্থক অদু লৌথোক্তুনা মখাদা থমই। নিংথিনা মতা যেংদুনা ফাল থাদুনা ফমথখ্রে, ৱাবী মথং মথং লিবা হৌবকই চাকঙাই ৱাবী হাযবদ তাবমাল্লে।

ইবুঙো খঙদেনে, মখোয়গী মমা মচাসিনা তৌগদৌসে, লম অসিদা চৎনবিব লোনচৎ শাজৎ অসিগা মখোযগী মওং মতৌ অসিগা লৱাই লম অসিদা চাউবা মীদি

নত্তেদো, খৎনকৄবসু যাদা, চান্নকৄবসু য়াদা, ঐবুদি ঐ মওইবে, মমা অসিসু নহানিদো মচানুপী অসিগীদা হেক খনবদা শেৎকনি চাগনি কাউববনি। মচানুপী অসিনগা নোংম-নোংমাগী চাউশিল্লকপনে, মশক মতৌনগা লোৎপা য়াবা শক নত্তবনে, মবুং অমা মৌপ্ৱা অমা লৈ হায়বসু নত্তে, লম অসিদা তৌবিসিদি ইবুঙোখোযদা হাযদোক্কদবা ইবু ইকাইজৈ। ঐখোযনদি নুপীমচানি লাইবিক তমহনখিনি হোৎনবি, সিব্রাইসিদদি লৈশাবী হাযবদু ওইবেনে ইবুঙো'

ঙসিদবু ইশুশিং লৈবগী চঙলকত্রবনি, লৈকাইসিদা মখোয় খবা লৈবিনে, সৈত্য, মিৎ-না, নাপ্ত্রবা, থবক অমত্তা শুদবা, জুব্রাব খবা শান্না, যু খবা থক, মযুম মযুমদনা চবা হেল্লিবা কদাইদগী পৈশানো খঙদেনে। থোঙ্গাল, লৈবক অসিদা লিপৎ-লিপৎ চৎলিবা, লাউবিবা, অহিং নোংযাই-ইতু ফাউবা লেপখিদ্রবনি। থিনা হাযসি কদাই, হাযনুসি কদাই, মখোয খবা অদুনিনে ইবুঙো নহান নচনশিংবু বদনাম তৌহনগদবগী হোৎনবিবদো, হৌজিকসু কবিমতা ইকাইবা খঙদেনে, ইবুঙো অনিসু চখোক চৎশিন তৌবদা খবা চেকশিনবীযু, অচোপ অবেম খঙদবা কাংবুশিংসিগা ইবুঙোখোযগা মাযযোকনহনরিংদেকো।

মমানি হাযদুনা মোত্তাই শুংদাইনবী অমা লৈবিবসিসু আইঃ এঃ পাস তৌবগা বিঃ এঃ তমখৎলকপা মতমদা ওস্তোকপা ঘতনা অমা থোকখিদুনা লাইবিক তন্বা তোকখিবনি, ইনাক কৈবাক খুনখ্রবা মচানি, মহাকথক অসিদা মচানুপী অসিগীদা হেক হোৎনবদা মশক মচু থোকত্রবনি। খুল অসিদা স্কুল মচা অমা লৈ মসিদা ওঝা ওইজদুনা তলপ খবা খবদং ফংজদুনা হোৎনবির্বনি, মসিগীসু মবোন অমা কর্বিগী মাগী লমদগী লাক্লিবনো খুলগী মীনা ওইগদবনি অদু অদা পঙাং ঙাংনৈ, অদুবু মথকলোমদগী অচৌবশিংনদি মখোযগী খুলগী মীশিংবু লোইনা খঙবনিনা ঙাংজৈ হাযবদু মঙাই কবিসু ওইদে। মচানুপী অসিনা মবোল অমা, ইবুঙো অসুক অঙাং ওইবিবসে বিঃ এঃ লোইববনিনে, পবিক্ষা থাগদবদা মঙাইববা। পবিক্ষা থাবা ফাওবদদি ইম্ফালদা লৈশি হাযনদুনা খাঙনবকপদা যানবক্তদুনা মফম অসিদা লাক্লিবনিদা। মীওইবগী লাইবক্তি মীওইবনা তন্বা ঙমদেকো ইবুঙো।

মাগী লাইবিক্কী ব্রাদি অবোক্লা থোইনা খঙলুদে, হন্দক্তা খুল অসিদা উমং পাই হবাওবা অমা তৌখি, মদুদা ঐনা নুপীনি হাযবগা কবিমতা হৈতে হায়খিনি

হায়দুনা জগোই মতেক অমা শাহনখি। মখোয়গী জগোই তন্বিবা ওঝা অদুদা হাযনদুন তম্বিহনবনি, কুইনা তম্বিবম্বসু নত্তে ইবুঙো, নচিন থি হাযনি শকনে, গুন্নে মান লাইমাংদা শাবা জগোইদো হৌজিক ফাওবা শোন্নবিবনি, মী পুম্নমক মমিং কুপনখিদ্রবনি ময়া কানখ্রবনি, ভাবোক নুপা নুপী পুম্নমক পুন্সুন হেক মুম্বনি। কনাগী মচানো কনানো হায়বসিনা খুল ৩/৪ সি শেং হেক্তা কায়বনি ।

থাঙ্গেশেংনা মোইবাং থোইবীনি, ইশৈকা শক্তোবকপসিদি মাগী খোঞ্জেলনা পুমতোপ তোপ্লি। অচৌ অশাং মচা মশু, শঙ্গ তৌবা লমগী মী হাযবসি তোঙান হেক তাইদা ইবুঙো, মী হাযবসি হায়বশাবনি মান্নবক্তেদা। ইবুঙোখোযনসু অসুম তোংনবগা খঙলক্কনি, চাক যেনশাংমক্তা থোং থাকপসিসু তোপ-তোপ্পা মথেন অমা হেক্তা পুথোবকই। মাগী ফজবা অমনা মাগী য়ুমগী লৈতবা খনবিপোৎ নত্তে, মী অমা পোং অমা লাকপসিদা পীজ পীথকসি ওন্থোক্লা ফজখ্রে। মীনা চাখ্রগদা মান নুংঙাইজে, মমাগা ঐগনা লৈত লাইবগী ব্রাকা ঙাংনবসি শাওখ্রপোৎনি - "নখোয অনি শিদ শিখিনু ঐনা নুংঙাইহনখিদোইনি।" হাযদোকইনে ইবুঙো।

হনুবী অদুনা ইমুঙলোমদা মমায অমুক ওনশিন্দুনা পর্দা অদু মখুৎ নাম্মন হায়দোকই-ইবেম্মখোয নিংথিনা থোংউ, নঙ তামোখোযনা লৈবক্লিবা ঙা চাত্তু ওন্থোকনসু যাম্না লৈবক্লে। ইশুদি চাক যেনশাং থোংবর্দি ফনা হৈবনি। বিলাসিনি "ঐখোয অবোকসে ওন্থোক্লা ইকাইজখ্রে, চাক থোংবা হৈ হৈ থাগৎলগা হৌবে শোযববদি নঙোন তাইননি।" হোয হোয ! ঐঙোন্দা তাইনবগবু ফনি হাযববদি তাইনৌ নখোযগী ফত্তবা পুম্নমক পুবিখ্রগে হাযবিবনি নখোয নমা নচাদবু নুংঙাইজহৌববদি। ঐগীদি কৈদৌনি নুংঙাইদৌখৈসু নুংঙাইবক্লে, শেংকদৌখৈসু শেংলক্লে, কবিসু পাম্বিদ্রে। "ঐখোয অবোক্কী যাম্না পামজদবা অমনা-মী লাক্লগা ঐগী ব্রাবী হেক হেক শাবসিনি।" হোয় হোয ম্না অঙাওবী, নঙগী ব্রাবী শাদনা কনাগী ব্রাবীদি শানি, ঐগীদি নঙনা লোযবে।

বিমোলানা ইমুঙলোমদগী পর্দা হাযদোকতুনা - ইবুঙো অনিমক চাকশংদা অমুক লেঙশিনসি, নচনশিংগী চাকসু লোইশিল্লক্লে, ময়াম পুন্না ব্রাবী অমুক শাসি ইবোচাউবা ম্নাজাউবা অনিমক খোংউপ লৌথোক্তুনা চাকশংদা চঙগদবগী তযাবি তৌবি। হনুবী অদুসু যাম্না তপ্না হৌগৎলকতুনা মাগী হিদাক ঙাম্বক, ফাল পাইখৎতুনা

ইবুঙো অনিমক লেঙশিল্লো, কবিমতা কোইকনুকো, লংফৈ যুমনি খনদোকউ। বিলাসিনিনা খুৎ তৈথোক্লবা গমছা মতুপ অমা সাপোন অমসুং ঈশিং খবা পুথোবকতুনা মপানগী থোঙজিন মনাক্তা থমলৈ - তামোগা য়ান্নুংগা খুৎ হাঁমদোকপিগে হাযববসু , হাযবমলগা চঙখি। ইবোচাউবগা স্নাজাউবগা খুৎ হামদোকই, গমছাদা মখুৎ তৈথোকই, তুং মাঙ ওইনা পর্দা হাযদোক্লুনা মনুংগী কাদা চঙখি।

ইমুঙ অসিদা তৌবল্লিবসিসু যেংবদা ওন্থোক্লা নুংশি মসিগী মবমদা হঞ্জিন হঞ্জিন ইকুবগা থোইদোকপা কান্নবা লৈত্রে। ইমুঙ অসিদা মরুপ অনিনা উবিবশিংগী মনুংদা বিমোলা অমসুং বিলাসিনি অনিগী শকফমদদি উৎচগে। বিমোলা থোইদোক্লা মহল ওইবী নুপী নত্তে, নহা ওইবগী শকফম অমসুং শবান মশাদা লৈবি। নীংবা কাইবগী ব্রাখল মৈখুবক্তা নহাগী অনৌবা শকফম লোৎখিবনা বিমোলাগী চহী পাক শযবা ঙমদ্রে। শেংনা হাযববদা পোমশাৎনবগী মতম হৌখ্রে, নিংথিনা মকালাম্নসু শাৎখ্রে, তুংগী লাক্কদবা ঋতুনদি মঙোন্দা অনৌবা লৈনম হাপলবোই, মঙোন্দগী লৈনম পুখ্রগনি। অনৌবা লৈবাংগুম অনৌবা ঋতু লাকপদা মপুং ফাবা শকফম শবোই। পুর্ণিমাগী মতুংদা থোকপা থাগুম নোংমা নোংমগী মঙাল পীকথবক্লগনি, থাবোনগী ফজবা যাহিপ্তুগী যাওনখ্রগনি। তাইবং মীনা যেংনিংবসি ময়াই চাইথবক্লবা ফজববুদি ফজবগী শাবেপ তানখৎলক্লিবশিংদনা হেল্লি। বিমোলা অমসুং বিলাসিনি অনিগী শকফম পুথোবকপদা বিলাসিনিগী ভাবোক্লা মশিং হেল্লগনি। বিলাসিনি অসি নুপীমচা ওইবগী ইহাং হাংবা, ইযাং যাংবা সবান অদুদি নৎত্রে। নোংমা নোংমগী মপুং ফাগৎলক্লবা অযেংবা মীগী মিৎলম থৎপা ঙমলক্লবা নুপীগী মপূং ফাববা শাবান ওইবক্লে। বিলাসিনি পোকপদগী লোইনবক্লবা বাশি গুন অমনা মমান্নবিশিংদগী ইতোপ তোপ্পা উবি নুপীমচানি। কুচুদা হাযবগা অমুবা কুচুনা অঙৌবা কুচুবু শিংনবগুম উই, হেন্না মুন্না যেংশিনলুবগসু অঙৌবা কুচুনা অমুবা কুচুবু শিংনবি; অমুবা অমসুং অঙৌবা কুচু অনিগী মবক্তা কুলৈ কুচুনা বিলাসিনিগী কুচু লেপলি।

মথং মথং মতমগী মতুংইন্না ইমুঙগী মী পুম্নমক চাবা থকপা লোইবদুনা ফম্ফম কাদা অমুক পুলপ্না থোবকতুনা ফম্লবে। হনুবী - ইবুঙো অনিনা লেংখ্রগা চীক চীক্লা অমুক লৈহৌগদবসিনা হেন্না নুংঙাইখিদ্রে। বিমোলা - হাযসু হায়বনি, ইবুঙো থা ২/৩ অসি মতৌ অসুম্না পুক্লিং তিংনা হবাও হবাও চামিন্নবা, ব্রাবী

ম্নাতাই তৌনবসি ফংলকত্রবনি। লমসিদা লৈবিবা মীওইশিংসিদি মচিন্দা অমা মবুক্তা অমা ওম্ফোক্লা ম্নাগ্রে। ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদদি লৱাই-থৱাইগী ইচিন-ইনাওশিংসি থবক কন্না শুবা, মপুক্লিং যাম্না শেংবা ওইনা তানবমই অদুবু হৌজিক্তি মতমনবা কবিনো খঙদে মীগী শাজৎসু মতমগী শাজৎসু পুমওন ওনখ্রে। ঐখোযগী ইবুঙো অনিদি থবক্তি যাম্না চিন্নিনি অদুবু অশং অশংবা মতমদা খবা খবসু লেঙথোবকউ, ঐখোযগী শঙ্গ হায়ববু ইবুঙো অনি মঙাইবে।

বিলাসিনি-"ঙসিগীসিদি তামোগা যাম্বুংগনা কৌবা চাক তাবে, ঐখোযগী অবৈবা অমতসু ম্নাওখিদ্রে। ঐখোয়গী হায়ববু পুজাবি ওইজবিবা অসি মঙাইবে। মবক থৎনা ম্নাজাউবনা-"মরু ওইবিবদি পুজাবিদুনি, পুজাবিনবু ফৎত্রবদি পূম্নমক শোইগদৌবিবনি।" নোংমা ঐখোয় অমুক কৌজখিগে যাম্বুংগা তামোগা লেঙবীবকউকো। " ম্নাজাওবনা-শোয়দনা লাক্কনি ইচলনা তৌবা বার্ত্তন্দবু লাক্তবা যাব্রা ? থোইনসু পংৱা ম্নাক্নুদা ইচলসিদি মখোযনবু কবি পংতৌ হেক তৌবা যাব্রা ঐখোয লৈবিদ্দনা, লমসিদা লৈবা নুংদা নুংঙাইত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা হোংবসু যাই। লৈফমগীদমক্তবু কবিগী অদুক লুনা খঞ্জরুগবনো. নঙসু অঙাং ওইদুনা অসুম লৈগদবা নত্তে, মতম হাযবসি খঙহৌদবনি। লাইবিকতুম কন্না পাউ, কোলেজ কাদ্রবসু পবিক্ষা থাবা যাবনি হাযবদু যাম্না ফবে অতোপ্পা লম্ফে খনগনু, পুন্সিগী মমল মাঙহনবা হৌনদে, লাইনা তম্বা অমসু মবাইনা লৈজবমগনি ইচলসিদি। ব্রাসি হাযনা হাযনা মরুপ অনিমক চৎকদবগী হৌগৎলক্লে, মপান থোকখ্রে। খবা খবা চৎখিবনা জীপ মনাক যৌখ্রে, গাডী তোংখৎখ্রে, গাডী মমাই লৈথোক্লুনা লৈবক তম্না থৌদোকখ্রে। ময়াম্মক চপ লেপ্তুনা যেংহৌই। বিলাসিনি মমিৎ কুপ্তুনা যেংলি, গাডী উখিদ্রে, মনাক নক্লা লেপলম্বী মমা অমসুং মবোকসু লৈবমদ্রে।

——— (***) ———

# ইবোচাউবা ✱ বিলাসিনি

ইবোচাউবা ফজবা ফীজোল অমা শেৎতুনা বিলাসিনিগী য়ুম তম্না জীপ থৌজিল্লকই। শুমাং মতোন্দা গাড়ী থারগা মখোংনা তপ্না য়ুমলোমদা চঙশিল্লকই। ঙসিদি বিলাসিনিগী য়ুম অসি ইচীক চীক্কা উই, খোংথাংদি লেপতে অসুম চঙশিনলকপনা বিলাসিনিনা লৈরিবা য়ুমগী চুরী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। কৌসিরা নৎত্রগা পর্দা হায়দোকতুনা চঙসিরা খঞ্জানদুনা দাড়ী মনাক্তা ঙাইহাক লেপই। করি খল্লবনো, থোঙদা থাদরিবা পর্দা অদু হায়দোকতুনা য়েংই, বিলাসিনি মতোমতা মাগী ফমুংদা ফমদুনা মোজা লোনলিবদু উরে। পর্দা হেক হায়দোকপদা মমায় হেক হায়গৎলকই, ইবোচাউবগা মায়য়োক্লরে। বিলাসিনি ঙকলপ তৌবা মিৎয়েং অমনা ইবোচাউবদা য়েংই, ফমুংদগী হৌগৎতুনা - তামো মনুংদা লেঙশিনসি।

ইবোচাউবা চঙশিনখিদুনা ফমুংদা ইকোয় কোয়দনা ফমথখি। বিলাসিনিবুসু মচী অমদা ফমিন্নসি হায়দুনা ফমহনখি। মপুং ফারক্লবী নুপীমচা অমগী শাওং শাবান অদু ইবোচাউবনা মুন্না য়েংই, বিলাসিনি মশক মতৌ ফজবী, চুঙ-ফিরান চাবি নুপীনি হায়বা ঙসিদা খঙবগুম তৌই। ইবোচাউবগী মিৎ-য়েংসি ঙসিনা হেনজিনবা মিৎয়েং অমা য়েংলব্রা খঙদ্রে। বিলাসিনিসু থোইদোক্লা শাউনিংবা পোক্তে, নোকফেৎ তৌই, মতোমতসু মাগী ফী ইন্দবা শাবান অদুদা হস্থনা য়েংই অমসুং পাতক তৌরবা ফুরিৎ অদু মখুৎ অনিনা চিংথদুনা শেমজিল্লি মমিৎ অদুনা ইবোচাউবদা হায়ফেৎ য়েংলগা ফমুংদগী ফী অমা লৌখৎতুনা মাগী নিক নিক লাউনা ফজরবা হকচাং অদুদা ইনশিনখি।

বিলাসিনি - তামো ঙসিদি য়াম্লুং য়াওরকত্রব্রা ? ইবোচাউবা - ঙসিদি ইতোমতা চৎকদবা নুমিৎনি হায়দুনা ইতোমতা লাকই, ইতোমতা লাকই হায়দুনা ব্বারৌরব্রা ? তামোদা লাকপা নুমিৎসু ঙাইহজরকপা কুইরবনি ... নোকফেৎ তৌই। ইবোচাউবা ঙসিদি অবোক্কা ইমাগসু লৈবা উদে - । ঙসিদি ইতোমতা য়ুম শংগদবা নুমিৎনি হায়দুনা লৈজরম্বনি, ইতোমতা লৈরমই হায়দুনা ব্বারৌবিনু হায়রগা অমুকসু ইবোচাউবদা য়েংই, অনিমক নোকমিন্নে।

ঐদি য়ুম পান্দবীনি

বিলাসিনি মাবু কনবিখিবা নুপা অমদা মাগী হরাওবা অমসুং তৌবিমল খণ্ডবগী নুংঙাইবা ৱাহৈ অমা ফাওবা ফোংদোকপা ফংজরকত্রি। মমা, মবোক পুন্না নুংঙাইবা কয়া ফোংদোকখি, কয়া থাগৎখি, অদুবু নিঙোলগী পূক্লিংনা পেনজখিদে, ঙসিদি বিলাসিনি নুপীমচা ওইবগী মায় পুবা ঙমদবা ইকায়থিবগী শকফম অদু খরা হোংদোকপগুম উই। নুমিৎকা মায়য়োক্নুনা নুমিৎলৈনা শাৎপগুম বিলাসিনিগী মায়থোং থাজদো ইবোচাউবগী মায়যোক্তা অমুক লোৎত্রে।

নুংশিনরবা নুপা-নুপী অনিগী থম্মোয়দা চেনবা অবোনবা নুংশি ঈচেলনা থম্মোই অনিদগী পাথোরকতুনা চীক্লবা কা অদু থুমহৎখিবগুম তৌরে। কা অদু হৈনম-লৈনমনা থনলে, মিৎয়েং অনি অদু হোংদোক্লদ্রে। ইবোচাউবগী মিৎয়েংনা বিলাসিনিগী মায়থোংদা, বিলাসিনিগী মিৎয়েংনা ইবোচাউবগী মাযথোংদা য়েংলি। মথোয় মথোয়গী থম্মোইদগী হৌবকপা নুংশি ঈচেলদা হকচাং অনিমক কাওশিং ওইখ্রমানলে।

বিলাসিনিগী খজাইদা মুশিন মুনা পিক্লা থুংবা শমব্রু অমা উবে। পাক্লবা মায়থোংবু কলক পেন্না য়েংজবন্না ইবোচাউবগী মিৎযেং অদু শমব্রু মচা অদুদা ওনশিনখ্রে। বিলাসিনিগী মায়থোং লুমলপ তৌই, লংত্রিক লংবা যাতোন উৎতুনা নোকফেৎ তৌনা খাঙজখি। নোকখিবগী খজাইদা কাবকপা ঈপোম অমনা শমব্রু অদু ইবোচাউবগী নাক্তা হেন্না নকশিনলক্লে। বিলাসিনিগী মাযথোংদু হৌজিক্তি ইবোচাউবগী নাক্তগী চৎথোক্লিংই অদুবু ইবোচাউবনা ফীজি পাযদুনা খামখিবনা য়াদ্রে। নুজাগী লুমলপ তৌববা অমসুং ইকাইজবতনা ঙাংলবা মাযথোং অদুবু অশোনবা লৈখোক্লা অকন্না লৈবু ঙাকপিবগুম ইবোচাউবনা ঙাকপিখি।

ঙাইহাক্কি মনুংদা কা অদু মপানগী নুংশিৎ-নুংশা চঙখিদ্রে, মিকুপ খবগীদমক্তি মথোয় অনিতগী সংসার ওইখ্রে। থম্মোয় অনিদা লৈবন্না নুংশি ইফুৎ অনি, থম্মোয অমতদা তিনশিনখিবগুম বিলাসিনি অমসুং ইবোচাউবা অনিগী তোঙান-তোঙান্না খনলন্না অমনা অমবু উনবমদবা অমসুং থাজনবমদবা পুন্নমক নুমিৎ অসিদা ঈমাই মাননা তেমনবে। অমগা-অমগা শক খঙনবে। থম্মোই অনি ওন্থোক্লবে - ইবোচাউবনা বিলাসিনিগী থম্মোয পুবে, বিলাসিনিনা ইবোচাউবগী থম্মোয় পুবে। হন্দক মপোক্কি কাউনববোই।

মপানগী নুংশিৎ-নুংশা চঙলক্লে। শুমাং মতোন্দগী মবোক্কি খোঞ্জেল তারে ইবুঙোখোয় লাকমানলে জীপ লৈনে। বিমোলাগী খোঞ্জেলসু তারে - কুইরেদা ইবুঙোখোয়দো উনদবা, য়ৌরকপা কয়া কুইরেদৌনো ? ইমুঙদগী বিলাসিনি - কুইদ্রি, তামো হৌজিক্তা লাকপনি ঐগী কাদা ফমলি। ঐসু তামোগী চা লোন্নবা হোৎনরি ইমুঙ কাদগী খুমলকই। ইবোচাউবা - অবোক্কা ইমাগা উদে হায়দুনা হংলম্লিবনি হায়রগা কা অদুদগী শুমাংদা থোকখি। ঙসিদি অবোকখোয় ময়াম উনরুগে লাকপনি, লোইনা উনের য়াম্না নুংঙাইরে। হনুবী অদুদি মতা য়েংদুনা নাপি মথক্তা ফমথখ্রে - ইবেম্মা নঙ তামোগী ফিদা য়াওদে। হোয়-হোয়, অবোক হায়রগা মখুৎ নাম্মনা মুড়া পায়, মখুৎ নাম্মনা চা পায় - তামো মুড়াদা ফম্বিয়ু চাসু লৈরে মখুত্তা পী। ঙসিদি বিলাসিনি ইবোচাউবগা মায়য়োক্লনা লেপ্তে, তুংওইননা হনদোকতুনা লেপ্লি।

হনুবী - ঙসিদি ইবুঙোম্নাদো য়াওরক্লাবোইরে, নুংশিদা দ্রো-দ্রো, দ্রো-দ্রো, ঐখোয়গী ইমুঙ অসিবু ওম্থোক্লা লুনা তৌবিবদো পুক্লিংদা ঈশ্বর লৈবনিনা উইদো। ইবুঙো অনিনা মরক মরক্তা লাকপসি ওম্থোক্লা থব্রায় চাউরিবনি। ঐসিনসু মমা-মচাগী মনাক্তদা লেঙদনা লৈথোকপসু য়াদে, ১০ নি মরক ৫ নি মরক লৈরিবা হায়বদুনি। ইবুঙোখোয়না চৎখ্রগা মখোয়গী মমা মচাসিনা সরকারগী থবক তৌবা, তলব চাবা ওইরমগনি হায়বা য়াও, লাইরিক তমলমখিনি হায়বা য়াও। ঐখোয়মখে ইখঙ হেক খঙদনা ইবুঙো অনিগী মরমদা ব্রারী হেক শাবসিনা অতৈগী ব্রাদি ঙাংননিঙাই লৈতবনিনা। হায়সু হায়বনি ইবুঙো অনিমকপু করি-করি থবক তৌবনো, লাইরিক তমলিব্রা ?

ইবোচাউবা - অবোক ম্নাজাউবসি নহানমখে মিলিটরি কোলেজদা তমলম্বনি, হৌজিক্তি লোইরে। মানা হন্দক চৎপ্রিবসি থবক তৌবা হৌপ্রবনি, য়াম্না থুনা কেপটেন ওইপ্রগদবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মিলিটরি য়াম্না পামলকই, পরিক্ষাদসু মথং-মথং য়াম্না ফনা পাস তৌরকই। কেপটেনদগী য়াম্না হেন্না চাউবা ফম ফাওবা কারকখিগনি। মৈতৈ মচাশিংগী মনুংদা মিলিটরি ট্রেনিং মপুং ফানা তৌরবা নুপা অমনি হায়না ভারত সরকারনা মশক খঙপ্রবনি। মহাক মরক মরক্তা ছুটি ওইনা মনিপুরদা থোরক্কনি। মহাক্তা চৎলমদাইদা য়ুম অসিদা অমুক্তং চৎতুনা ময়াম

উনকসি হায়নবনি অদুবু তান চাখিদ্রে, মানা চৎকে নিংবা নুমিৎতু যৌদ্রিঙৈদা থুনা চে অম্মা লাকতুনা চৎপ্লবননি।

নহানমখৈ ইবানি লৈমিন্নবম্নদুনা মাগীসু পবিক্ষা লোইবগী ছূটি থোবকপা ঐগীসু পবিক্ষা হাযদোকতবগী যুমদা লৈবা অদুদা তান চান্নদুনা লৈমিন্নবম্বনি। ইবান্নিসি পিশক পিক্লিঙৈদগী য়াম্না লূনা তিন্নবকই, লাইবিকসু ক্লাস অমতদা তমিন্নবকই। মানা বিঃ এসঃ সিঃ পাস তৌবগা মিলিটর্বি কোলেজ তমখিবনি, ঐনা আইন তম্বা পামদুনা মথং-মথং অসুম তমথবকপনি, হন্দক এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ পাস তৌজবে। পাবুংনা বিলাত্তা মখা তমথকখো হায সবকাবনসু শেল পাংবিগনি হাযবে। কৈদৌঙৈ চৎকদবনো চপ চাবা হাযবদি ঙমদ্রি, পাবুংনা ঐবু দিল্লি ফাওবা থিনবিগদবনি অদুগীদমক পাবুংগী ছুটিগী চে থাবি। ছূটি অদু হেক যাবকপগা চৎলগদবনি। ঐনা লণ্ডন হেক যৌবগা চিঠি পীবক্কে, মতম খর্বদি উনদবা তাবে। ইবোচাউবা ঘড়ী যেংই - অদুদি অবোক, ইমা, ঐসু থেংদ্রিঙৈদা য়ৌজপ্লগে হাযদুনা হৌগৎলি মমায অদু তুংদা লৈথোবকই, তুংওইননা লেপলিবী বিলাসিনিবু মুন্না যেংলমই। বিলাসিনিসু কুইনা উনবোইদবা মায়থোং অদু লাউতক তৌবা মিং অনিনা মুন্না যেংহৌই। ইবোচাউবা খোং থাংদোকপ্লে - এঃ সখিতোম্বীসু চঙলকলে, ইবেম্মা সখি মতম খবদি উনদবা তাবে হায়বমলগা জীপ কাখৎপ্লে, থোঙগানলোমদা গাড়ী থৌদোকপ্লে। বিলাসিনিগী মিংনা জীপকী মতুং ইন্নখি - গাড়ী উখিদ্রে। মনাক নকনা সখিতোম্বী লেপতুনা লৈবমই।

ইবোচাউবনা চৎপ্লগা ময়াম অদুসু মাগী মাগী ঙাংনগদবা বা খবা ঙাংনবগা মহৈ মহৈ কায়নবে, সাখতোম্বীসু থবক লৈহৌই হাযদুনা পম্থবমদ্রে, মযুমদা হনপ্লে। বিলাসিনি মাগী কাদা মক লুকথদুনা চঙলকই, মাগী ফমুংদা তপ্না ফমথৈ। ফমুং অদু খবা চাইবগুম তৌই, মখুৎনা শিং-শিং নান্দুনা শেমজিললি। মমৈদা ফমুংদা মমায উপনা হিপথখি, মখুৎ অনিনা মোন্দা কোনবগুম তৌই, শুরু শুরু নোইদুনা শানবগুম তৌই। কবম্বা ব্রাখলদা পোত্থাবা কৌবনো খঙদে, বিলাসিনি ফমুংদা শান্নবি। মওন মওন খনলি, ঙাইহাকসু ঙাওন-শাওনদুনা লৈ নুংঙাইবগীবা অব্রাবগীবা খঙদে। মমৈদা মোনগী মখাদা মখুৎ থিংজিনলুই - অকনবা অশাংবা অমা থেংনবে শৎতোকতুনা যেংলূবদদি পিস্টোল ওইবমলে। পিস্টোল অদু হেক পায়বদা মশা পূম্নমক অদু থৌনা অমা ফাওবগুম তৌই।

বিলাসিনি অঙাং ওইবিরৈঙেদা মখোয়বু এনঃ সিঃ সিঃ তম্বিখিবা আফিসার অদুদা পিষ্টোল কাপ্পা তম্বিয়ু হায়না ইঙাও-ঙাওনা হায়জক্কবদা আফিসাব অদুনা মাদি নোংমৈ কাপ্পা য়াম্মা হৈগল্লি তম্বিগে হায়দুনা তম্বিখি। মক অহুম কাপ্পদা অমতা শোইখিদে, মানা মখা তানা মক অহুমদংগা কাপখিগে নিংখি অদুবু আফিসাব অদুনা কোন্না কাপ্লো হায়না থিংখি। পূম্নমক অদু পিষ্টোল পায়না পাযনা নিংশিংলকই। পিষ্টোল অদুসু মক অহুম য়াওই। মানা কাপ্পা হেক হৈবগা মাগীসু পিষ্টোল অমতং লৈজববদি হায়না মপূক্লিংদা খনখিবদুসু নিংশিংলকই। নোংমৈ অদু শিং শিং নান্দুনা যেংই, মহাক্না কাপ্পা তমখিবা পিষ্টোল অদুমক মাল্লি। মহাক্কী খুৎচাবি পোৎ হায়বদুমক ওইগদবোই নিংই।

অসুম্না মওন-মওন খনলুবগা বিলাসিনিনা কনাসু উদ্রিঙৈদা থমজনখ্রগে খনলি অমসুং পিষ্টোল অদুবু মুন্না যেংই। কবিগুম্বা ইবোচাউবনা নিংশিংলক্লগা হললকপা থোক্লবসু কনাসু খঙহন্দনা পীখিগে। লম্বীদা হনগৎ-হন্দা চৎপদা পুবা অবোনবা খুৎলাইনি কাউবম্বা ওইবিদ্রা, মঙোন্দা পীবম্বা ওইবিদ্রা, মাগী ব্রাখলনা লাম্বা ফংদ্রে। পোৎ অসি মাংহন্দনা থমগে, মতম খুদিংমক্তা মাগী ঙাক শেনবা খুৎলাই ওইনা শাগোন্নগে, অসুম্না মপূক্লিং লেপতুনা ফমুংদগী হৌগৎখ্রে।

বিলাসিনি ফমুংদগী হেক হৌগৎপদা মাগী মিংশেল য়ানলিবদুদা মশাগী মমি তাবদু উকবে। মশম মনা খবা শেমজিল্লি, মমৈদা মখজাইদা থুংবা শমবু অদু মখুৎনা শিং-শিং নাননি, মতোমতা মোমোন নোকচৈ। মথন্দা ইবোচাউবনা পায়দুনা শান্নবম্বা মাগী বেনী লোনবা শমদু মানসু অমুক হন্না পায। নুমিৎ অসি বিলাসিনিগী পূক্লিংদা ইলাং লাংবা অমা পোকই, মতোমতগী মশাবু য়েংজবগসু ইকাযজবগুম তৌবে।

মতম কুইনা উনববোই, কাওননুসি হায়দুনা মাবু চেৎনা কোনশিলকপা, চীক্লবা কাদা নাপ্পা চীক্লা ঙাংনখিবা থম্মোইনুংগী ব্রাহৈ কযামকম। নুপা ওইবগী হেঞ্জিনবা অপাম্বা ব্রাখল অমনা মহাকমক্কী ওইববগুম অপনবা লৈতবা মিৎয়েং অমা য়েংলক্লবদা নুংশাথিবা অকিবা ব্রাখল কয়া পোকলকতুনা মাগী পাম্বোম মনুংদগী খুমখিবা পাওখুম - "নংবু থাজবতনা "ঐ" অসি ঐগী খুৎতগী "নংগী" নখুত্তা শিন্নববীনি। যানিংবা কযা পোকলুবদগী ইশাবু ঙাকচবা যাবা পাঙ্গল-লৌশিং পূম্ন মকসু নঙোন্দা তিনশিনখ্রে। কুমাবী অমনা "কুমাবী" গী মিংচৎতি ঙাক্কনি, ঐবু

কনবীখিবগুম ঐগী মিংচৎপুসু কনবীবমউ ..।" কযা কোমনা থাদোকপীবমদুনা মখুৎ চনখ্রবা "কুমাবী" হাযবা মিংচৎতো কুমাবী ঐঙোন্দা পীবমলিবাসিদগী হেন্না চান্নবা, সিদগী হেন্না থাজনবা মকপ, মফম কদাইদা লৈবমগদগে।

——— (***) ———

# বিমোলাগী ব্রাখল

বিমোলানা মতোমতা খনলি, মানা লিংজেল খাবি নুপী অমা ওইকৰদগী মচানুপীসি মবাযবক থীবী হাযবদু ওইগদৌবি। ইবোচাউবা হাযবা নুপামচাদু ওম্ভোক্লা ঈং-তপ্লি, গুণ চেল্লি, মহৈ-মশিংসু মনিপুবদা মাগুম্বা কনাসু যাওবোইদৌবি। মাবু পোকপা মপাবুংসু মনিপুবগী মনুংদা মমিং চৎপা লৈবাক্লা শকখণ্ড মাইখণ্ডবা অচৌবা আফিসাব অমা ওইবমগনি। মমা-মপা অনিগী মমল য়ামলবা মচানি। কবিসু থোক্ল দবা মখোযমক্লা মচন্দ-মচন, মমাদা-মমাগুম মীগী ফনবতা খন্দুনা মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বববু খুকমলি। মাবু হেক খণ্ডবা মী খুদিংমক্লসু মাবু নুংশিবমগনি, ঈশ্ববনসু যাবমগনি। মঙ্গোল ওইবা হাযবসিসু মখোয অসিগুম্বগী মবায়বক্তা তম্ফম থোকই। মাবু হেক পোকচবা মমা-মপা অদুনদি কযামুক হবাওবমগবা, নুংঙাইজবমগবা! স্নাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা হাযবদু মসি ওইবমগনি। মসি নৎতবা অতোপ্লা তম্ফা অমা কবম্বা মমা-মপানা পামলমগদগে। ওম্ভোক্লা মবায়বক ফৈদকো, মখোয অদুগী নুংঙাইবা অদুবু স্বর্গগা চাংদমনবদা স্বর্গনা হেনগনি থাজদে। তাইবং মী ওইনা পোকপদা নুংঙাইবা ফংবা হাযবদু মসিনি, মসি নৎতবা অতোপ্লা নুংঙাইবা অমা লৈবমলবসু মদুবু থোইনা পামনবোই।

কযাদা ঙকখ্রবা মীওইবগী পুন্সিনো, ঈশ্ববনা পীবম্বা মমা-মপা, মবন-মথুম হাযবসিনা মী অমগী নুংঙাইবা অমসুং অৱাবগী চাং লেপ্লা যাদে। মানা শেমজবা ওইববসু, ঈশ্ববনা শেম্বিবা ওইববসু মহাক্কী মথোক কাবকপগী নীংথিবা পুন্সি কয়া লাযনা মাংখ্রবা। নোংমা-নোংমা হৌখিবনা নহা ওইবগী পুন্সি লোইশিনলক্লে। মাগী পুন্সিদি অৱাবগী লম্বী লমশাংনি, ঈশ্ববনা তম্বিবম্বা পুম্নমকসু মঙোন্দদি পাপকী কোকথোংনি। অসুক শাংবা পুন্সি লম্বীদা অৱা কোকথোং পুদুনা নুংঙাইবা পোত্থাফম অমা থিবকলিবসি অতৈ কবিসু নৎতে, মাগী মচানুপীগী মবাযবক ফবা পুন্সি অদু যেংবা ফংখিনি অসিদনি। মচাগী মবাযবক্তা "অফ-ফত্ত" মযেক ইগদবসু মমা মা

## ঐদি মুম পান্দবীনি

নত্তনা কনানা ইবিগনি পাক চাউববা সংসাবদা মচাবু মাতগী শরুক ওইনিংলুদুনা মচী মকম খুদিংদা কোইলোং-লোংলি, মসিগী ফলনা কবি তাবক্কনি, মাগুম্বনা কবি খঙগনি।

মতাং অসিদা ঈশ্বব লৈবি, ঈশ্ববদা শিন্নদুনা অব্রাবা পোংলুম থাবগে মচাগী তুংগী ব্রাখলসু খনলবোই, মাগী ব্রাখলসু খনলবোই, নোংমা-নোংমগী থোক্লবা থৌদোক্তা কাওশিংগুম তাউদুনা লৈথোক্লগে হাযববসু অফবা তানখৎলক্লিবা সমাজ অসিদা মচাগী অফবা লম্বী লময়ান্দ্রবী মমাদুনা কবম্বা লমহাংদা মায়ওন্দুনা সংসাবগী ফজবা য়েংগদৌবিবনো। ওম্বোকপনি মাগী মিৎনা উবা ঙম্বসি মাগী অমতা ঙাইজববি মচাগী মাযথোংসিদনি, মচাগী মাযথোং হুন্দোক্তুনা পূর্ণিমাগী থাজ যেংবা ঙমগদবা লৈত্রে। কয়াদা লুপ্পবনো, নোংমা-নোংমগী মপুং ফাজিল্লক্লিবা মকালাম্না শাৎকদবগী অপাকপা ঈপাক যেংলক্লবা থম্বালবু মাগী পিক্লবা পূক্লিং পুথ্রিদা লাকশিন্দুনা থমলি। চবাংলক্তা লৈকা শুদনা খজিক্তং শাৎতোক্লগা তাইবং সংসাবগী শিন্থাং লোইবে হাযদুনা পুন্সি লোমখিগদবা মচাসু নত্তে। অচৌবা ঈপাক ঈযাইদা ম্নাগী থম্বালগুম মকালাম্না শাৎচগদবা মচানি। কুমগী ঈনৌনসু থিবক্লবা , ঋতুগী খোঙথাংনসু মপুং ফাজিনলক্লবা মচাবু লাইববী মমাগী খুজিন্দগী পিক্লবা লব্রাই লমসিদা কবম্না লৈশাৎ তমহনগনি।

ব্রাখল অসিগী অব্রাবা নত্তবা, অতোপ্পা অব্রাবা অমগা মহূৎ শিন্নবা যাববদি মচাগী ব্রাখল অসিগা ওম্বোকনদুনা হেন্না লুম্বা ব্রাখল অমা পুবদা মানা য়াবোইদবা লৈতে। মানা তাবিবা অব্রাবগী কোম অসিদগী হেন্না লুবা কোমদা অমুকসু হেন্না পুংথখিবা তাববসু মচাগী মঙ্গোল ওইনবগীদমক্লি হাযববদি অব্রাবদু খাংগনি। চমম্লববা বুদ্ধি অসিদগী হেন্না মম্বা লোকনুং অমদা চঙবা তাববসু মচাগীদমকনি হাযববদি মদু যাগনি। মাগী মচানা মাগুম্না মবাযবক থীহৌবা তাববদি মাবু স্বর্গদা পুখৎপিগে হাযববসু মদুনা থোইনা ব্রাগনি মচাগী পুন্সিগী লম্বীদি নুংঙাইবগী ঙমখৈ লোইদুনা অবোইবা দাভী চিংলবনি হাযবা থোক্লবদি হৌজিকমক মাবু ব্রাখল চবুক অসিদা লাকশিন্দুনা পুন্সিগী অবোইবা পন্থুংফমদা পুথবিবনা হেন্না ফগনি।

বিমোলাসি কযাদা পঙ-ফত্ত হাযবদু ওইববনো মতোমতনা পুগদবা কোকথোংসু নত্তবদা মতোমতনা পুবি। মাগীসু চঙজফম লৈবিবনি, মচানুপীগীসু

চণ্ডজফম লৈবিবনি। "মবাযবক ফবী মচানুপীবু মানা ফীমুনা ফীকক খুমজিনবিদুনা সমাজগী অমমবা কাচিন্দা নমশিন্দুনা থমলি।" মসিগী পাপকি মৈবিনা মশাদা ব্রাইবক্লবোইদ্রা। মবিংজেন খাববি বিমোলানা মপূক্লিংগী ব্রাবেপপু মিনমদুনা মচাগী পুন্সি ফীগাউদা মচাগী পুন্সি চেংজেল হাপপিযু হাযকুববোই, মচাবু কনাগী মফমদা পুশিনলবোই। মচাগী মবাযবক্তা থোক্কদবা থাবু মাগী খাববা পুকচেল অসিনা লুমশিন্দুনা থমখ্রে। অফবা লিশিং লৈবমলবসু ফত্তবা লিশিং লৈবমলবসু ঈশ্বরনা তমলম্বনি খনখ্রনি, বিমোলাগীদি লেপখ্রবা পুকচেলনি - মচাগীদমক মতোমতনি।

——— (***) ———

# বিলাসিনি ফাখিবা

অয়ুক্কী পুং ১০ বোম তাববা মতমনি। লম অদুগী পাখং ৪/৫ য়ু খবা খরা থক্লগা পোৎয়োম অনি অহুম পাযদুনা বিমোলা মমা-মচাগী যুমলোমদা খোল কনলপ কনলপ ৱাবী শাদুনা চঙলকই। অসুম চঙশিলকপনা শুমাংদা ফমদুনা লাইবিক পারিবা বিলাসিনিগী মনাক যৌশিল্লক্লে। ইবেম্মা স্না ! ঙসিদি চাক চান্নসি, ঙা-চাক পূম্নমব লোইনা লৈবক্লে। পোৎয়োমশিং অদু পোপ পোপ থাদৈ মখোয পূম্নমক শুমাং অদুদ ইলাঙ লাঙনা হুনগৎ হন্দা চৎতুনা লৈ।

বিমোলা ইমুঙদগী থোবকই - ইবুঙোখোয মযাম লাকপ্রা, নচন্দুবু পবিক্ষ অমা থানি হায়দুনা লাইবিক পাবিবনি, ইবুঙোখোযগী চাকতুনা ঐনা শীনবা হাযবদুনি হেবা ইমা ! ইম্ফালমোমদগী লাকপা ওইবগনা তামো-তামো, যাম্লুং-যাম্লুং হেব মতৌবা, ঐখোয খুলসিদা লৈমিন্নবা মীনা নোংমা ফাদোক হবাউ-হবাউ চাক চান্নসি হাযবদনা পবিক্ষা থানি, হা অদু তৌনি মতৌবা। ঐখোযনা ফৎত্রবদবু নখোযগী নমা-নচা লৈবা যাগদ্রাও ? বিলাসিনি মাগী চে, লাইবিক ময়ামদু খোর্মজিন্দুনা মাগী ইমুঙগী কা অদুদা চঙশিন্দুনা লৈথোকখ্রে, মমাবুসু ইমুঙদা কৌশিনখি।

মবোক হনুবী অদুনা থোবক্লগা ঙাংনৈ। মখোয অদুনা অসুম-অসু হেনগৎলকপনা ৱা-ৱা লাউনা খৎনবা হাযবদু ওইবে। নিশানা মযাই কাবব নহাবোনশিং অদুসু মমা-মচাবু থিনা চৈবল্লগা চৎখ্রে। মখোয়গী অসিগুম্বা লমচ নাইদবা অসিনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা বিলাসিনি মমা-মচাসিনা মখোয়বু থৌওইবকত্রিবনি অসুমনা নোংমা-নোংমগী হোঞ্জিল্লকপনা মমা-মচাসিনা মখোয়বু শাউবক্লে অমস থৌওইবকত্রে। নোংমা-নোংমগী নুংশিনদবা হেঞ্জিল্লক্লে, যেক্লবনা ইকো কোযশিল্লকপগুম তৌবে। মমা-মচাগী ৱা ঙাংবগীদমক সখিতোম্বীগী ইমুঙবুসু খুল যেংশিনবা হৌবে। খুলসিদা লৈবিবা মখোয খবা অসিনা কলকপদগী ওহ্নোক ওহ্নোকপা ৱা ঙাক্তা ঙাংনবা হৌবক্লে। মখোযগী যুমদা লৈবিবা হনুবীসিনা মবক

মবক্তা লাকতুনা লৈববিবসি কবিসু থোক্লদুনা লৈববা নত্তে। ইম্ফাললোমদগী শেল-থুম পাযবা বাবু ভাইয়া খবা শঙ্গ তৌশিন্দুনা য়ুম অসিদা পুশিল্লকই, খুলগী বদনাম ফত্তবা শন্দোক্কদবগী হোৎনবি অসিনচিংবা ব্রা কযা-কযা ঙাংনবক্নে।

অমবোমদা হনুবী অসি নাবি শাবি লৈবি, লম অদুগী মাইবা অমনা নুমিদাং খুদিংগী লাকতুনা হনুবী অসিবু পুক খবা খবা শুবী। মাইবা অসি লৈবদগী ইমুঙ অসিদা চঙদুনা লাংবা থোৎপা, য়ু থকপনচিংবা যাদ্রে। হনুবী অসিনা হেক ফবকপদা মখোযগী মমা-মচা অসি খুল থাদোকতুনা অতোপ্পা খুল অমদা হোংখ্রগদবনি হায়বসি মখোয নহাবোন খুদিংমক খঙলবনি। তোলচৌনা মখোযগী মমা মচা খুল হোংখিদ্রিঙৈদা মাগী ব্রাশক পাংথোকহৌদবা যাদ্রে হাযদনা মপূক্লিংদা ব্রাশকখ্রে। মাগী তুং ইনবা মী কযাবু য়ু কযা পীথকলে, শা কযা পীজবে, অয়ুক-নুংথিন নুংদাং পুলপ পুলপ পুন্দুনা ব্রা কযা তানবে।

মীতেক মীবৌ খঙবী বিলাসিনিসি মাগী যেক্লবশিংদা নোনজবগী ব্রাহে ঙাংখিদ্রে, নুপী ওইবগী অশোনবা শকফম উৎখিদ্রে। মমা অমসুং মবোকপু যাম্না চেকশিন্না লৈগদবনি হাযবি, মহাক মশামক অহিং নুংথিল অনিমক্তা মশা ঙাক্লবগী তাযাবি তৌদুনা লৈখ্রে। তোলচৌসু ব্রাশক ঙাক্লবগী তাঞ্জা যেংদুনা লৈবি।

তোকঙা অমসু শন্দোবক্নে - বিলাসিনিগী মমা বিমোলাসি মাইবা অসিগা ঙাংনবে, অদুনা অহল অসিনা মখোয মমা মচাগী ব্রাদা ঙাংদুনা খুলগী বদনাম ওইগদৌবিবা ওকতবীশিংসি কনখৎলি, অসিগুম্বা ওইবসু যাবা ওইদবসু যাবা বাফমশিং অসি অতাবা মী খুদিংমক্লা খঙনিংবা পোকলে অমসুং ঙাংনবা হেনগৎলক্নে। খুলগী মী কয়ামকম্না চিবোন-চিবোন ঙাংনবদা মাইবগী নাকোং য়ৌবে, মাইবগী নুপী অঙাংনা বিমোলা মমা মচাবু শাউবনা মৈ হৌবে। প্রমান পাম্থে তৌনবা হৌবক্নে - কদাইদগীনো ওক্তবী মমা মচা লাকতুনা খুল অসিগী নহা অহল শুনা ফাজিনখ্রে, মীগী নুপী লৈবা নুপা ফাওবা ফাজিনবা হৌবক্নে। লম লম খুদিংদা লৈবা যাদদুনা খুল শুনা চৎলক্লবা মীনি। খুল অসিতনা পাংমন্দবদগী নমদুনা লৈবিবনি, লৈকাই পুম্নমক হৌদুনা তানগদবনি, লৈহনলোইদবনি অসিনচিংবা . .।

ব্রাফম অসি বিমোলা মমা মচাগী নাকোং যৌবক্নে। বিমোলা শাউনিংবগী চাংদি লোইবে, অদুবু হন্থনা খনলুবদা পাঙ্গল যাম্না থোকতে। অমবোমদা হনুবী

অনাবীসি পুদুনা কবম্মা হোংগনি, অমবোমদনা মীগী মচিন কবম্মা মেনগনি। ফত্তবা পাউ অসিনা খবা খবা শন্দোবকপনা খুল শীনবা থুংখ্রে। নোংমা-নোংমগী য়েক্লবা যামখৎলক্লে, বিমোলা মমা-মচাগী মী লৈশিনলকত্রে। অশোনবগা-অশোনবগা হাযবদুনি, বিমোলা মমা-মচাগী মীচংদা নুপা নহা কনাসু লৈতবা সখিতোম্বীগী ইমুঙনা লেপলি।

অসুম্মা শোম্থবক্লবা মতমসিদা ফৎত্রবা নহাবোন কাংবু অদুনা নোংমগী অহিংদা বিমোলাগী য়ুমদা চঙদুনা মচানুপী বিলাসিনি ফাদুনা পুখ্রে। ফাদুনা পুখিবা মচানুপীগী মতুং ইনবদা ডাকু কাংবু অদুনা, মমা-মচা অনিমক জীপতা হাপতুনা লাপ্পা পুথোকখ্রে। লাউ-খোংবা তাববোইদবা লমহাং অমদা মমাবু হুন্দোকপিবল্লগা বিলাসিনিবু জীপ্তা চেকশিন্না হাপতুনা লাপ্লবা লমদম কযা লাম্থোকতুনা খুদোং থিববা চীংগী লম্বী অমদা থৌজিনখ্রে।

বিলাসিনি মাবু য়ুমদা চঙলকতুনা ফাননবা হোৎনববিবা মীওইশিং অদুগা মাযযোক্লদুনা মপাঙ্গল মবিঙজেল পূম্নমক পুথোক্তুনা থেংনগে খনখি অদুবু মমা অমসুং হৌগৎতুনা চৎপা ঙমদবী মবোক অনাবী অদুগী খনবদা মপাঙ্গল কযা থোকখিদে। খনজান্নবগী অশোনবা তাঞ্জাদা মযাম চঙদুনা মাবু ফাখিবনি। হৌজিক্তি নুপাশিং অদুগী মখুৎ চনখ্রে, মমা অমসুং মবোক কাযনবে। বিলাসিনি ব্রা অমতা ঙাংদে, মপুক্লিংদদি মওন মওন খল্লি। মযাম অদুসু মখোযনা যৌগদবা মফম অমা য়ৌদ্রিফাওবা গাড়ী থৌবি। জীপ অসি চীংশাং পবেং পবেং লাম্থোকতুনা খৌপুম তম্পাক তাবক্লে।

খৌপুম তম্পাক চীংনা মাইকৈ মবি কোযশিনবা তম্পাক অমনি। মমাংঙৈ নিংথৌবোনশিংগী মতমদা মমিং চৎপা লম অমা ওইনা মী অযাম্বনা মমিং তানৈ। মতম অমদদি বৃন্দাবন চৎপদা লম্বী অশোমদা ঙাক চৎনবমই হায, লম্বী অসিবু তোংজৈ মবিন হাযনসু খঙনবমই। যাম্না পীকপা খুবা লম্বী ওইবদগী থোনখিবা মিংনি। হৌজিক্তি জীপ্পা মনিপুব তম্পাক্তগী মথং মথং লাকতুনা হাযবিবা তম্পাক মচা অসি লাম্থোক্লগা চীংগী লম্বী খবা কাবগা জীবি তাবা যাবে। মৈতৈ ইচিন-ইনাওশিংনা ললোন-ইতিক তৌদুনা লৈত-লাযব তানবগী খুদোং চাববা মফম অমা ওইবে।

মমাংঙৈদা চীংদোন্দা তাবম্বা চীংমী ইচিন-ইনাওশিংসু তম্পাক অসিদা কুমথবক্লে। যুম পবেং-পবেং শাদুনা মৈতৈ খুনলক্কী যুম্বালগুম খুন্দাবা হৌবে। মফম অসিদা হাপ্তাদা অনিবক কাবা কৈথেল অমসু লৈ। সবকাবগী তোঙান তোঙানবা আফিস কযামকমসু নিংথিনা শাদুনা লৈবে, অচীকপা চীংনুং হাযবদু নত্রে। লম অদুগী থাগৎনিংবা অমনা ইম্ফাল তম্পাক্তা ফংবা অযুক-নুমিদাংগী চানবিবা যেঙ্গাং-নাপী পূম্নমক মফম অদুদসু ফংই। তম্পাক অদুগী ইচিন-ইনাওশিংগী মবক্তা কবুইনা অথোইবনি। ইচিন-ইনাওশিংসি মমাংঙৈদগী হৌনা মৈতৈদগা তিন্নবকপনা মৈতৈগা যাম্না মান্নবা সভাব অমসু উই। কনাগুম্বা ইম্ফালদগী মৈতৈ অমনা মফম অদুদা লৈকুবদা ধর্ম্ম অমসুং লোন তিন্নদবদগী থোকপা অন্নাবদু পঙলৈ লৈবোই। হাযবিবা খৌপুম তম্পাক অসি মখোযগী জীপকী মৈঙালদা উবে, মখোয মশেন ঙাংনবে-খৌপুম তম্পাক তাবে, আফিস মযাম উবে, মৈতৈ ললোনবশিংনা লৈবা যুম উবে। বিলাসিনি লম অসিদা অমুক্তা লাকখিদ্রি, অদু ওইববসু মবোক্লা ললোন-ইতিক চৎপগী ব্রাবী তৌবদা খৌপুম তম্পাক্কী মমিং তাখ্রে। মপূক্লিংদা ব্রাখল অমা খনলক্লে অসুম্না হাযবকই।

তাদখোযনা ঐবু পুবিগদৌবিবা মফম অদু যৌবব্রা ? যাম্না ঈং তপ্লা নুপীগী খোঞ্জেলনি। তোলচৌনা - ইবেম্মা, মফম অসি চীংনি হাযদুনা চিংনগনু। ঐগী মকপ মপাং মৈতৈ ঙাক্তা পিক থন্না লৈ, মফম অসিদা ঙসি অহিংদদি লৈসি। বিলাসিনি - তাদনা ফনি হাযবদু তৌসি, হৌজিক্তি ঐদি তাদখোযগী খুত্তা তাবে, ঐবু মাঙহনগে মাঙহনলোই তাদখোযগী ধর্ম্মনি। অসুক চাউবা থৌদোক অসি থোক্লমদ্রবসু তাদা তোলচৌনা নুপীগী পুকচেলদি ইকাযথিবা হায়বসিদনা খুবৌ হেক হেক ওইদুনা পুক্লিংগী ব্রা হাযদোকপা ঙমদবনি হাযবসিদং খঙবিবম্লবদি, কবিসু লৈতবী নুপীমচা ঐবু যেক্লবা ওইনা খনবীবমলোইদবনি। মদু পূম্নমকসি ঐগী লাইবক্তা তমলম্বদগী থোকখিবনি খঞ্জবগে, ব্রা অমতংদি মযাম্না যাবিযু।

তোলচৌ জীপ খামই। মপুক্লিংদা খল্লি-নুপীমচাসি মবুক হোংলে মাগী ওইবা যাবগনি। অসুম্না হাযবকই - ইবেম্মা নঙনা হেক পাম্বদা হাযযু, নঙনদি ব্রা লান ঙাংবা হংবা অমতা নিংথিনা খুমদবদুনা থৌদোক অসি থোক্লিবনি। বিলাসিনি - তাদনা কবম্বা মতমদা অবোক অমসুং ইমা লৈত্রিঙৈদা লন্নাই ওইবা ব্রা হংবিখিবগে,

ঐদি য়ুম পান্দবীনি

নুপীমচাশিংদি মমানা যাদবা নুপাগী মফমদা মবন্নাইগী মোং ফোংদোকপা ঙমদে হায়বসিসু তাদনা খঙবিদে। তোলচৌ-স্না নঙনা হাযগদবা হাযবো, ঐ নঙোন্দা হঞ্জিন হঞ্জিন চোপ্পা তাবে রাখল থেলহৌবে। হৌজিক্তি নঙসু শাউবনু কবম তৌবগা ফগদগে হাযবদু হাযবো ঐ য়াবে। তাদনা হেন্না খঙবিবিবদুনি ঐগীদি ইমাগা অবোক্কনা লোইবে, ইমাবুসু লমখাংদা হুন্দোকপিবমই। ইমানা ঐগী খোংগুল লিফম খঙদদুনা কোইচৎ চৎলমগনি, ইমা অদুদদি কোইচৎ চৎখিদনবা তাদখোযনা ফাজিন্দুনা থম্বিযু। হযেং নোং ঙানলগা ওইববসু নিনি হুম্নিগী তুংদা ওইববসু মযাম্মা ঐবু চিংনবিদ্রবা মতমদুদা ইমা ইচা উনজগে । তাদা তোলচৌগা ঐগনা মফম অসিদা ঙসি অহিং অসি লৈহৌবগে, তাদখোয মযাম্মা হৌজিকমক হনবিখ্রগা ইমাগী খোংগুলদদি লিবিক ।

তোলচৌ অমসুং মাগা লোইনবকপা অতৈসু বিলাসিনিগী বাফমসিদা অযেৎপা লৈতনা যানবে। তোলচৌগা বিলাসিনিগা গাড়ীদগী কুমথবে; মযাম অদুসু জীপ মমায লৈথোকতুনা থৌখ্রে। অহিং অসি যাম্না কা হেন্না মম্বা অহিং হাযবদু ওইদে, থা থোকত্রবসু থরানমিচাক্তি নিংথিনা থোকই। তোলচৌ অমসুং বিলাসিনি মী তাবিবা মাযকৈ অদোমদা লাকই। বিলাসিনি মপুক্লিংদা চপচাবা বাখল অমা লেপখ্রে, অসুম্না হাযবকই - তাদা লমহাং হাযবদু ওইববনিনা ঐসু ছূড়ি অমতংদি পাযনিংই, তাদগীদি যাওবত্রা ? তোলচৌ যাওবে যাওবে, ঐদি মতম খুদিংমক্তা খুৎলাই পুবিবনি, নঙনা অপাম্বা অমা খললু হাযদুনা ছূড়ি অনি, যোৎকী চেন অমা পুথোবকই। বিলাসিনি ছূড়ি অমা পায়বগা তাদা ঐগী ফাঁসি ইনবিযুবা ঐদি বাই শংনা চৎনিংই, লমহাংদা চৎপদি রাই শংনা হকচাং খিং খিং লাউনা চৎপনা নুংঙাই হাযদুনা মপুং মবৈ ফাববা নুপীগী ফজবা শাওং শবানবু কুপলম্বা ফী অদু লৌথোক্তুনা তোলচৌদা ইনশিনবি, মমাঙ থানা বিলাসিনিনা মাগী লুমলবা হকচাং অদু বাই শংনা চৎলি।

তোলচৌনা মাগী মমাঙ থানা চৎলিবী বিলাসিনিগী কেনা কেনা থাংবা খোঙথাং অমসুং মাগী নিংদু মখা ওইবপ্পা শাংথবা কোমলপ তৌববা বেনী লোনবা শম অদু যেংদুনা চৎলি। বিলাসিনিনা হন্না যেংলগা তাদা ঐবু থম্বিগদৌবিবা যুম অদু কযা যাম্না রাৎলিবগে, যৌগদৌবত্রা ? হৌজিক্তা চেল্লকপনি হাযনুসি, হান্নগী ইমুঙ মনুংনি হাযসি, তাদা ইকাযত্রা, ঐদি মদু যাম্না হাযনিংই। তোলচৌ-ইকাযদে, ইকাযদে নঙনা

ফগদবা অদুম খুমউ, ঐ কবিমতা হাযবোই। ঐদি ব্রাসু কযা ঙাংবা হৈতেদো য়্না, নঙনা তৌসি হাযবদুদা ঐ যাই। বিলাসিনি-ফবে অদুবু হাযবিববদি ঐ তৌগে, যুম অদুবু কযাম ব্রাৎলিগে হায়বনি। তোলচৌ-যৌদৌবেদা, অসুম যেংখিবদা মৈঙান উবিবসি ফক্লাং অহোবদগী উবিবনি, মসিগী হেক থংনবদা যুম অমা লৈ মদুদা চঙসি। তিন উবিবশিংসিসু সবকাবগী যুম ঙাক্তনি মফম অসিদসু মৈতৈনা অয়াম্বা লৈ। বিলাসিনি-ফবে অদু ওইববদি মীগী যুমদা ব্রাবী শাবা ঐ ইকায় মচী মকম অমদা ফমলগা ব্রাবী শাকখিসি, নোং ঙাল্লগা চঙলসি, হৌজিক্তি ফবক অমসু তাবে, ঐদি যাম্নসু ব্রাবে, পোত্থাদ্রবদি মীগী যুমদা চঙবা ঙম্লবোই।

তোলচৌসে ঈপাক্তা তাউবা হিগুম বিলাসিনিনা কোইলৈ লৈদুনা পুবে, মশাগী ওইবা ব্রাখল অমতা য়াওদবগুমলে। বিলাসিনিগী ইকোই কোইদবা ব্রাঙাং অমসুং অথুপ্পা লৈতবা শাওং শবান অদুনা মশাগী ওইবা বুদ্ধি লৌশিং পূম্নমক ইশুম শুমহৎখ্রে। তোলচৌনা মতম কুইনদগী তাবা ফংলকত্রবা খোইহী চেনবা ব্রাহৈ কযামকম ঙসিদি বিলাসিনিগী চীনদগী তাবে। মহাক্কী মতম কুইনদগী খনজবকপা থবক মঙ্গোল ওইবনি খনবদা মশা অদু নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউবে। নুপী অসিগী মচীন্দগী থোবকপা ব্রাহৈ পূম্নমক ইফদা ফজবে, ইনুংদা নুংশিবে, মানা হায়বি মখৈসু যাবে। বিলাসিনিনা মাঙ থাদনা চীংমাই মতেক অমা কাখৎলি, নুংঙাইবা পোত্থাফম অমা থিবিবনি। অপিকপা চীংদুম অমগী মকমদা লৈতেম মান্নবা মফম অমা উবে। বিলাসিনি - ফবে তাদা, লম্পাক মচা অসি যাম্না ফজবে, মসিদা ব্রাবী শাখিসি, ঙাইহাক লেপই, নোকমি নোকমি তৌদুনা তোলচৌদা ওনশিনলগা - নুপানা খুৎলাই শিজিন্নবা মতম নত্রে হাযদুনা মখ্বাংদগী অমসুং মখুত্তগী খুৎলাই পূম্নমক লৌথোক্লুনা বিলাসিনিনা মশাগী তুংওইননা লৈমাইদা লংথোকখি।

বিলাসিনি খজিত্তং অমুক হন্দোক্লগা মখুত্তা ছুডি অমা চেৎনা পাযদুনা তোলচৌদা শংত্রিক য়েংই -খোংফম অমা ফাওবা হেনজিল্লক্কনু, কবিগুম্বা লম হেন্দুনা হেনজিনলকপা থোক্লবদি অচীকপদা নুপী অমনা মশানা যাদবা নুপা অমদা কবি তৌবা ঙম্বগে হাযবদু খঙজগদৌবতনি। তোলচৌ হাঙলবা মখুৎ অনি অদুনা কবি তৌগনি, ঙশাইমখৈ নুংশি শকফমদা শুমহৎলুবে, মিকপ থোবকপদদি নুংশিথোইববি বিলাসিনি লানগী শকফম লৌববি দুর্গাগী মূর্তি ওইবমলে।

তোলচৌ মমিৎ তিঙক তিঙক যেংই, অসুম্না হায়রকই - নুপী মচা অমগী থাংদা ঐগী থব্রাই থাদোকপদি কয়া পামদে, মমিৎ শংত্রিক য়েংদুনা থাং মুনগদবগী হোৎনৈ। হেনজিনবা য়াদে, বিলাসিনি নিযোম চুম্না থাং পায়দুনা ফিবম চেংনা লৈবি। - ফরে, নুপীমচা অমগী থাংদা নথব্রাই থানিংদ্রবদি কবম্না খুৎলাইদা শিংননিংবগে নঙগী অপাম্বা খুৎলায খনজহৌবা যাগনি, বিলাসিনি মপুক্তা খল্লি - মসিসু মী হাৎলবা মীনি মীচমদি নত্তে মতাং অসিমক মাগী শিবা হিংবগী লানফম অমনি। নুপী ওইবগী শোন্থবা ব্রাখল পুম্নমক থাদোকতুনা বিলাসিনি তোলচৌগী মমাঙদা শিংনদুনা লেপলি।

বিলাসিনি - ফবে, নংসু থাং পাযযু, থাং পাযদবা নঙগা ঐগা লামবা তৌবা ইকাই। নুপা ওইববসু হৌজিক্তি নঙ ঐগী লামবানি, ঐবুসু নুপীনি হায়দুনা ইলায় লায়না লৌগনু। শেম শাউ, সে, নঙগী থাঙ লৌ হাযদুনা মখুত্তগী থাঙ অদু তোলচৌগী তুংওইননা লম ৩/৪ লাপনা লংথোকখি। তোলচৌ থাঙ তাখিবা মাইকৈদা মমায ওন্দুনা চেনশিনখি, মখুৎনা থাঙ তাপ খুনগৎলি, থাঙ পাযখৎতুনা মমায় হেব লৈশিনলকপদা বিলাসিনিনা থুনা পিষ্টোল অদু মখুৎ যেৎনা শৎলগা ফিবম চুমনা লেপতুন অহুমলকতং কাপই। মমাযদা অমসুং মথবাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমদা পানখি তোলচৌ লেপলম্লগা মখুত্তগী থাঙ থাদখি, মশা অদু থক থক নিকই, লেপ্পা যারকত্রে. মচীল অদু কবিগুম্বা খবা ঙাংনিংই, ঙাংবা ঙমদনা তুথখ্রে।

বিলাসিনি মমায ওন্দুনা চেনথোবক্লে। ঙশাই তোলচৌনা মী তাবা মফম তাকখিব মাযকৈ অদোমদা কন্না চেনশিনলক্লে। চেন্না চেন্না মমিত্তা উবি - তোলচৌগী মমায়দ অমসুং মথবাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমদা নোংমৈনা পানবগী ঈ তাহৌবা, ব্র ঙাংনিংবগী মযা কানা কানা লোংনা হাযথদুনা তুথখিবা ... ...! চেনবগী খোঙথাংা লেপতে, লমথুংফমসু খঙদ্রে, মপুক্লিংগী ব্রাখলসু লেপ্পা ঙমলকত্রে, কনাগী য়ুমদ চেনলিবনো, মানা চঙগে নিংলম্বা য়ুম অদুসু মফম খঙলকত্রে। তুদুনা লৈহৌরব তোলচৌগী শিবমদাইগী শকফমনা মমাঙদা চপ চপ লেপলবে, মঙোন্দা তুশিনলকপগুম: তৌরে। বিলাসিনি চেনবা যাদ্রে, মাযগৈসু খঙলকত্রে, কদোমদগী লাকপা ব্রাখলনে খঙদে ইতোপ তোপ্পা য়ুম অমদা থোঙ হাংদোকতুনা বিলাসিনি চেনশিনখ্রে।

——— (***) ———

# সখিতোম্বীগী ইমুঙ

বিলাসিনি ইম্ফালগী মচী মকম ওইনা লৈবা খুঙ্গং মচা অমদা পোকপনি। মবোক্লা মাগী পোক্লফম লমদম ইম্ফাল ময়োন অমদা থমদুনা লাইবিক তমহনলকপনি। মমানা মচানুপীগী মহে মশিং মপুং ফাদ্রিমখৈ মীবক তিনলবোই হাযদুনা খুঙ্গং অদুদা অব্রাবা কয়া খাংদুনা লৈজবকপনি। বিলাসিনি মপুং ফাববি লৈশাবি ওইখৎলক্লে, ফজবা শক্তী মিংচৎ শন্দোবক্লে। মী কয়া কয়ানা নিনফুং নিনফুং ঙাংনবক্লে - বিলাসিনি ইনাক কৈবাক খুনবা অচৌবা নুপা অমগী মচানি, অদুনা পোকপনি, অদুনি অদানি; চীন অমদগী চীন অমা, কাংবু অমদগী কাংবু অমা, নোংমা নোংমগী শোনবকপনা মমা অমসুং মবোক্লা কুপশিন্দুনা থম্না ঙমলকত্রে। বিলাসিনিগী মবী মখোঙ পুথোক্লবা হৌবক্লে। মীপাইচাউবি বিমোলানা মচানুপীবু মপাবুংনা খঙখ্রবদি মতোমতগী শরুক ওইবা যাববোই খন্দুনা মচী অসিদা নাথৈদুনা থমলিবনি। হৌজিক্তি লব্রাই লমগী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা মমা মচাবু তোঙান তাহনলে।

মসিবু তাইবং মীনা তাবিবা সমাজ অসিগী লমচৎলা নৎত্রগা মীগী লমচৎলা ? তাইবংপানবদা লৈবিবা মীগী লমচৎ অসিনা অমগা অমগা মানবন্নবা অমসুং উনবমলবদি পৃথিবীগী লৈমাই অসি কয়া যাম্না পাক্লমগবা। লৈতেম মান্ননা পাক্লবা পৃথিবীগী লৈমাযদা চাউখৎপগী নুংশা মঙালনা কবম্না অকোন অহান নাইনা থোবকফম থোকপগে ? ঐখোয মশেল অমগা অমগা উনদবদগী অমসুং থাজনদবদগী তোঙান তোঙানবা পৃথিবী অমমমদা লৈবগুম অমনা অমবু কিনবি। ঐখোয়গী পুকচেল অসিনা তিন্নবমলবদা ধর্ম্ম নীতিনা মানবমলবদা মতুম তায হাযবিবা পৃথিবী অসিগী মথক মখাদা তাবিবা মীওইবা সমাজগী ঈপাক অসিদি চাউখৎপা চাউখত্তবগী ইপোম নাইদবা ঈংলবা লৈমাই ওইবা ঙমলমগনি। হৌজিক হৌজিক্কী মতমদদি তাইবং মীগী সমাজদা জঙ্গলগী শাগা পুন্না লৈমিন্নবগুম তাইবং মী ঐখোযনা

তাইবংমীদগী অকিবা ফংলি। কয়াদা ইকাইনিঙাই ওইখ্রবা ব্রাফমনো, বিমোলাগী অমতা ঙাইজববী মচানুপী মাংখ্রে, শিখ্রে খঙদ্রে, হিংলি খঙদ্রে। মাবু মমামক্লি হায়দুনা অব্রাবা কয়া ঙাকপিবকপা হনুবী অদু মশাগী অনাবা অমনা হৌগৎতুনা চেনবা ঙমদবদগী মৈনা চাকতুনা ইমুঙদা কযা ব্রানা শিখ্রবা। মমা মচা অমসুং মবোক পুন্না লৈমিন্নবস্বা য়ুম অদু মৈ থাদোকপিখিদুনা মমা মচাগী ইশ্মোল, খুলগী ষণজাবুংগা অমতা ওইনা তিন্নখ্রে।

হঞ্জিনফম খঙদ্রবী বিমোলাসি মতম খবা অঙাওবিগুম কোইচৎ চৎতুনা লৈববদা সখিতোম্বীগী ইমুঙনা ফাজিন্দুনা মযুমদা থমলি। অযুক নুংথিল নুমিদাং খুদিংদা সখিতোম্বীগী মাঙ্গোল মচীদা ফমদুনা মাগী হাংলবা ইশ্মোল অদোমদা মমায ওন্দুনা চিন্তা তৌদুনা ফমই, মীনা কৌবক ঙাংলকপা তাবগা মচানুপীবু চিংদুনা পুখিবা মাইকৈ অদোমদা মমায হেক হেক ওস্থোবকই। মতম কুইবগা অসুম অসুম ফবকদ্রা নত্রগা অসুম অসুম হেঞ্জিনলকদ্রা কনানা খঙবা ঙমগনি।

অয়ুক্তা, নুমিদাংব্রাইবমদা লৈকাযগী নুপীমচা কয়ামকম লাকতুনা বিমোলাগী নাক্তা ইকোয কোযনা ফমলবি। অঙাংশিংবু লাইবিক তম্বীবিবনি। লাইবিক তম্বীবদগী ফংলকপা শেল খবদুনা সখিতোম্বীদা পীশিনলি। তম্বীবগী থবক হেক লোইবগা কনাগসু ব্রা ঙাংনদে তুমিন্না মতোমতা ফমদুনা লৈ। মাগী মিৎযেংফম ইহাং হাংলে, মচাগী মাযথোং উদ্রে। তুংগী আশা পুম্নমক মচানুপীগী পুক্সিদা তিনশিনখ্রবি বিমোলাসি সখিতোম্বীগী যুমদা কযা কুইনা খাংবা ঙমগনি। নোংমগী অহিংদা বিমোলা সখিতোম্বীগী ইমুঙদগী লোন্না চেনখ্রে। সখিতোম্বীগী ইমুঙনা কোযনা থিবদা থিবা খঙখিদ্রে। মমা মচা মর্চিন মনাও হাযবা লৈনদবা সমাজ অমদা লৈখ্রগে খনলমানলে, মমা অমসুং মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লবি বিমোলাসি অকংবা উনাগুম ফাবিনবা লৈতনা কোয়পাই পাইখ্রে-কনানসু বিমোলাবু থিবা খঙখিদ্রে।

—— (***) ——

# মধু বাবুগী য়ুমদা পুলিস

অয়ুক্কি পুং ৮ লোম তাবা মতমনি। মধুবাবু মাঙ্গোলদা চৌকি অমদা ফমই, মমাংদা টেবল মচা অমসু থাই। টেবল মথক্তা ফাইল ২/৩ থম্মী, অমনা ফাকতুনা পাবি। মতম অসিদা পুলিসকী জীপ অমা অচৌবা আফিসাব অনি সিফাই ৩ তোংদুনা লাক্লগা থোঙ্গান্দা থাবি। সিফাইশিং অদুনা গাডী মনাক্তা লেপতুনা লৈহৌই, আফিসাব অনি অদুনা তুং-মাঙ ওইনা মখুত্তা ফাইল পাযবা আফিসাব অমনা মাঙ থাবগা চুবী মনাক তান্না চঙশিনলকই। মধুবাবুসু মী লাকপগী মখোল তাদুনা হনগৎনা যেংখৎলকই, টুপি অথাবা উপ্পা আফিসাব অনিমক চপ মান্ননা খোঙউপকী মখোল থোকহন্দুনা সলাম তৌই।

মধুবাবুসু ইঙক ঙকনা এঃ হাযদুনা হৌগৎলগা সলাম ওকই অমসুং ইমুঙলোমদা যেংশিন্দুনা-তোম্বা চৌকি পুথোবকউ হায। তোম্বনা থুনমক চৌকি অনি পুথোবকতুনা মাঙ্গোলদা থাই। আফিসাব অনিমক মথং মনাও নাইনা কাখৎতুনা ফমই। মধু - তোম্বা মযামগী চা অমুক্তং থুনা তৌবকউ। মযামগীসি যাম্না থুবা থবক ওইবিদ্রা, চা কা ফানখিসিকো। সাব, যানি কবিগী পংথু থুক্নগবনো, পুলিস আফিসাব অমনা ফুবিৎখাওদগী চুরুট পুথোবকতুনা সাব চুরুট অমতা ফানবিয়ু। মধু-ঐগীসি ফানসিনে, মখুৎনা ফাইল থাংগৎলগা চুরুট উপু লৌথোকতুনা পী। সাব ঐগীসি অমতা লৌবিখো, মচৈ অমা শৎলগা পী। মধুবাবু চুরুট লৌদুনা থকই। চাক থোংদুনা লৈবি ইবেমহলসি তোম্বনা তাকলুমানলে মকোক্তা গমছা মতুপ অমা কুপ, মুগাগী ফনেক অমা শেৎ, চাকশংদগী থোবকতুনা থোঙজিন মকমদা লেপলবে। মপুক্লিংদা চিংনবা পোকলমাল্লে। কবি ঙাংনবগে তাবি। চাকশংদা অমুক চঙই, মপুক্লিং ইলাং লাংই, চাকখুমদসু থব্রায যাওদে, মাঙ্গোলগী ব্রাবীসু চনিং তাবা ঙমদে। তোম্বনা চা পুথোবকতুনা মযাম চা থকপা লোইনম্রে।

পুলিস আফিসাব - সাব, ওহ্লোকনা ঙক্লবা বিপোর্ট অমা পুলিস ডিপার্টমেন্টদা লাকই, মসিবু চুমলিদ্রা লানলিদ্রা ভাব তাবা ইঙম ঙমদ্রদুনা ... । মধু

- করম্বা রিপোর্ট ওইরিদৌনো, ঐবু নিংশিংবা কয়া থোক্কে, হেকতা তাকপিয়ু কৈদৌগে। পুঃ আফিসার - ঐখোয় সারগী পিষ্টোল অমা থম্বিমাল্লে। মধু - হোয় হোয় থমজে, করিগুম্বা তুর-নুং চৎপদা পুনিংবা মতাং লাকই হায়দুনা পুবদি অমুক্তবু পুরুদে। পুঃ আফিসার-পিষ্টোল অদু হৌজিক সারগী শঙ্গাইদা থম্বিরিব্রা ? মধু-নৈ নৈ। পুঃ আফিসার-ফুরিংখাওদগী মরু অনি পুথোরক্লগা - সারগী পিষ্টোল অদুগী মরু ওইরিব্রা চিংনদুনা লাকচবনি, মরুদা শক খঙবা ঙম্বিগদবা ওইরবসু য়েংবিনবা পুজরকপনি। নোংমৈদু অমুক্তা য়েংজগে হায়ববু ... ।

মধু হৌগৎলগা ইমুঙদা চঙখি, মাগী লুখুমদা থারিবা উপু অদুগী সো হাংদোক্তুনা য়েংবদা নোংমৈ লৈরমদ্রে। (মধু অমসুং ইবেমহল শকফম কায়না য়েংনৈ।) মধু মপান্দা থোরক্লে মরু লুকথনা মাগী ফমফমদা চঙখিদুনা তুমিন্না ফমই, মরু লুকথনা য়াথল তৌই। পুলিস - সারগী নোংমৈ লৈরমদ্রব্রা ? মধু - লৈরমদ্রে। পুলিস-সারগী নোংমৈ অদুনা কাপ্লগী মরুনি, হন্দক খৌপুম তম্পাক্তা নিপা অমা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎলমই হায়বদুগী পোষ্ট মোর্টেম তৌবদা ফংবনি, মরু অসিসু য়েংবিয়ু মরু উৎলি। সিঃ আইঃ ডিঃ শিংনা য়াম্না কুপ্না থিজিল্লবা মতুংদা খঙনরকপনি। পুঃ আফিসারশিংনা শোইদ্রে হায়না লেপনরবদি চুমলগনি।

করম্বা মওংদা থোকখ্রিবা থৌদোক্লো ওম্থোক্লা ঙকপ্রে। পুঃ আফিসার অনি কিরুপ কিরুপ য়েংনরগা ফাইল পায়বা আফিসার অদুনা ফাইল অদু নিংথিনা ফাকতোকতুনা মধুগী মমাঙদা থমলগা - মসিদা ইরিবা নম্মুনা অসিদংদি অমুক্তং পাবিরগা সোই অমতং থোনবিরবদি ... । মধু - ফাইল অদু পারগা - অদুদি হৌজিকমক চৎসি হায়রিব্রা ? পুংঃ - নৎচদে নৎচদে সার ইরিবা নোমুনা অসিদদি উৎচনিংদুনা তৌজবনি। ঐখোয়সু য়াম্না নুংঙাইনদ্রবনি, মনুংদসু য়াম্না খন্নজরে। হোরেন লুক্কা হারগা আফিসতা লেংখৎলকপা ওইনা থনাদা অমুক্তং চা ফানবা ওইনা লেঙশিনবিরক্লবদি ... ।

মধু - এঃ লাক্তবা য়াব্রা, ঐ শোইদনা লাকচগে। পুঃ সার ঐখোয়গা পুলপ হেক থোকখিবদা অদু অদা পংঙাং হেক ঙাংনহৌগনি, মদু ঐখোয়না থোইন নুংঙাইজদে। সারনা চিংনবিরিবদুসু কোকননবা পিষ্টোল অদুসু আফিসতা উৎচরগে. ঐখোয়গী সিফাইশিংনা অশিবা নুপা অদুনা লৈরম্বা মফম অদুব্রাইদগী ফংই হায়দুন

পুরকই। নুমিৎ অদুগী ইনস্কারী চৎলুবা আফিসার অদুনা মাগী উপুদা শো লোন্দুনা থমখিবদগী ঐখোয়না পুজরকত্রে। অদুদি সার ঐখোয় খিৎতং হান্না য়ৌজরম্লগে হায়দুনা আফিসার অনিমক মাঙ্গোলদগী কুমথখ্রে, চপ মান্নবা সলাম তৌরম্লগা মায় ওন্দুনা থোকখ্রে। মধুবাবু ঙকলপ্লা লেপতুনা লৈহৌই।

——— (***) ———

# ওঝা গোপাল

ওঝা গোপাল চহি ৭০ গী মবক ৮০ তানখৎলরুবা অহলনি। মমাঙৗেদা হায়স্কুল অমগী হেড মাষ্টব ওইবমই, সবকাবগী থবক তৌবগী অককনবা মতম লোইবদুনা পেন্সিন চাববনি। মতু মচা কনাসু লৈত্রে, মাগী মবল মথুম পুম্নমক মানা পীনিংবা মীদা পীথোকপা হৌবক্লে। ইনাক খুনবা মবন লৈবদা মমিং চৎপা অহলনি। ওঝানা লৈবস্বা য়ুম ইস্কোল পুম্নমক লৈকাইদুদা লৈবা লাইববা বামোন মচা অমদা পীথোকখ্রে, লাইগী লাইশঙ মান্দোপনচিংবা নিংথিনা শাবিবমলগা মনিং থুংদবা অমদগী বৃন্দাবন্দা কুইনা লৈকবে। ওঝাগী শেল তোনখিবা ঠিকাদাব অমনা ওঝাগী অতোনবা পুম্নমক নিংথিনা হিসাপ তৌনবগা শিংদোকচবগে হায়দুনা চিঠি পীবকপদগী অহল অসি মণিপুবদা থোবকপনি।

ওঝানা মনিপুব য়ৌবকপদা ঠিকাদাব অদু নুংবা লম্বীদা থবক শুবা মী কযামকম পুশিন্দুনা চঙখি হাযবা তাবে। লম যেংবা ওইনা ঠিকাদাবসু উনকুগে খন্দুনা জীপ অমা বিজার্ব তৌদুনা নুংবা লম্বীদা চঙলকই। যৌপুম তম্পাক তাবে ঠিকাদাব অদুগী থবক শুবা মী কযামকম মফম অদুদা সবকাবগী য়ুম শাদুনা লৈবহ থেংনবে, ওঝাবু শক খঙবা যাওবমদুনা মফম অদুদা নিনি হুমনিদং পন্থবিখে ঠিকাদাবসু নুংবাদগী থোবক্লগনি হাযদুনা থবক শুবা মযাম অদুনা মখোয়না শাব লোইবক্লবা কার্টব মচা অমা ওঝাগী মতম খবা লৈনবা শেমজিনলে। ওঝাসু ল অদুবু নুংশিকবা অমা পোক্লে, মফম অদুদা মতম খবা লৈগে নিংদুনা লৈবে।

অযুক নুংথিলদা লম অদু যেংবা কোইচৎ চৎলি, নুমিদাংদা লাইবিক পাদু মতম লেল্লি। নোংমগী অহিংদা অহল অসি অঙনবগী মিকপ অমা নিংথিনা তুমলুব নোংযাই মতুং খবা ওইবপনা হৌগৎলকতুনা মাগী ফমুংদা ফমই। অহিংদা মঙখি মঙ অদুগী ফল অফবা ওইবিদ্রা ফত্তবা ওইবিদ্রা মওন মওন খনলি। অমুক তুমথ য়াববোই হাযবা খঙলদুনা অহল অসি মপান অমুক্তং থোকলুবে, থোঙ অদু পোবে

ারমদ্রে, ফমুংদা ফমলরে, মাগী লৈথদুনা থনম্বা লালটেন অদু ঙাল্লা লৈখৎলে, াানোক অদুসু নীংথিনা শেংদোকতুনা উপখৎলে। লুখুমদা থমলম্বা মহাভারত অদু াকতুনা পাবা হৌই।

কর্ণগী লাইপোক ওইরবা মপোক অমসুং পোকপদগী লোইনরক্লবা মালেমগী ়ুৎশু খুৎলাইনা চঙবা য়াররোইদবা হকচাংগী লৈতেং মথং মথং লৌথোকহনখিবা, গুরুগী শাপ ফংহনখিবা, মাবু পোকপী মমামক্না মচিন মনাওগী প্রেমগী ঈথৈ ীশিন্দুনা থম্মোইবু মপাঙ্গল শোন্থহনখিদুনা জগৎতা মাইথিফম লৈত্রবা কর্ণবু াার্জুনগী খুত্তা তুহনগদবগী হোৎনবা পুন্নমক নিংথিনা পারি। বীর কর্ণগী হৌরকপা ়ুন্সিদগী অরোইবা পুন্সি ফাওবা হনগৎ হন্দা য়েংদুনা বীর অসিগী মরাইবকপু ীংশিংলি। জগৎ অসিদা তাইবংনা লাম্বা ফংদবা লিলা খরা ঈশ্বরনা শান্নরিবদু ওঝানা লুকথনা খল্লি। ব্রাখল অসিদা লুপতুনা লৈরিঙৈদা মাগী পোরোন থাদবা ়থোঙ অদু গ্রোং হাংদোকতুনা শ্বোর চনীং-চমাং শম্নদনা নুপীমচা অমা চেনশিল্লকতুনা মমাঙদা চপ লেপলরে। ঙশাইমখৈ খল্লম্বা ব্রাখল পুন্নমক থাদোকতুনা মাগী মঙগী া অমুক নীংশিংলকই।

চহি কয়ামরুম কাইনখ্রবী মাগী অমতা ঙাইজরবী মচানুপী অদুনা অঙাওবীগী ফীজেৎ শেৎতুনা - পাবুং, নংনা ঐবু য়াম্না লূনা তৌরিঙৈগী শক্তু মানবরা য়েংউ হায়দুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা মচাগী মায়থোং অদু উৎলমই। মমানা হুন্দোক্লমবা চহি মতাং অদুমকনি, মথংদা অতোপ্পা ফীজেৎ অমা শেৎতুনা মাগা কায়নখিবগী লৈশাবী মপৃং ফাগৎলকপা শকফম অদু উৎলমই। থুনমক মমায় অদু হুৎ লৈদুনা অকিবগী মশক ওইরবা তুরেন অমদা চোংথখিগে তৌই, মানা তান্নদুনা ফাহৌই। মশা তাপ পায়দুনা ফারুবদগী মচানুপী অদুগা চপ মান্নবী তনৌ তনৌরবী শকফম অমখক চোংথোরকই। হান্নগী মচানুপী অদুনা মখোঙ শোকনা খুরুমলি, মমাঙদা লেপলিবা নুপীমচা অদুনা তথক তথকপা মিৎয়েং অমা য়েংলগা করিগুম্বা ব্রা খরা ঙাংলকপগুম তৌই। নুপীমচাদুগী ময়েক খঙদবা ব্রা অদু খুমনবা হোৎনবদা মিকপ থোক্লকপনি। মমঙদা উখিবা নুপীমচা অদুগা করিমতা খেন্নদবী নুপীমচা অমনা অকি অখংগী শকফমদা ফমাংদা চপ লেপলবসিদা মঙগী ব্রা নিংশিংলকলিবনি।

ঐরদি য়ুম পান্দবীনি

নুপীমচা অসিবু হেক উবদা মশা পুম্নমক তু চুংই, পুক্লিংদা থুক লাউবা নুংশিবা অমসু পোকই। অহল অসিনা ফুক হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোক্লিবা অদোমদা থোকখ্রগা মপান্দা কোইয়েং য়েংলুরে। থোঙ অদু চেংনা লোনশিল্লমলগা হান্নগী ফমফমদা ফমলরে। য়াম্না তপ্পা মাগী আনোক অদু লৌথোকই, পারস্বা লাইরিক অদুসু চেজেৎ অমনা খনলগা খুমজিনখ্রে। নুপীমচা, করি তৌরবগে ইপুদা শেংনা তমউ, মফম অসি য়ৌরক্লবদা নঙোন্দা কনানসু করিসু তৌবা ঙমলোই। নুপীমচা অদুনা মাগী অকিবা থক্কৎপা পুম্নমক ঙমলিবমখৈ ফাজিন্দুনা মাবু য়ুমদগী নমদুনা ফাবা, মথং মথং লাকতুনা থৌপুম তম্পাক য়ৌরকপা অমসুং মানা লৌশিং তৌদুনা মখোয় পুম্নমক হলহলখ্রগা মাবু মাঙনবা শীল্লিবা নুপা অদু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎপা অসিনচিংবা ৱারী পুম্নমক লিথোকলে।

ওঝা - ইশুসিদি অদুগী ওইরে, অদুক মরান লৈরবা মীদুবু হাৎতবা য়াব্রা, করিসু কিরুগনু, নংনা নুপীমচা ওইদুনা পংখন খনবনি। মতোমতগা নতোমতগা থোকনখিবা থবকপু কনানা খঙবা হৌনবগে, নখোয় অনিগী থৌদোক্তা ম্না অমা শিরে। হৌজিক খঙলিবা হায়ববু নংগা ঐগতা মঙাইরে। নঙনা হায়দোকপা অমা, ঐনা হায়দোকপা অমা, নত্তনদি কনানা খঙবা ঙমগদগে। থা অমা অনিদং নশক উহন্দ্রগা লোয়রে, ইশুসিদি তুমিন্না ঙাইহাকতং ফমলমউ, ইপু মপান থোকলুখিগে হায়রমলগা অহল অসি মপান থোকখি।

ওঝাগী পুক্লিংদা খল্লি - ফনা লুরবা থবক্লি, নোংঙানগদবসু ঙাইহাক্তা ঙাইরে। নোং হেক ঙানবগা অশিবা মশা অদু থেংনরক্লনি, মথং মথং নিন্নরক্লগনি। নুপীমচাসি থৈদোকহৌদবা য়াদ্রে খন্দুনা মানা ইম্ফালদগী পুরকপা জীপ অমসুং ড্রাইভর অদুগী মনাক্তা চৎখ্রে। ড্রাইভর অসি অহল অসিগা পুন্না লৈমিন্নদুনা চামিন-থকমিন্নবা অদু হৈনজদদুনা নহা মমান্নবা লৈবা মফমদা লৈখিবনি। ওঝানা ড্রাইভর অদু হৌদোকতুনা জীপ পুরক্লগা থুনমক নুপীমচা অদুবু গাড়ীদা হাপকৎতুনা নুংবা তমেংলোং লান্দুনা জীরি তান্না কনাসু খঙহন্দনা পুখ্রে। ময়েদা ওঝাগী মী য়াম্না লৈবা কছারদা চঙখ্রে। ওঝাবু য়াম্না কিনা, লুনা তৌবা ময়াং অমসুং মৈতৈ কয়ামরুম মফম অদুদা লৈ ওঝানা মশুনি হায়দুনা মাগী খঙনবা মৈতৈ ইমুঙ অমদা নুপীমচা অসিবু শিন্নদুনা থনমলগা থুনমক সিলচবদগী প্লেন্না ইম্ফালদা থুংলরে।

মশুনুপীনা তাকলকপা ব্রারীগী মতুংইন্না অহল অসিনা নুপীমচা অসিগী মমা অমসুং মবোকপু থিবা লাকলে। মমা মচানা লৈরম্বা লন্নাই লম অদু য়ৌরক্লে, খুল অদুগী মীওই খরনা অশিবা মী অমা যজ্ঞ তৌদুনা লৈরমই। শংস্কার তৌরিবা মফম অদুগী নোংপোক পাংবা মফম অমদা য়ুম অমা মৈনা চাকখিবগী মুশিন মুবা অচাকপা ব্রাগী য়ুম্বী খরা য়ুংদুনা লৈ, মখাদা ইকুম লাংগুম চাকখিবগী উৎ অমসুং মৈতান পৈদুনা লৈ। নুপীমচা অদুনা তাকলকপা লমদম অদু চপ চানা থোকই। অহল অসি মপুক্লিংদা নিংকোক নিংকোকপা অমা পোকলে। মশাদা হুমাং কাংই, মমিৎ অদু খজিক্তং লাওথোকই, খোংথাং খরা কন্না চঙশিনলকই। শংস্কার তৌরিবা মীশিং অদুদা শিরিবা মী অদু কনানো হংলি।

নুপা অমনা খুমই - ঐখোয়সু ঙরাং নোংঙানলকপদা লৈকাইগী নুপী অঙাং ময়াম ব্রা-ব্রা তৌনরকপদা করিনো করিনো য়েংনরুবনি, ঙরাংগী মথং নহান্দো ফংখিদ্রবা মী খরনা য়ু তপ তাবমখৈ থকচিল্লগা লুট তৌবিরে। মমা মচাদা লৈজবা য়ুমনি, মচানুপী অদুবু ফাদুনা পুবিখ্রে, মমা অদুবুনা থোঙ লোনশিনলগা মৈ থাদোকপিরে। নোংঙানলকপদদি লৈকাইগী মী পুম্নমক তানরে, পোৎ-চৈ লৌথোকপা য়াবা খরা লৌথোকলে মমৈদা অশিবা মশা অসি থেংনরে। অসুম্না ব্রা-ব্রা লাউনবিঙৈদা খুল অসিদা লৈবা ফংখিদ্রবা নুপা অমা খৌপুম তম্পাক্কী চীংগোল অমদা শিরমলে। মশাদা নোংমৈ মখুন অহুম লৈরমই, হায়রিবা নুপা অসি ইমুঙ অসিদা লুট চঙলম্বা ময়াম অদুগী মকোকনি, মাগা লোইনবা মী পুম্নমকসু লোয়না ফারে। খ্বাইদগী ঙকপদি মখোয়না পুখিবা নুপীমচাদু থিবা খঙদ্রে। পুলিস ময়াম অদুসু খুল অসিদা লাকলমলবনি অচাকপা য়ুম অসিসু উখ্রে, অশিবা মী অসিনা পোষ্ট মোর্টেমগী পুরুরে, অদুগী হোৎনরিঙৈদা ঙরাং শংস্কার তৌবা নংদদুনা হৌজিক তৌরিবসিনি।

অহল অসি লেপ্পা-লেপ্পা ব্রারী তারম্বদগী মমাবু থোঙ লোনশিনবিরগা মৈ থাদোকপি হায়বদু তাবদা মতোমতগী মখুৎ অনিমক মকোক্তা হাপকৎতুনা - কৃষ্ণ-কৃষ্ণ, শোন্দুনা ফমথখি ব্রারী পুম্নমক লোইনা তারবা মতুংদা মমিত্তগী মপি তৈথোকতুনা হায়রকই - ফরে থোকখিবা পুম্নমক থোকখ্রসনু, শিবিবা নুপী অসিগী মরী মতা কনা-কনা লৈরিবগে ? মাগীদমক কর্ম্মা তৌবিগদবা অমদি লেপ্পিগদবা মী লৈরিব্রা ?

করিগুম্বা লৈতবা থোক্লবদি মরায়বক থিবী নুপী অসিগী শরু মচেৎ অমতং পীবিয়ু বৃন্দাবন্দা চৎলগা মাগী কর্ম্মা তৌরুগে, লৈকায়গী অহল-লমন ময়াম খন্নবিয়ু হায়রে। মী পুম্নমক অহল অসিগী ব্রা তাবদা হরাওনরে। মরায়বক ফবী নুপীনিনা ঈশ্বরনা মখোং থোংনা লাকতুনা লৌবিররবনি অসুম্না হায়দুনা অহল অদুদা চিন্তামনি পীখ্রে। ওঝা গোপাল চিন্তামনি পুদুনা ইম্ফালদগী এবোপ্নেননা সিলচর য়ৌখ্রে, মশুনুপীগা উন্নররে।

অহল অসিনা খঙলক্লিবা পাউসি অশেংবা পাউমক্তি নত্রে - থোকখিবা থৌদোক অদু নিংথিনা খঙহৌবা মী অমতা উন্নরক্তবননি। পাউ তম্বা মীনা মপুক্লিংনা ওইরমগনি হায়না থাজবা য়াবা ব্রা খরসু শাজিন্দুনা তম্বদা য়েংপিনবা য়াওদ্দবনা অচুম্বা ওইনা লৌনখ্রবনি।

ধর্ম্মদা মায় ওনশিনলবা অহল ওইরবা ওঝা গোপাল মশুনুপীদা মীনম্বা পাউ তমগদৌরি। কবি করিগুম্বা মতমদা অচুম্বা ব্রা হাযবদগী ওইদবা ব্রা হায়বনা হেন্না ফৈ হায়বদু হন্দক থোক্লে। মশুনুপীদা পাউ তমলে - ইবেম্মা, ইপুনা পুম্নমক ফনবা শিনলমলগা লাকলবনি, উকিল খবসু উনবকই, মখোযগী ব্রা মতুং ইন্না নমা অমসুং নবোকপু মফম অমদা থনম্লে। মতম খবদি নমা নচা শুকউ উনবা য়াদ্রি কনাগুম্বনা খিত্তং চিংনখিবদা হেক মখঙবনি। নংসু মতাং অসিদা লাইরিক তমদুনা মহে মপুং ফানবা হোৎনহৌদবা য়াদে। নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা বৃন্দাবন্দা অমুক্তং চৎলুখিসি অদুদগী কলিকটা বিশ্ববিদ্যালয়দা লাইবিক তম্নবা তৌসি। ইশুসিদি মতম হায়বসি খঙহৌবা নত্তে, নমা নচা মতম খরদি উনখিনু। মবক অসিদা ইরাং য়েংলগা নমা অমসুং নবোক অনিমক নংগী ননাক্তা পুশিল্লক্কে। হৌজিক্তি নখুত্তা মী অমা শিরিবনিনা খবা চেকশিন্না লৈতবা য়াদ্রি।

পাঞ্জিনা লেপ্পা নুমিৎ অমদা ওঝানা মশুনুপীবু বৃন্দাবন্দা পুখ্রে। মানা পুরিবা চিন্তামনি অদুগী কর্ম্মা নুমিৎ পারগা শিখ্রিবা মী অদুগী তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা তৌবিবে। নুপীমচা অদুগী মপুক্লিং নুংঙাইখিরোই হায়দুনা অসুম্না হায়বে -ইবেম্মা শিবিবা মী অসি নংবু পোকপা য়াবা মীনি, লাই ওইখ্রবনিনা করিসু দোষ লৈত্রে, নংগী লাই গুকনি খন্দুনা কর্ম্মা অসিদা নপুক্লিং চঙনা ঈশ্বরদা ভক্তি কৎলু। বিলাসিনিনসু মপুক্লিংদা নুংশিবা অমা পোকতুনা মমিত্তা মপি তাখি,

াপুবোক্লা হায়বা মতুংইন্না কর্ম্মা অদুগী থৌবুসু মানা ওইবগুম্না থবক কযামকমসু ়তৌখি। অসুম্না মশু মপু চঙদুনা কনাসু লৈজদ্রবী হনুবী অদুগী মবাইবক ফবি মপোক ওইহনদুনা হিন্দুগী শেংলবা তীর্থ মফমদা মাগী অবোইবা কর্ম্মা তৌবিখি। অহল অসিনা মীনম্বা ব্রা খবা হায়দুনা মশুনুপীবু মতম শাংনগী অব্রাবা ব্রাখল ়পোকহনখিদ্রে। কলিকটা তান্না লাকতুনা বিশ্ববিদ্যালয়দা বিঃ এঃ পরিক্ষা থাহনগ্রে অমসুং মখা তমথনবগীদমক থৌবাং তৌবিখ্রে।

ওঝা গোপাল মপুক্লিংদা নুংঙাইবা অমা পোকই। কনাসু লৈজদ্রবী নুপীমচা অমা মানা কনবীদুনা মবাযবক শেম্বিবা ঙমলগনি খনবদা মাগী পোকচবগী মহৈ যানলে খল্লি। নুপীমচাসিসু শেম্বদা থোক্লোইদবা নুপীমচা নত্তে, মহাক্লা তমগে হায়বমখৈসু তমসনু তৌগে হায়বমখৈসু তৌসনু। মাগী মবল মথুম পুম্নমক নুপীমচা অসিগী মহৈ তম্বদা চঙখিসনু মদুদদা মাগী ঈশ্বরদা তৌবা দান হাযবদু ওইবগনি। অসুক কুইবসি লাইদা কযা কৎলি, লৈত-লাইবদা মতেং কযা পাঙই মপুক্লিংদদি পূন্যগী থবক তৌবে হাযবসি ইযা যাদ্রি। হন্দক্তা শিবমদাই ওইবদুনা ঈশ্বরনা চানবিবমাল্লে কনাসু লৈতবী মমা মচা অনিগী মফমদা অশিবা মমাগীদমক কর্ম্মা তৌবিবে, মসিনা অশিবগী মফমদা তৌবা হৌনবা দান্নি। অহীংবা নুপীমচা অমগী মফমদনা মাবু মতিক চাবী নুপী ওইনবা হোৎনবসিনি। মীওইবা সমাজদা লৈবগী মীবু মতেং পাংবা হাযবদু হন্দক্তা ঈশ্বরনা মঙোন্দা পীবিবে। নুপীমচাসি মহৈ মপুং ফানা তমহল্লগা ইম্ফালদা পুথোকতুনা মযুম ইখোল অমতং নিংথিনা লিংবিবা অমসুং মতিক চাবা নুপা অমদা থাজবম্বা ঙম্বা ফাওবদদি কৃপা তৌবিযু হায়না মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু খুকমজে। মাগী হন্দক মপোক্কী তম্বিবম্বা অফবা নুংঙাইবা পুম্নমকসু নুপীমচাসিগী মবাইবক্তা তম্বিবা ওইবসনু।

অহল অসিনা মশুনা কলেজ কাখিবা অদু হল্লকপদা খবা থেংলগা মশানা কলেজ তান্না চৎলি, মশুবু ওকলুই। কবি কবিগুম্বদা মশুগী ক্লাস লোইবমদ্রগনা কলেজ অদুগী ওঝাশিং খবগা মশুনুপীগী ব্রাবী শাদুনা মতম ঙাই। ওঝাশিংনসু অহল অদুবু য়াম্না লুনা তৌই, অসুম্না মশুনুপীবু ঙাক শেন্দুনা লৈখ্রে।

ওজা গোপাল মশুগী মপুক্লিং নুংঙাইখিবোই হায়দুনা ব্রাবী কয়া কযা শাদুনা থেমজিল্লি - "ইশুসিদি নংগী কবিসু ব্রাত্তে, লাইবিক অসিদা তমথোকখো নংনা নঙোন্দা লৈবা কেশ অদুগীদমক লোসু তমনিংই হায়বদু তমউ, অদুগা নংনসু খঙলক্কনি,

ইপুনসু উকিল কয়ামরুমগা ব্রারী শানরে, মখোয়না হায়, "মতম খরা মম্মা মচা ফাওবা চিঠি পিনহনগনু", চুপ লুপতুনা লৈথোকপনা মফরে। নংনা খোইরাংলিবা নমাগা নবোক্কদু - ঐনা হন্দক মনিপুর থোকপদা শোইদনা উনরক্কনি। ইরাং মেংলগা পুশিল্লকপা য়ারবদি পুশিনলক্কে খনলিবনি, মীশি পাক শিবা য়াদবনিদা। মী অমনা মাইকৈ শুনা খনবা ঙমবা হৌনদে, ইশুসিদি ঈশ্বর লৈরি, ঈশ্বরনা শীনবা লিলা লৈরমখিনি, মীওইবনা তৌগদবদি মথৌ নিংথিনা পাংথোকপা হায়বসিদনি। নংগী নথৌ হায়ববু নংনা তমগে নিংলিবা অদু ফাওবদি অতে অমা খন্দনা হোৎনগদবনি। মতম হায়বসি খঙহৌদবনি, চহি খরগী মতুংদা নংনা মতিক চাবী নুপী অমা ওইনা থোকখিবদা মী পুম্নমকসি নংগী ঙাক্তা ওইগনি।

মী পুম্নমক্কা ব্যবহার তৌবা মী অমা হায়বদু হেক ওইবদা সংসার অসি নংগী ওইরে খনবদা দোষ লৈত্রে। করিসু লৈত্রবা অব্রাৎপা অমা নিংশিংদুনা নংগুম্বী অমনা চিন্তা তৌগদবা নত্তে। মী পুম্নমক মানা মানা নিংবা থুংনবা হোৎনরিবসি অতে করিগীসু নত্তে, সংসার অসিদা মঙ্গল ওইবা মায়থোং অদু অমুক্তং উৎনিংদুনা তৌনরিবনি। অদুগুম্বা মঙ্গল ওইবগী মঙাল অদু হেক উবদা অব্রা অনা পুম্নমক মুৎনরিবনি । ইবেম্মা নংগী অব্রাৎপা পুম্নমক ইপু লৈরি, ঐগীদি জগৎ অসিদা ইতোমতনি, ইবল ইথুম পুম্নমক নংগীদমক কাইথোকত্ররবনি, নংগী লাইরিক তম্বা অসি লোইরকপগা তান চান্নবা ইপুনা ইঙ্খোল লৈদুনা য়ুম ফজবা অমা শাগেসু খনলিবনি।"

বিলাসিনি - "ইপুবোক ! ঐদি ইপুবোকপু মীনি হায়না খনবা ঙমদ্রে, ঐগী ইফমদদি থাঙ্গৈশেংবা ঈশ্বরনি, ঐগী ওইরিবা ফিবমসিদবু ইপুবোক্কা থেংনরমদ্রবদি ঐনা ওইগদবা ফিবম ফনা ঙক্লা থোকই। মতাং অসিদা ঈশ্বর লৈ, ঈশ্বরনা শীনবনি হায়বদু য়ানিংই। "ঈশ্বর" হায়বা তাইবং মীনা উবা ঙমদবা অমা লৈ, মীওইববু অব্রা অনাদগী কনবিবা, মসিনা ব্রাখলগী লম্বীদা নৎত্রগা ধর্ম্মগী লম্বীদা থেংনবা ব্রা ওইনা তৌই। হৌজিক হৌজিক্কী থোকলিবা অব্রাবদগী কনবিবা, তুংগী লম্বীদা লমজীংবিগদবদি ইপুবোক্কি। ঐগীদি ইপুবোকপু ঈশ্বরনি হায়না অদুমক নিংজরবসু হেন্দোক্লা মতিক চাবে। ঐনসু ঈশ্বদা খুকমজবা অমদি লৈ - "ঐবু শেম্বিরকপা ইপুবোকপু কাউথোক্তুনা অতোপ্পা ঈশ্বর অমবু খুরুমহনবিগনু।" শেল থুম অদুক য়াম্না খরচ তৌদুনা ইপুবোক্লা ঐগীদমক হোৎনবিরুরগা ঐনা মতিক চাবী তৌবিমল খঙবী নগু অমা ওইদ্রবদি ঐগী হন্দক্কী মপোক অসিমদি পাপ লংশিনবা মপোক তাগনি, মসিদনি ঐনা কিজবা।"

অসুম্না মশু মপু অনিমক ব্রারী শাদুনা মপুক্লিংগী ব্রা পুম্নমক পুথোকনৈ। ।লাসিনিনা অহল অদুগী হৌরকফম অমদি হৌজিক্কী ওইরিবা ফিবম হায়বদি - ।গীনি হায়বা কনাসু লৈতে হায়বগুম তৌবা মসিগী মরীদা হংনিংবা অমদি পোক্লবনি ।দুবু অহল অসিনা মাগী ব্রারীদি শমজিন্দুনা লিবা মতৌ উবদা হংবা ওমজদে। ।লাসিনিসি মথৌনা মরিংজেল লৈবী নুপীমচা ওইরবসু মথক থোংবা অহল-লমনগী ফমদদি মীওম্বী নুপীমচা হায়বদু ওইদে। অহল অদুগী পরিচয় নিংথিনা খঙদে হায়দুনা ।পুক্লিংদা চিংনবা অমসুং পেন্দবা পোকপদি নত্তবনা মশু মপু অনিগী লৈনবা হৌনবা প্রম অদুদি লৈনখি । মপুনশু মশুগী পরিচয় হংলকপদা মপা লৈ লৈতে নিংথিনা ।মখিদবা, মমাগী হৌরকফম হংবদসু চন্নেনা খুমখিবদুদা মখা তানা অমুক হংবিখিদে, ।থাইনদুম মরায়বক থিরবী নুপীমচানি খন্দুনা নুংশিবিখি। মশু-মপু অনিগী সংসাব ওইখ্রে।

বিলাসিনি বেঙ্গলগী অচৌ অচৌবা ভদ্রলোক অমসুং আফিসাবশিংগী মচা-মশুগদা শঙ্গ তৌদুনা লম অদুগী চৎনবী শাজৎ - ইবাং মশাদা চুখ্রে। মাগা লাইরিক তম্মিন্নবী মমান্নবিশিংগা নোংমা ফাদোক লোইনরকপদা বিলাসিনিনা ফীজেৎ-লৈত্তেংদা থবা হন্থবা উরবদি ওঝানা মশুবু কলিকটাগী ঘড়ী য়োনবা দুকান, ফীবোন অমসুং অকে-অমৌগী পোৎচৈ য়োনবা দুকান পুম্নমক্তা পুদুনা মশুগী অব্রাৎপা পুম্নমক মরোন নাইনা লৈবি। মাগা লোইনবী মমান্নবিশিংনা ইনশিন্দুনা বিলাসিনি করি করিগুম্বাদা ছাডী শেৎলি। মশক মতৌ ফজবী নুপী ওইবনা শেত্তোক চাথোরকপা মখৈসু ইফদা ফজৈ, ইপক্ত পকচৈ। ক্লাসতসু মখোয় অমত্তনা বিলাসিনিদগী হেন্দে। কনাগুম্বী খরা ব্রানা নঙনা লৈজবী মমান্নবিনদি মাবু তিন্নবা ইকাযরে।

বিলাসিনিগী মায়থোংসে লাইরবী য়ুম্বানগী মমি তাখিদ্রে, ইনাক কৈরাক খুনবা অচৌবা মপা মপুগী মঙান অম্না মায়থোংদা উরে। লাইরবী মমানা চরাংলক্তা লৈকা সুদনা শাৎলগদ্রা হায়না ব্রাজখিবদু নত্রে। সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম, মহৈ মশিংনগা মপুং ফাগৎলকপনে, চহি মতাংনগা মপুং ফাগৎলকপনে মশাদা লৈজবা রাশি গুণ পুম্নমক ময়েক লানা উরে। য়েংবদা মিৎ থল্লে, বিলাসিনি অনৌবা মপোক অমদা পোক্লরে। হান্নগী লব্রাই লমগী পুঙ্গি অদুনা মশাদা ইপক পকচদনা মতমগী নুংশিংনা পুদুনা ঙাইহাক তাউরুবা হায়বদুনি। "ইকং থাদা লৈবায় মখাদা ঈশিং খজিক্তং লৈবা পুখ্রিদা অনৌবা নোংনা লৈরায পারবদা পুখ্রিগী মগুণ হেনবগুম বিলাসিনিগী অনৌবা শকফম য়েংবদা নুংঙাইরে, শক্কা চানবা হায়বদু থোকলে,

অচৌবা ঈপাক ঈয়াইদা স্নাগী থম্বাল শাংলবে।"

ওঝা গোপাল কবি কবিগুরুদা মশুনুপীগা তিন্নবা নুপীমচাশিংগী ময়ুমদা কোইথোকলুই, নুপীমচাশিং অদুনসু য়ামনা হৱাউনা তবাম তবাম্না ওঝাবু ওকই। মখোয়গী ইমুংগী মমা-মপা, মচিন-মৌপা পুম্নমক কৌথোকতুনা ওঝাগা উনহল্লি। বিলাসিনিগী মপুবোক্লি, চহি অশুক যাম্নবসি মশা কবিসু তৌদ্রি, বিলাসিনি এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ তম্বা লোইদ্রিবা ফাওবা লৈগদৌবিবনি।

য়ুম অদুদা লৈবম্বা অহল-লমন, নুপী অঙাং পুম্নমক্না অহল অসিগী ধর্ম্ম চেনবা মাইথোং অদু হেক উবদা মখুৎ লোনদুনা "বাবা" হায়না ভক্তি তৌদবা ঙমদে মখোয়গী মবোন্দা ৱাবী শানৈ। ওঝা গোপাল বেঙ্গোলি নিংথিনা হৈ, ইমুং অদুদা লৈবা নুপী অঙাং পুম্নমক্না ওঝাগা ৱাবী শাবসি যাম্না নুংঙাইজৈ। ওঝানা অসুম্না হায় - নুপীমচা অসি ঐগী ইশুনুপীগা য়াম্না চান্নে, হন্দক্তি উনদবা কুইবে হাযদুনা লাকপনি। মখোযশিং অসিনা খবা-খবা লাকতুনা লাংলবগা ঐগী নুংঙাইজবনি, ঐগীসু মকপ হাযবদু মখোযশিং অসিনা ওইবি। চহিগী মতুং ইন্না অমসুং লমচৎকী মতুং ইন্না ওঝাবু খঙবা ভদ্রলোক পুম্নমক্না যাম্না ব্যবহাব তৌনা অমসুং কিনা লোইনৈ। মখোয মখোযগী মচানুপী লৈশাবীশিংনা ওঝাগী যুমদা চৎখিদুনা নোংমা ফাদোক অহিং লেকখিবা থোক্লবসু কবিসু চিংনদে। ছুটি নুমিৎ নত্রগা হৱাও কুম্মৈ থোকপা নুমিত্তা বিলাসিনিগী যুমদা মমান্নবী ছাত্রীশিংগা চাকচা-হৈজানদুনা মতম লের্নলি। মবক মৱক্তা বিলাসিনি লৱাই লমগী মকুপ সখিতোম্বীবু নিংশিংলকই, অদুবু চিঠি অমা ফাওবা থানবগী শক্তি লৈখিদে মবমদি মাদি লোৎতুনা লৈবিবীনি। লোৎপা লোত্তবগী ৱাসু অবাযবনি, মপুবোকনা যাদবা থবক তৌবা ঙমদে।

ইবোচাউবা অমসুং স্নাজাউবগী ৱা কবমনা কাউগনি। কাউবা ঙমদে হাযদুনা নিংশিংলুবগা হেন্না ৱাবা ৱাফমনি, অৱাবদা নত্তনা অকাযবসু মথং-মথং থোবকপা য়াবির্বনি। মতম খবা কাযহৌবকখিনু হাযদুনা মপুক্লিংদা মতোমতনা ৱানোমজদুনা পুম্নমক অসি ৱাখল চবুক অমদা পুশিনখ্রে অমসুং পুক্লিংগী অবোনবা কা অমদ চেৎনা থমজিনখ্রে। অপাম নুংশিগী থম্মোইবু যাতাহনখ্রগা, মাগী পুক্সিগী তানশিনজগদবা মহৈ-মশিংগী মাইকৈদা মপুক্লিং লুপখ্রে।

——— (***) ———

# জেলদা মধুবাবু

মধুবাবু জেলদা লৈবকপা চহি অনি হেনজিনলক্লে, মাগী নুপী ইবেমহল নাবে, ব্রাখলগী লাইনানি। নুপী অমনা অব্রাবা খাংবা ঙম্বসি মপুবোইবগী মকমদা থুপচবা ফংবা অমা, মচাগী মঙ্গোল ওইবা উবগা অমা, ব্রাফম অনিমক অসি ইবেমহলদদি অমতা থোকত্রে। মপুবোইবগী অব্রাবা ব্রাখল মচাগী মতৌ যেংদুনা পোথাগনি হাযবসু নৎতে, মচা উদবগী অব্রাবা মপুবোইবগী মকমদা খাংজগনি হাযবসু নৎতে। মহৌশানগা অব্রা-অনা খাংবা হৈনজবকতবি ইবেমহলনি। পাক্লবা সংসাব অসিদা মচা অমসুং মপুবোইবনা মনাক্তা লৈত্রবদা পুমহাং হাংলবা লমহাংগুমলে, মাইকৈ খুদিংমক্তা অকিবগী শকফম ঙাক্তা উবগুম ইবেমহলগী শকফম অসি অকিবা তুজুংবগী মমি তাবে। মশাগী ব্রাখলদগী অনাবা ওইদুনা ইবেমহল ফমুংদা হিপব্রে।

কপ লাউদুনা অনাবা খাংবা হৈবি নুপীসু নৎতে, মাগী ব্রাখল লম্বীদা অবাবগী অমমবা শকফম নৎতনা নুংঙাইবগী মঙাল অমতা ফংখিদ্রে। সংসাব অসি তাইবং মীগী লৈফম নৎতবগুম তৌবে, নুমিৎ থা থোকখিদ্রে, হৈনম লৈনম ফংখিদ্রে, অগৎকী মহাও পুম্নমক অমতা ফংখিদ্রবদা মমিং নাইবা অনাবা অমা নৎত্রবসু ইবেমহল অনাবগী ফমুংদা হিপখিবদা কনানা নাদে হাযগনি। মাইবা ডাক্তবনা কুপনা লাযেংবা হৌবে মমৈদা বাখলগী লাইনানি ফনা লুনা থোক্কনি, মতম লৈবিঙৈদা অচৌবা লাযেংশঙ অমদা চৎতুনা লাযেংহৌবা ফৈ হাযনা মাইবা ডাক্তবগী মোৎ পীনবে।

পাউ অসি মধুবাবু যৌবে। কবি উপায লৈবি, থা থাগী তলব লাক্লম্বসু ককখ্রে। মচানুপাগীদমক সবকাবনা শেল খবা পাংবিবম্বসু মাবু কল্লকপা মীওই কযামকম্লা অদু অদা পংহায হাযজিন্দুনা মাগী মবমগা মবী লৈনহন্দুনা সবকাবদগী ফংলম্বা শেল পুম্নমক থিংখ্রে। চহি অমগী মনুংদা মাগী লৈজবা শেল পুম্নমক বেঙ্কতগী

লৌথোকতুনা থাখিবনা কবিসু লৈত্রে। যুম ইখোল যোনবা নত্তনা কবি উপায় লৈবি, মচাগী শেলগী খবচতি অবেপ্পা লৈতে, মপা লৈহৌবি খন্দুনা তৌনিংবা খবচ তৌদুনা মহৈ তমজখিবা মচানি।

মাগী কেশকি মবীদা চঙখিবা শেলসু মশিং খঙখিদ্রে। খবচ পুবা ঙমদ্রে হায়দুনা অব্রাবা পাউ অসি মচাদা হেক খঙহনখিবদা মীবৈবাকতুদা লৈফম খঙলবোই, মহাক্কী পুন্সিগী তানশিঞ্জগদবা মহৈ অদু মতোন লোমদনা নীংবা কাযদুনা থোবক্লগনি। ব্রাফম অসি ওইবা তাববদি মাগী মচাদগী নীংবা কাযবা ওইগদ্রা, মপা মমা ওইবশিংগীদি নীংবা কাযবা নত্রা? মণিপুবগী ওইনা মশিং থাদুনা লৈবিবা অমসুং লৈবাক্কী মবাযবক পুদুনা লৈবিবা মচাবু মপা ওইবিবা মানা অব্রাবা খুদোংথীবা খবা অসি ঙাকপা ঙমদবদগী মচাগী মহৈ তম্বগী লম্বী ককথৎলম্বা থোক্লবদি মানা হিংদুনা লৈবগী কবি কান্নবি।

মমা অসিনা নাবিবসিসু নোংমা-নোংমগী হেনজিনলক্লি। মচাগী মহৈ তম্বসু কায়বা যাদে, মমাগী অনাবসু যেংদবা যাদে, মশাগী কেশকী ব্রানা মচানা থোবকত্রিবা ফাওবা অব্রাফমদা লৈববসু লৈবগে, যাবিমখৈ যৈথোকতনা খাংলগে। মমা অমসুং মচানুপাগী খবচকিদমক মাগী অচৌবা ইখোল অদু তঙ্খাই অমদি যোনবা তাবি। মদুদসু কোন্নদবা থোক্লবদি অতোপ্পা উপায অমুক লৈতবনা মাগী যুমগা ইখোলগা পুন্না যোনবা তাই। মচাগী মহৈ মপুং ফাহৌবনা মান-চাং মপুং ফানা থনম্বদগী হেন্না ফগনি। মান চাং পুন্নমক্কী মমল মচাগী মশাদা মহৈ ওইনা লেপশিনলম্বসু কবিসু কাযদে। মসিদগীসু হেন্না খুদোং চাদবা তাববদি মানা মচাদা চিঠি ইখিবা যাবনি। মতম অদুদদি ইবোচাউবগী মহৈ তম্বা অমসুং লৌশিং তানশিনবা পুন্নমকসু মপুং মফাবগনি। মধুগী চহি ৬০ তানখৎলক্লবা পুন্সিদা নোংমতসু মী অমগী মফমদা হাযজবকত্রি। মানা মাগী অবাবা লাইবক থিবগী ব্রাবী তৌদুনা কনাগী মতেং লৌকনি। মপা মপু হাক্তকতগী ঙাকলক্লবা ইজৎপু মহাকথক্তা মাঙহনবদি পামদমানে, মানা হেক ঙম্বমখৈ মশাগী ইজৎ ঙাকতুনা মমা-মচাগী মঙ্গোল ওইনবা তোৎনবগে লেপখ্রে।

ইবেমহলগী অনাবা নোংমা নোংমগী হেনজিনলকলি। মপামগী মী কযামকম লাকতুনা মাগী ফমাংদা ফম্বা য়াও লেপ্পা যাও ইকোই কোইববে। তোম্বনা মযাম অদুগী সেবা তৌবি। মমাগী মতৌ মনা মনা যেংলগা মমিত্তগী ঈবা তৈথোকই।

মপামগী মী কযামকম্না ইবেমহলবু মপামদা চৎসি হাযদুনা তকনবি, ইবেমহলনা কয়া যানিংদে। যান্না তোইনা তকশিনলক্লবদা ইবেমহলনা খুমই - "অসুক কুইনা য়ুম অসিদা লৈবকপসি অব্রা-অনা অমতা নংলকতে, হুন্দক থোক্লিবা অব্রাবা খবসি খাঙবা ঙমদদুনা অসুক্কী মতিক নুংশিববা য়ুম অসি থাদোকপা তাবব্রা ? মপাবুংসু লৈতে, ইবুঙোসু লৈতে কনানা য়ুম অসি শংহৌগনি। তোম্বা অসিনদি অসুক চাউবা য়ুম অসিদা মতোমতা কবম লৈহৌগনি। ঐ শিববসু য়ুম অসিদা শিনিংই, অদুবু অহল লমন্না ফনবা হাযবিবনিনা চৎতবসু যাদে, ব্রা অমতংদি মযান্না যাবিয়ু।"

ঐনা কবিগুম্বা ইপামদা শিখিবা থোক্লবদি ইপুবোইবা উনবা ফংদনা শিখিবা হাযবদু থোক্কদৌবি, মসিগীসু মথক্তা মপাবুংগী ব্রা অমতা য়াওদনা য়ুম থাদোকপসিসু ইপুবোইবগী মফমদা ব্যবহাব কাযবনি। ঐবু জেলদা পুবিয়ু, মপাবুংদগী য়ুম থাদোক্লবা যাথং অমতং লৌজগে জেলগী আফিসাব পুম্নমক্না মধুবাবুদা ঙাইহাক্কীদমক মাগী কাদা ইবেমহলবু কৌশিন্দুনা উনবা যাগনি হাযবিবে। ইবেমহল মী ২/৩ না শমদুনা কা মনুংদা চঙলকই। মধুবাবু হৌগৎতুনা মাগী নুপীবু মখুৎ পায়দুনা ফমফম অমদা নীংথিনা ফমহনলি, মী ২/৩ না ঙাক শেনলি। ইবেমহল কা অদু কোয়না যেংই, মমৈথংদা মপুবোইবগী মকোই মবাং কোকত্রবা চাইকং চপলপ তৌবা মাযথোং অদু উবদা মমিত্তা ঈবা চেললি। মঙক অদু লৈথদুনা মপুবোইবগী মখোঙদা যেংই, হীক-হীক কপই ... ।

"ঐবু কবি ইবান লৈদুনা ইপুবোইবা অমসুং ইচা কাযনবগী অব্রাবসি ফংলিবনো, নুপী অমগী পুন্সিদা অসুক ব্রাবা থৌদোক অসিবু কবম্না পুবা ঙম্বা হৌনবগে; অসিগুম্বা অব্রাবসি থোবকপা যাই হাযবা মপাবুংদি নুপানিনা খঙলমগনি, ঐবুদি অব্রাবসি তাবগা খাংবা ঙমনবা হান্নদগী অব্রাবা শকক খবা পুহনবীখিদবা কবিগীনো ? মতম খুদিংমক্তা ঐবু নুংঙাইনা থম্বিখি, ফজ-ফজবা পাউতাক্না থনলবা ব্রাবী ঙাক্তা লিদুনা থম্মোয় অসি পেৎখ্রে। হৌজিক্তি অব্রাবা খাংবা হৈজদবী ননাইদি ইচাগী মশক উদনা শিবা তাবে। ঐনা ইপুবোইবগী মফমদা ধর্ম্ম কাযবক্তবী অমসুং ইচাবু নোংমতসু মীবায়না খনখিদবী নুপী ওইববদি ইচা অমসুং ইপুবোইবগী মাঙ থানা ইপুবোইবগী য়ুমদা হলকতুনা শিজবগে। হৌজিক্তি নোংমা নোংমগী ঐগী হকচাং অসি শোনজিনলকপনা ইপামদা মতম খবা লাযেংজকখিগে। য়ুম থাদোকপগী যাথং অমতংদি পীনবিয়ু।"

মধুবাবু মমিৎ অনিমক ঈবানা চোৎলি। মখুৎনা ইবেমহলগী মকোক্তা নান্দুনা - য়েংলুখো, নচাসু পংকুই কুইববোয়; নচানা থোবকত্রিবা ফাওবদি নংগা ঐগসু তোঙান-তোঙান লৈনৌ তমথ্রবননি, তোম্বদুসু নংগী ননাক্তা পুবীখো।

পুঃ আফিসাব অমা চঙলকই, মধুবাবুদা সলাম তৌই - সাব ঙাংনবিগদবা ব্রা লোইবিববদি .. হায়বগা খুদাং ঘড়ী যেংই। মধু - ও, ফবে অদুদি মতম খবা লৈকখো, মাগী নুপীবু য়াথং পীবে।

ইবেমহল মীনা শমদুনা মপান থোকখ্রে। মধু মাগী নুপীনা চৎখিবা য়েংলগা মমিত্তা মপি তাই, ওষ্থোক্লা মথব্রায় শোকপা নুমিৎ হায়বদু ওইখ্রমাললে। পুঃ আফিসাব-সাব, ইতৈমা ইবেম্মবু য়ুমলোমদা লাযেংনবা তাকপিখিব্রা ?

মধু-মানি। মনুংগী অচুম্বা ব্রাবীমক্তি মমাগী লাযেংনবা শেল ব্রাৎলকপা, অমবোমদা মচাগী শেলসু ব্রাৎলকপা অসিদা তৌফম খণ্ডদ্রদুনা য়ুমগা ইখ্লোলগা পুন্না যোনখ্রে। মীঙোন্দা যোনখ্রগা নুপী নাবী হায়দুনা লৈগদবদু ইয়াম্বনা ইকাযজদুনা মাবু মপামদা লৈকনবা থাখিবনি। মী অদুনদি হৌজিকমক হোংজিনলগে চৎথোক্লো হায়বদি নত্তে। য়ুম যোনখিবগী ব্রাদি কনাদসু হায়দোক্তে, মমানসু খণ্ডদদুনা য়ুম থাদোকপা তাবে হায়দুনা তাকলবিবনি।

——— (***) ———

# স্নাজাউবগী মপাবুং

স্নাখ্বাসি অচৌবা মী ওইবগী মগুণ চেনবা মীনি। সবকাবগী থবক তৌদে। মবন্নাই শেল য়াম্না পুথোকতুনা অচৌ-অচৌবা লমগী মহাজোনশিংগা তিন্নদুনা হৱাগাডী অমসুং অতোপ-অতোপ্পা ইঞ্জিন কযামকম মপান্দগী লৌথোক-লৌশিন তৌই। অচৌবা এজেন্ট অমা ওইবিবনি। হন্দক মবক যুম থাদোকতুনা মতম খবা মপান্দা কোইচৎ চৎলুবে। অচৌবা কোম্পনি কয়ামকমগা মবী থমনবা হোৎনকৱনি। হনজিনলকপদদি মধুবাবুগী ইমুঙদা তাবমলিবা দষা মযাম অসি থেংনবে। স্নাখ্বাসি খনলুবদা ওন্থোক্লা ইকাযবে। হয়েং মচা ইবোচাউবদুনা - পাবুং, ঐ লাকচবে হায়দুনা মহৌশা-মহৌশা ওইনা মযা লংত্রিক লংনা মমাঙদা লেপলববদা কবম্না খুমগনি। স্নাজাউবদুনসু - পাবুংদি কবিমতা খঙবিহৌদ্রব্রা হাযববদা খুমগদবসি কবিনো। মধুবাবু অমসুং মচল ইবেমহল অদুনা কবি খল্লমগবা মচাগা-মচাগা তিন্নখিবদগী মধুগা স্নাখ্বা অসিগসু প্রান ওইনখ্রবনি, লম অমমমগী মী ওইববসু যুমলোন্নবগুম নক্লববা ইমুঙ অনিনি। ঙসি ঙবাংতগী তিন্নবকপসু নত্তে, মপা হাক্তক মপু হাক্তকতগী তিন্নবক্লবা ইমুঙ অনিনি।

ইবোচাউবনা অহিং হনজিনলকত্রে হাযদুনা মপাবুং মধুবাবুসিনা স্নাখ্বাগী থোঙগাল ফাওবা গাডী থৌবক্লগা - স্নাখ্বা, নচা অনিদুবু লৈব্রা, ঐখোযবোমদদি হনজিনলকতে হাযবদা স্নাখ্বানা অমুক - লৈ লৈ, মখোয় অনিমক ঙবাংদগী লৈ। যুমদা মমাদু নুংশা থিবমগনি হাযদুনা অঙাং অমসু থাপ্লবনি। মধুনা নোকতুনা ঐদি আফিস কাজবকপনি চঙজববোই যৌজপ্লগে হাযদুনা গাড়ী থৌখিবা অমসুং স্নাখ্বাগী ইমুঙগী মীশিংনা স্নাজাউবগী কাদা স্নাজাউববু হৌদোকলুবদা ইবোচাউবা ওইনা হৌগৎলকই হাযদুনা মখোয় অনি চান্নবগী ৱাবী হৌজিক ফাওবা লীনবি, অসিনচিংবা ইমুঙ অনিসিগী অমতা ওইবকপা চান্নবকপগী খুদম কযামকম মথং-মথং নীংশিংলকই।

**ঐদি য়ুম পান্দবীনি**

স্নাখ্বাসি খনলু খনলুবগা ইকাযবা অসুম হেনজিনলক্লি, অসিগুম্বা মকপ মপাংগী মফমদা ইকায়বা নংবসি মাগী পুন্সিদা হেক-হেক থোকই। ইমুঙ অনি অসিগী কবিগুম্ব অমা হেক থোকপদা স্নাখ্বানা অহলনি হায়দুনা মাগী ব্রা য়াওদনা থবক তৌদ্রিবনি। লাইবিক হৈবদা, শিংবদা মধুবাবু হায়না লৈবাক্লা খঙনবিবনি। মপুক্লিংদা কবি খর্নলিগবা, মপ্যানথোংগী শকফমদদি কবিসু নুংঙাইতবা উৎলকলোয। মওন-মওন খনলুবগা মপুক্লিংদা অসুম্না লেপলে - হৌজিক-হৌজিক লৈনবিবা য়ুম অদুদদি শেল কয়াদা যোনখিবনো হংনবগা হন্দোক্তবা য়াদে, ইবোচাউবদুনা থোবক্লগা য়াম্না নুংঙাইথ্রবোয়। মাগী মহৈ তম্বা অমসুং মখা তানা নৈননিংবা পুম্নমকতুসু লোইবে ইকুই কুইদনা থোবক্লনি হাযদুনা পীবকপা চিঠিসু ফংলে; মপাবুংদসু পীবমগনি।

ও ... য়ুম হন্দোকপগী ব্রাসিনা খবা কোনবা য়াবি, অহানবদা তৌগদবদি ইবেমহল অদুনা নোংম-নোংমগী অনাবা হেনজিনলক্লিবদু মফম কদায়দা পুবগা নত্রগা কবম্বা লৈবাক্কী ডাক্তব কৌবগা যেংহনসিগে। নাবিবা অসি ফহনহৌদ্রবদি খবা-খবা হেনজিনখিবনা অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা তাবক্কদৌবি। কেশকি ব্রাফম অদুনা উকিলশিংনা অকবা কেশ নত্তে মতম খবা জেলদা লৈববসু জামিন্দা থোবকপা যাগদবনি, মধুবাবুনা বা অমা অনিদং থৈদোকতুনা খুম্বিযু য়াদবদগী তৌবিবনি হাযবি। ওস্তোকপনি ওইদবা ঙাংদুনা ওইজবা তানবা হাযবসিদি মপা হাক্তক মপু হাক্তকতগী তৌবকত্রবনিনা কদাযদগী যাগনি। কনাগুম্বা মীদা ওইববদি শেল খবা তিংথোক্লগা ওইববসু নত্রগা ওস্তোক ওনশীন তৌবা পাওখুম খুমজিনববু ওইববসু মশাগী থবক শোইদনবা হোৎনদুনা হান্নগুম নুংঙাইনা লৈগদবনি। হৌজিক্কী যুগ অসিদদি অচুম্বগী মঙালদি তাদবগুম তৌবে। ফবে, কেশকি ব্রাদি ইবোচাউবসু স্নাজাউবসু থোবক্লগনি মখোয়গা তানদুনা তৌবগে।

——— (***) ———

# বিমোলাগী ফিবম

বিমোলা ৱাখল চোইবে। লম্বীদা হনগৎ হন্দা চৎতুনা মচাগী ৱাখল মপান থোক্লা খনলে, মুকম মুকম শোনবা হৌবক্লে। চৎনবিবা সমাজগী মওং নীতি কয়ামকম অসি ঙাকলকতবগুম তৌবে। অযুক নুমিদাংগী পুন্সিদা চৎনবিবা তাইবং মীওইবনা সেম্বা কহী নীতি অসিদগী হেক থৈদোকতুনা ওন্নবা সভাব অমদা চঙখিবদা অঙাওবা হাযবা মিংথোন অদু ফংবদনি। অঙাওবশিংগীসু নিয়োম নীতি লৈবম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং মদুবু কনানসু থিজিন্নব্বা লৈতে, খঙলুবগা থোইনা কানগদবা লৈতে খনবনবা ? অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মশিং যাম্বা মীনা চৎনবিবা নীতি অদুবু অচুম্বা নীতিনি হায়না লৌনৈ।

তাইবং মীওইবনা চৎনবিবা লোনচৎ অসিদা অপাম্বা ৱাৎলকপা কনাগুম্বা মীওই যাওবক্লবদি চৎনবী সমাজ অসিদগী নিংবা কাযবকতুনা মপান থোককে হেক হাযবকই। মীওইবনা খনলিবা ৱাখল অমসুং হোৎনবিবা পুম্নমক অসি কবি কবিগুম্বদা মীওইবনা শেমজবা অথোই অহেন নাইবা সমাজ অসিগী শকফমগা মাইযোক্লবা ঙমলকত্রবদা হাযবদি মমা মপানা মচাগী শকফম শাগৎলকপদা অমদি মহৈগী লম্বীদা লমজিংলকপদা নিংবা থুংদবা হেক যাওবকপদা নিংবা কাযবা হাযবদু ওইবকই। ৱাফম অসিদগী হেন্না চাউবা অশি-অনাগী থৌদোক্লচিংবা মথং মথং অসুম থোকচিনলকপদগী নুপা-নুপী অদুগী আশাগী মৈবী অদু হেক মুৎখি, সমাজ অসিগী চৎনবী কহী নীতি অসিবু কবিসু থৌওইবক্তে। নিংবা কাযবগী অকম্বা ৱাখল কোকথোংদু নোংমা-নোংমগী অসুম হাপকৎলকপনা অকম্বা অদু পুবা ঙমলক্তে। পুবা ঙমদ্রবা সমাজগী নীতি অদুবু হেক থাদোকপদা নীয়োম নীতি অমনা পুনলিবা সমাজ অসিদগী তোঙান হেক তাই। মসিবু ওইগনি অঙাওবা হাযবসি। থাঙ্গৈশেংনা সমাজগী ঙমখৈ লাম্থোকতুনা অঙাওবশিংদসু চনদ্রি, সমাজগী চৎনবী অসিনসু মাবু খবা কোমনা থাদোকপগুম তৌদুনা বিমোলাসি সিমানা অনিগী ময়ায়দা লেপ্তুনা লৈবে, মতাং অসিদগী খজিক্তং হেনজিনখিবা থোক্লবদি শোযদনা অঙাওবী হাযবদু ওইগ্রগনি।

—————— (***) ——————

# বিলাসিনি থোরকপা

বিলাসিনি এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ পাস তৌবদুনা মনিপুরদা থোরক্নে। মানা তমগে নিংজবকপা মহে খরদি তমজবদুনা মমা অমসুং মবোক উনবগনি হায়বগী নুংঙাইবা আশা অমগা লোয়ননা কলিকটদগী এবোপ্লেন্না ইম্ফালদা থুংলবে, মপুবোক্কী য়ুমদা চঙদুনা লৈমিন্নবি। থুংলবা মতুং নুমিৎ ২/৩ শুপ্রে, মপুবোক্কী ৱাঙাং হোংপ্রে। মমা অমসুং মবোক উনহনগনি হাযবম্বা মপুবোক্তো নোংমতা ৱাফম অদু পনখিদ্রে। মানা হবাও-হবাও পনলুববসু মপুবোক্তো য়াম্না ৱানা খুমই, মমা অমসুং মবোক অনিদুদদি পনগনু সংসাবসিদা মানা হেক পাম্বা মখৈ পীগে হাযবগী ৱাঙাং অমা তৌবে। বিলাসিনিনা সংসাব অসিদা পামলিবদি মমা অমসুং মবোক্কি হাযনা খুমনিংই খুম্বদি ঙমদে। মমাগী অশেংবা পবিচয তাকপিযু হায়না কবম্না মপুবোক্তা তক্লগনি।

ৱাফম অসি পনলক্কনি খনখিবদগী মপুবোকসে বিলাসিনিগা মাইয়োক্লবা ঙমদবগুম কোইলোৎ লোৎতুনা লৈবে। মপুনা মশুবু কন্না থেমই - কাব অমা লৈবিগে, মাগীদমক শাবিবা দলান অদুসু পুমলোই লোযশিনলক্লবনি অমুক্তং চৎতুনা যেংলুসি। মাবু ডিঃ এমঃ কলেজগী ওঝা খনলবনি মতম খবা গাডী লৈদ্রিঙৈদা কলেজগী ক্বার্টবদা লৈগনি হাযবদুসু, লৈকসি অসিনচিংবা ৱা কযা হায়বে।

মপুবোক্কী ৱা ইন্দবসু ঙমদবনা বিলাসিনি কলেজগী ওঝা ওইবে। মমা অমসুং মবোক্কী খোঙগুল লিনিংবনা ঙাওববিনী, মপুবোক্তগী য়াথং অমতং লৌনিংই অদুবু ঙম্বা কৌবা লৈখিদ্রে। মপুবোক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লবা অনিবক অহুমলক শুবে, ৱা হৌদোকত্রিঙৈদা মপুবোক্লা হান্না খঙমানলে, ইতোপ তোপ্পা ৱাগী পবিং অমা হৌদোকই। মপুবোক্লা খ্বাইদগী কিবা ৱাসি বিলাসিনিগী মমা অমসুং মবোক্কী ৱাসি ওইবমানলে। মশুনুপীনা ৱাফম অসি হৌদোবক্কদৌবি হাযবা হেক খঙখিবদা অতোপ্পা মফম অমদা হৌগৎতুনা চৎখি। বিলাসিনিনা মপুবোকপু কবম্না তানকনি। কবি

কবিগুম্বদা মশুনা চিন্তা তৌদুনা ফম্বা উবগা মমিত্তা মপি তাই, মশুগী অৱাবা ৱাখল অদুদগী শকক চামা হেন্না লূম্বা ৱাখল অমা পুদুনা অৱাবা খাওই। মপুক মপুক্কী ৱা পুথোক্লবগা অৱাবা কোকথোং ওইবনি খন্নবমানলে অমগা অমগা থৈদোক্লদুনা লৈনবে। বিলাসিনি মপুবোক্তা ৱা হৌদোকপা ওমদ্রে তৌইগুম্বসুং মপুক্লিংদদি লেপলে - নোংমতংদি মনা লৈবম্বা লৱায লম অদুদা চৎলগা সখিতোম্বীবু থিকগে, মমা অমসুং মবোক্কী খোঙগুল লিকগে।

——— (***) ———

# সোরোজিনি, বিলাসিনি উনবা

নুমিদাংব্রাইবমনি। ডাঃ সোবোজিনি কাব তোংদুনা ডিঃ এমঃ কলেজগী কম্পাউণ্ড মনুংদা থৌজিনলকই। গাড়ী অদু যাম্না তপ্না থৌই, প্রোফেসাব কার্টব ময়াম লৈবিবদু মথং-মথং ওইনা যেংই। নেম প্লেট থাবা যাওই, থাদবা য়াওই, অসুম-অসুম থৌবকপনা কাব অদু নেম প্লেট থেৎতবা কার্টব অমগী মপাদা খামই। গাড়ীদগী কুমথখিদুনা কম্পাউণ্ডগী গেট হাংদোকই। তপনা চঙখি; কার্টব অদুগী থোঙ মনাক্তা লেপ্লুবে, ঙাইহাক মরু লুকথনা খনলগা কৌবকই - কনা কনা লৈবিবগে ? বিলাসিনি মতোমতা লৈবা তাঞ্জানি, অচৌবা থোঙমখৈ লোনশিনলগা ফমুং মপাগী থোঙনাও অমতং হাংদোকতুনা ফমুংদা তুমিন্না ফমদুনা লৈ, মমাঙদসু লাইবিক অমা ফাক্তোকতুনা লৈ পার্বদি পাদে। মপান্দগী খোঞ্জেল অদু যাম্না শেংনা তাই, ফমলম্বদগী হৌগৎতুনা খোঞ্জেল তাখিবা অদোমদা থোকখিদুনা থোঙ হাংদোকলুই। মাগা চহি লেংগা ওইবী, মফী মবোন যাম্না নান্না শেৎপি নুপী অমা লেপতুনা লৈবমই। ঙাইহাক মিৎচানবগা বিলাসিনিনা হংলকই কনাবু থিবীবা ওইববনো ? সোবোজিনি ঐহাক্না থিজবিবসি অদোম্বু ওইবিগদ্রা হাযদুনা চঙজবকপনি, হান্নদগী খঙজদবনিনা চপ চাবা হাযবসু ঙমজদ্রে। কবিগুম্বা অদোমগী মিংকা খঙজবা যাববদি নেম প্লেটসু থেৎতবদুদা . । বিঃ-আবঃ কেঃ বিলাসিনি, লেকচবব ডিঃ এমঃ কলেজ। সোবোজিনি নোকফেৎ তৌই, চুম্নদৌবমানলে। বিঃ - অদুদি ইমুঙদা লেংশিনর্সি, চঙমিন্নখি, ইমুঙগী ফম্ফম কাদা মাইয়োক্লনা ফমিন্নখি।

বিঃ - কবি তাকপীগদবা ! ঐগী অঙাং অমা থংনবা কার্টবদা লৈখি, চা লোন্নবা অমুক্তং হাযজকখিগে হাযবগা হৌগৎতুনা থোকখি। সোবোজিনিনা কা অদুদা থেৎলিবা ফোটো খবা অদু মশিং শুনা যেংই, কবিগুম্বা অমা খঙবা ঙমব্রা হায়দুনা যেংবগী মিৎযেং মানলি, কা অদুদা তৌবিবা লৈতেং মযাম অদুসু য়েংই, লোযনা য়েংদ্রিঙৈদা বিলাসিনি চঙলকতুনা মাগী ফমফমদা ফমলবে।

বিঃ - অদোমগী মিং খণ্ডজবা য়াগদ্রা ? য়াম্না হুবাওবা শকফমদা মরুপ ওইনিংবগী ব্রাহংনি। সোঃ - অদু পুম্নমক হায়দোকচপ্নে লাকচবনি, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা য়াম্না লুববা ব্রাবী অমতংগা তৌনদবা য়াদ্রে; ঐগীসি ব্রাবেম শুবা তাবদ্রা খণ্ডদ্রে, থোইদোকপা অচিনবদি লৈবিদেকো ? বিঃ - লৈজদে লৈজদে, ইতোমতা তৌফম খণ্ডদুনা লৈজবমলিবনি, মরুপ মপাং তিননিংঙাযগা লৈতবগা ... । সোঃ - ঐগী মিংনা সোবোজিনি, এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ সাইক্রেটিষ্ট, হন্দক্তা সিভিল হোস্পিটালদা থবক তৌজবনি। ঐগী ঙসিগী ব্রাফমসি য়াম্না কোইনদনা মরুপ অনিনা শানগদবা ব্রাবীনি, ঙসিদা শক খণ্ডনবিঙৈদা, ওস্নোকপা ব্রাফম হৌদোবকই হায়বিগনু, ব্রাফম অসি কুইথপ্নগা ঐখোয়গী অফবা ওইবোই। বিঃ - হেক্তা তাকপিয়ু কোইননুসি।

সোঃ - আবঃ কেঃ না এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ তমলকপসি কবম্বা মফমদনো ? বিঃ - কলিকটদনি। আবঃ কেঃ গী য়ুমদি কদাইদনো ? ঐদি অবেপ্পা য়ুম লৈজবক্তে; হৌজিকসু লৈজদ্রি। (মমাই ঙাংতক তৌই।) ইমা অমসুং পাবুংদি শুনা লৈবিবিব্রা ? ঙাইহাক খনলগা, ঐঙোন্দা হংবিবদা খিৎতং লুনা থোকই, হৌজিকমক্তি খুন্বা ঙমজখিবোই মমায লূকথৈ। ফবে, ইমাগী মিংদি কবি কৌবগে ? কবি মবম লৈবননো মাইগৈ অশোমদা যাম্না কুপ্না হংবিবে। সোঃ - ব্রাবৌবিগনু ঐগী ইতেং অমতং পাংবিয়ু হায়জগে তৌবনি। কবম্বা মতেংনো? মদু হান্না পাংজবা যাবোইদ্রা, মদু হান্না পাংজগে। ঐগী ব্রাফম অসিদি খজিক্তং তপ্না হাযজগে। ব্রাফম অসি তপথবা য়াববোই। কবম্বা অথুবা মবম লৈবনো ? মবম হায়ববু অনাবগী অথুবা পাউনি, অদোম্বু পোকপী ইমা হৌজিক নাদুনা লৈ, ইমাগী মিং বিমোলা কৌই, হৌজিকমক ঐনা ইমাবু য়ুমদা কন্না লায়েংলি। মতম কুইপ্নবদি যাম্না নিংবা কায়বগনি, ইমানা য়াম্না কুইনা অব্রাবা খাঙদুনা মচাবু ঊননিংবগা; মচানা থিম্বুবা পাম্বগা খবা খেন্নে। ঐগী লাযেংবদা ইতেং অমতং পাংবিয়ু, ইমাবু খবা থুনা ঊনবিয়ু হায়জগে লাকচবনি।

বিলাসিনি মমিৎ তথক-তথকই, মপী ঈবা চেল্লি, ডাঃ ঐবু ব্রাবৌনু, মশা অদু লৈফম খণ্ডদে, ফুক হৌগৎলি, হৌজিকমক চৎসি, ঐসু ইমা ঙ্কিংলমগনি হায়বা পুক্লিংদা থাজবা অমা পোকই। সোঃ - ফিংগৎপিখিনু, শোয়দনা ঊনগদবা লৈবে, আবঃ কেঃ গা লৈমিন্নে হায়বা অহল অদুদি লৈতব্রা, ইপুবোক অদুদা তাকলম্বা

চুমব্রা ? বিঃ - চুমই, থংনবা কার্টব অসিদা লৈবা ইংলিস প্রোফেসাব অসি ইপুবোকী ছাত্রনি হায়, মানা ইপুবোক্কা ঐগবু ঙসি চাক কৌই। ঐদি চাক হেক তোকপগা লৈবা হৈনদ্দুনা য়ুমদা লাকতুনা ফমলমলিবনি, ইপুবোক্তি পাক থোবকপা য়াবোই মখোয় ইমুঙদবু চঙখ্রবদি। অসুম্না ৱাবী শাবিঙৈদা অঙাং অমনা মখোয় অনিগী মমাঙদা থাবিবা টেবল অদুদা চা কপ অনি থমলবে।

ইচেমা, ইপুবোক কৌকচো হায়ব্রা ? হোয ৱাবী শাবগী তাঞ্জা য়েংলগা হায়যু। অদুগা ডাঃ ইপুবোক্তদি ঐখোযগী থবক অসি তঙ-তানা খঙদ্রিমখৈদি হাযদোকখিনুসিকো, ইশা ঙসি ডাঃ না ঐঙোন্দা ওহ্নোক্লা মমল যামলবা পাউ অমা পীবিবসিদি কবিনা লমন শিংগনি। ঐগী পুক্লিং অসি হবাওবনা পুমলাং লাংলে, চাসি থকপা ঙমদ্রে, টেবল মখাদা চাগী প্লেট অদু চা যাওনা যাওনা থাংথদুনা থমখ্রে। ডাঃ না চা ফাললিঙৈদা ঐ ফী শেৎলুখিগে, ডাঃ ঐ হৌগৎলে ৱাবৌনুকো হায়বগা মনুংগী কাদা মফী হোংবা চঙখ্রে।

ডাঃ সোবোজিনিনা মতোমতা ফমলিঙৈদা মপুবোক অদু চঙলকই, সোবোজিনিনা কৌগে হোংনবিঙৈদা - এঃ ইবেম্মা লাক্লিব্রা ? চা-কা থক্লব্রা, কদায়দা চৎখ্রে ঐখোযগী নুপীমচাদুদি ? মপুবোক্কী ৱা তাবসিদা বিলাসিনিনা ইমুংদগী -ইপুবোক ঐ ডাঃ গা থবক অমতা চৎলুগে হাযদুনা ফী শেৎলি, ঐখোয় মমদ্রিঙৈদা হনলক্কনি। সোবোজিনি-ইপুবোক কুইবোই ঐনা গাডীদা হেক্তা থিনলক্কনি। অহল -আঃ ইবেম্মগী গাডীবা, কাব মচা অমা থোঙগান্দা থাবিবসে, ঐখোয়গীসু অমা লৈবিগে হায়বিবনি, মানা কাবকা তোংনিংদে কোন্না তোংগনি হায়নে। মাদি অৱাবা ৱাখলদা খন্দুনা লৈ। ইবেম্মা, নখোযগা তিন্নদুনা খবা নুংঙাইহনলু মাগীদমকসু ইপু লৈবিবসিনি। বিলাসিনি মফী মবোন শেৎপা লোইবদুনা থোবকই। ডাঃ চৎলসি, ইপুবোক ঐখোয় অমুক্তং চৎলুখিগে। চৎলু চৎলু, মমদ্রিঙৈদা হনলকউ।

সোবোজিনি অমসুং বিলাসিনি গাড়ী তোংদুনা কলেজ কম্পাউণ্ডদগী থোবক্লে। মথং-মথং লাকতুনা সগোলবন্দ শোবোক্তা চুমদ্রিং থৌথখ্রে। মাইল অমুক থৌথবগা মখা পাংনা লম্বী অমদা হায়জিনখ্রে। মতেক অমা হায়জিনলগা নোংচুপ পাংনা লৈবা ইখোল অচৌবা অমগী যোৎকি কোহ্নোং হাংদোকতুনা গাডী থৌজিনখি। গাড়ী থৌজিনলকপা হেক উবদা সোবোজিনিগী মমা ইবেচাউবীনা

মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা শুমাংদা কুমথবকই, সোবোজিনিনা গাড়ীদগী হেক কুমথবকপগা বিলাসিনিসু কুমথবক্কদবগী হোৎনবি। ইবেচাউবীনা চাথোক্কদবগুম মুন্না যেংই। মচানুপীদা অমুক যেংই, মিৎয়েং অদুগী অর্থদি - নাদুনা লৈবিবি নুপী অসিনা নাবগী মবম ওইবিবা মচানুপী অমা নংনা কোইথি থিবকপদো নুপীমচা অসিবা হায়বনি।

সোবোজিনিনা মমাদা ওনশিনলগা - ইমা নং ঐগী মকুপসে খঙলব্রা ? হৌজিক্তি ইমা নাবিবসিসু ফবনিদো। আঃ আঃ ফবদ্রা, ইশ! শকনা ফজবিবা লেমলিবা, ইবেম্মা নংবু নমানা থম্বালম্না কৌব্রা ? হোয় ইমা থম্বালম্নাসু কৌই। সোবোজিনিনা মমাগী ৱাশাং ঙাংবা হৌবক্লনি হায়দুনা ইমা - ৱাবী কোন্না শাসি, আবঃ কেঃ শোমদা লেংশিনসি হায়দুনা মখোযগী অৱাং শঙ্গোয় নিংথিনা খোঙ পান্দুনা শেমলবা অনাবা যেংবগী কা অদোমদা পুশিনখি।

কা অদুদা ফমুং অমতং থাই, ফমুং অদুদা মী অমা হিপলি ফমুং অদুগী মনাক্তা নর্শ অমা ফমদুনা লৈবমই। অনাবা অদু অঙৌবা ফী অমনা ফীকক খুমজিন্দুনা শাংনা হিপলমই। নর্শ অদু বিলাসিনি অমসুং সোবোজিনি চঙলকপা উবদা হৌগৎলি। মখোযগী মবক্তা সোবোজিনি মমাসু চঙলকতুনা তুমিন্না লেপ্লবি। মমাসি ৱা ঙাংনিংই অদুবু মচানুপীনা অনাবগী মনাক্তা ৱা ঙাংবা য়াদে হায়না তোইনা থিংবদগী ৱা ঙাংদে। সোবোজিনিনা ফমুংগী মনাক্তা য়ানলিবা অনাবগী বেকোর্ড ইবা চে অদু যেংলি। সোবোজিনিনা নর্শতা ওনশিন্দুনা য়াম্না তপ্না - তুমখিবা কয়া কুইবে। মিনিট ১০ মুক ওইবে। চাক চাখ্রব্রা ? চাখ্রে।

সোবোজিনি নর্শতা ওনশিন্দুনা - ফবে মাঙ্গোলদা লৈবমউ, চা থক্লবসু শিনবিবমউ, ইমা চা থক্লবা অমুক্তং তৌবিবমউ। মমাগা নর্শকা পুন্না থোকখি। বিলাসিনি মমাগী মশক যেংনিংবনা ঙাওববীনি। ডাক্তবনা অনাবা কুপলিবা ফী অদু খজিক্তং তপ্না হাযগৎতুনা মমাযগী শকক মখৈ হাইদোকই। বিলাসিনি মমাগী শকফম উবদা মখুৎ অনি অদুনা মমাগী মশাদা কোনগে তৌই, মচিন্দসু ইমা হাযনা খোঞ্জেল থোক্লা কৌবে। সোবোজিনিনা বিলাসিনিগী মশা তাপ পায়দুনা মমাগী মশা শোকহনখিদ্রে।

বিলাসিনি শকফম কায়বে, মমিৎ অনিমক মপিনা থনলে, মচিনবান অদু তনিক তনিকই। ঈবানা থনলবা মমিৎ অদুনা সোবোজিনিবু য়েংলগা হবাওবা অমসু উৎপগুম তৌই। সোবোজিনিনা হায়দোকলুবিবা ফী অদু অমুক তপ্না পায়খৎতুনা বিমোলাগী মমায় অদু কুপশিনবিবে, বিলাসিনিগী মশা পায়দুনা কা অদুদগী থোক্লসি হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌই। বিলাসিনি খাংলপ তৌই, মপি তৈথোকই। মমাগী খুয়াদা তপ্না ফমথখি, মমাগী মখোঙ অনিদু পায়কবে মপি অদু মমাগী মখোঙ কুপলিবা ফী অদুদা তপ তপ তাই। মমা মচাগী মতম শাংনা ব্রামিন্নবকপা পুক্নি অদু নিংশিংলকলমানলে, মমিৎ অনি অদু অহাংবদা যেংই মপি থিংবা ঙমদবগুম তৌবে। মমৈদা মকোক অদু অসুম অসুম লুকথখিবনা মমাগী মখোঙদা থেংলে। বিলাসিনি মতম কুইনা কায়নকববা মমাগী ফিভম অদু উবদা খাঙবা ঙমদ্রমানলে - হীক হীক কপলে, সোবোজিনিসু মপি তাবে।

অনাবা অদু খবা লেঙলকপগুম তৌই, তুমলিবদু মিকপ থোবক্লগা মমা মচা উনবগী অনৌবা প্রেমনা পংকপ কপমিন্নবগা মশা শোক্লনি খন্দুনা সোবোজিনিনা বিলাসিনিবু মখুৎ পাযদুনা চিংখৎলে। মখোয় অনিমক অনাবগী ফমাংদা ঙাইহাক লেপমিন্নবি, বিলাসিনি মিৎলু অনি অদু কমান্না তৈথোকতুনা মশাগী শকফম শেমজিনলে। সোবোজিনি অমসুং বিলাসিনি তপ্না থোবকতুনা মাঙ্গোলদা ফমিন্নবে।

ইবেচাউবী - ইবেম্মা নমাগা উনবব্রা ? উনজবে, ইমাখোযগী লমনবু কবম্না শিংঙদগে খঙদ্রে হাযবগা মমিৎ অদু নর্শতা যেংদুনা - য়াম্না ব্রাবিবমলগনি ঐনা কবিনা লমন শিংগদৌনো ! ইবেচাউবী - ফবে-ফবে ইবেম্মা ! ঙাইহাক তুমখিসনু, মতাং চাদনা তুমলিঙৈদকা খংহন লাকহন তৌকববদি য়াম্না শাথি। ময়ুম মৈ চাকখিবা, মমা হনুবী অমা মৈনা চাকতুনা শিখিবা অদুদগী থকৎখিবা অমা লৈবা ওইরমানলে। হিদাক ঙাস্থকমুক্তং তুমলগা মবাইনা হৌগৎচবগনি অদুগা নুংঙাইনা ব্রাবী শানৌ। মপুক্লিং ইংনা ব্রাবী শাববদি ওস্থোক্লা নুংঙাইখ্রবনি, মাগী হায়বু অকি অখং পোকহনবা য়াদে। অঙাওবগী মিহুন অমতং লৈবিবসিদা নেমখ্রগা হেক্তা ফবা হায়বদু ওইবগদবনি। ইশ! হৌজিক্তি ফববনি, অহিংদকা মতোমতা থম্বা য়াপোৎ নত্তে, মাগী মিহুন হেক কাঙলকপদা ইবেম্মা নংবু কৌদুনা তেংথাবসিদা মী পুম্নমকসি পংকপতা কপমিন্নখ্রবনি।

সোবোজিনি - ইমা ইমুংদা চা লোনলিবসি খবা যেংবিকবা । ঐগী মকপসিসু থংখিবা যাদে, চা অমমমতং থকমিন্নবগা থিনলুগদবনি. থেংবা যাদবা। ইবেচাউবীনা হুক হৌগৎলকপগা অঙাং অমা চা পুদুনা থোবক্লে, মখোয চা অমমম পাযনবে। বিলাসিনিনা চা শুনদবা অদুদা সোবোজিনিদা ওনশিনলগা চাসি ইমাগীদি যাওদেনা। ঐখোয ইমাদি চা-কা থকপীপোৎ নত্তেদা, চাউখ্রবা জাৎনি। ইবেচাউবীনা অমুক হৈজদে হৈজদে, নখোযগী চা থকপকাদু, ঐখোযগী হায়ববু চাক য়েঙ্গাং হাউনা গবা, থবক কন্না শুবা অসিনি। বিলাসিনি - অদুসু ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রবা পুন্সিনি, ইমা ইচম চমনা নুংঙাইবা হাযবদু অদুনি, হাযনবদাইনে।

ইবেচাউবী - ইবেম্মা স্না, নংদি লাইবিক্লা কদায ফাউবা তমলবা, নহানমখৈনা কদাযদা লোৎলুবা ' সোবোজিনি - হেবা ইমা নংসিমা এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ নি, কলেজগী ওঝা ওইবিবনি, ফবে বিলাসিনি, হৌজিক্তি কবিমতা চিংনবিকবনু, ইমাসু শোযদনা ফবগনি। ঙসিতদি ইমাগা ব্রাবী শাবীবনু, নিনি হুমনিদং মশা ফহনলগা নুংঙাইনা উনবিবো। ইবেচাউবী কবিনোনে, নংনা হাযবিসিবু, মীগী মমা মচা অসুক কুইনা উনবকত্রবসিবু, মমাসিনসু মচাদা উবগা ফনি হাযজবিবনি, নংনসু মচানুপীদুদা ফংলগা মমাগা হেক উনহনলবদি শোযদনা ফগনি হায়দুনা অসুক কুইবসি ইবেম্মসিবু থির্বাক্লিবা নত্রা ? ঙাইহাক ঙাইজখিসনু কৈদৌই মমাসু হৌগৎলক্লনি। ঙসিমক উনদ্রবদি যাদ্রব্রোও, অনাবগী ফিবম অমা লৈদুনা তৌবনি। অদু পুম্নমক্কু মচানুপীসি হেক উবদা ফগদৌবিবনি, ঐনা হাযবা ইনলু, ইবেম্মা ঙাইহাক ঙাইখো নমা নচা উনখো। সোবোজিনি - ইমা অসি হৌগৎত্রিঙৈদা চত্তবা যাদবা থবক অমা লৈবিযে হৌগৎলি, বিলাসিনিসু হৌগৎলি। সোবোজিনিনা নর্শতা ওনশিন্দুনা - ইমাগী মনাক্তা মী চঙহল্লমগনু হাযবগা বিলাসিনিবু পুদুনা থোকস্লে। ইবেচাউবী - নখোয; ... নখোয লাইবিক হৈর্বাশিং অসি মমা-মপা নুংশিবদি খবা মরাৎলিকো ... শাওবপ্পা শোন্দুনা লৈহৌই।

——— (***) ———

# ইবোচাউবা থোরকপা

ইবোচাউবগী ময়ুম ইঙ্খোল পুম্নমক মৈতৈ ব্রাহ্মণগী কাং-খোং চাইবা হায়বদুমক ওইবে। য়ুমজাউগী মাঙ্গোল অদু উগী বিম মচা খবা মচি মচিদা পৈবি, মচি অমদনা উপাক মতেক মতা খবসু পৈবি। ইমুংগী কা খুদিংমকসু থবক শুফম কারখনা ওইরি। মমাঙ শঙ্গোয়, অরাং শঙ্গোয, লৈবিবদুসু লৈঙোই খবা, চেক খবা, অমসুং নুং খবা পৈশিন্দুনা থমই। মী লৈবগী নোমনা অমতা লৈবমদ্রে। মখা থংবা ইঙ্খোলদা শাবিবা দলাল অদুগী মচাক ময়াম পৈবিবনি।

ইবোচাউবা থুংলবে হায়বা পাউ হেক তাবদা স্নাজাউবগী মপাবুংনা মাগীদমক জীপ অমা পীবে, হনগৎ হন্দা চৎপগী খবচনচিংবা মবাং কায়না পীদুনা মপা অমনা তৌবা হৌনবা থবক পুম্নমক তৌদুনা ইবোচাউববু ময়ুমদা পুশিনখি, মাগী তুংদা থোকখিবা থৌদোক মথং-মথং লীবে, মমা ইবেমহলসু লাকলে, মমা নাদুনা মপামদা লৈবগী ব্রাবীসু লীবে। মপাবুংনা জেলদা লৈববদা মাগী শেল থুম থাবা ঙম্নবা অমদি মমাগী অনাবা লাযেংনবা হোৎনবা, য়ুম ইঙ্খোল পুম্নমক যোনখিবগী ব্রাবী তাবদা ইবোচাউবগী মকোক লুমলপ্পা খাঙই। “অচেৎপা লৈবাই অনিনা অকনবা ঈচেলবু ঙাকতুনা পুবগুম অব্রাবা ব্রাবীগী ঈচেল অদু অচেৎপা পুক্লিং অমসুং ব্রাখলগী পন্না ফাজিন্দুনা মশাগী ব্রাখল ইপাক্তা তিলহনখি।” মপাবুংনা পিষ্টোলগী মবীদা অব্রাবা তাবম্বা অদুতংদি মপুক্লিংদা নুংঙাইতবা পোকই। কেশকি মচাক কযামকম থিজিন্দুনা মপাবু জেলদগী লৌথোক্লবা ব্রাখল তৌবে। বিলাসিনিগী য়ুমদা চৎতুনা পিষ্টোলগী ব্রাদু হংলুগে নিংখি।

ইবোচাউবা জীপ তোংদুনা বিলাসিনিগী ময়ুম মাইকৈ পাংনা লাকই। মপুক্লিংদা হাপোই হাপোইবা অমা পোকই। মমাঙঙৈদা লাক্লম্বা খুল অদুনি, চহি মবিবোমগী তুংদা অমুক লাকপনি, য়ুমসু খবা কুংশিন্না তাবগুম তৌই। মবক মবক্তা তিন্না কুপ্পা য়ুমসু যাওবমলে। লম্বী থোংগী ফিবমসু ফগৎলমলে। অসুম অসুম

চঙশিনলকপনা বিলাসিনি মমা মচাগী লৈবক য়ৌগদৌবে, মপুক্লিংদা নুংঙাইবা অম্রসুং চবাংনবা অমা পোকই ময়ুম মাইকৈবোমদা য়েংশিনখিবদদি লম্বি মচা অদুসু লৈবমদ্রে লম্বি মচা অদুগা মখোয়গী ইস্তোল অদুগা পুন্না লৌবুক ওইনা ইপাক পাকনা ফৌগী চবোং লুম-লুম লাউনা য়ানলিবদু উবে।

গাড়ীদগী কুমথবগা চপ লেপতুনা য়েংই। মিৎয়েং অদুদি ইস্তোল অদুদা অদুমক লৈ, মপুক্লিংদি বিলাসিনি মমা মচাবু কোইথি থিবি। তুং মাংঙ, মাইকৈ মবি লৈদুনা য়েংবদা পাক্লবা লৌবুক লমহাং অদুগী মচি অমতা হাংদনা লুম-লুম লাউনা কোন্থববা ফৌগী চবোংনা মিৎয়েং তাম্নমখৈ হৌবি। নুমিদাংবাইগী তপ্না শিৎপা নুংশিত্তা কোনলপ কোনলপ লুকথবিবা চবোংশিংদুনা নোম নোম লেঙদুনা পাক্লবা লৌবুক লমহাং অদু ঈপোম হৌববা ঈমায়গুম নিংথিরি। ঈপোম অসিনা অসুম অসুম শন্দোকখিবনা মমা-মচাগী ইস্তোল মচা অসিসু লাকশিনখ্রে। য়েংবদা মিৎযেং তামখ্রবা লমদম অদু ফাউবা ফৌগী ঈপোম অদু হৌখ্রি।

ইবোচাউবগী মপুক্লিংদা মওন-মওন খনলি, কদাইদা চৎখ্রিগবা ঙসি ঙবাংতা হোংখিবসু মানদে, কনাদা হংলগা খঙগনি, মাইকৈ মবি কোইনা যেংই কবিসু উদে। মঙক কোনলপ কোনলপ হায়থবিবা ফৌগী চবোংশিংদুনা মখোয়দি খঙদে মতাগুম মঙক হাযব-হাযবদুনা পাউখুম পীবি। ইবোচাউবগী হাংলবা মপুক্লিংগী লমহাংদা লৌবুক্কী ফজবা দৃশ্য অদু চঙবা ঙমদমানলে, মমায় লৈথোবক্তুনা জীপ কাখৎকে তৌই। অঙাং ২/৩ না গাডী অদু মখুৎনা শিৎ শিৎ নানদুনা শানবমই। অদু নত্তবা অতে কনাসু উদে। ইবোচাউবা কবিসু তৌফম খঙদে, লম অদু থাদোকতুনা অমুক হনলগে খনলমাললে মমা মচাগী ইস্তোল লমহাং অদোমদা অবোইবা মিৎযেং অমা য়েংলি, হন্দকসু পাক্লবা লৌবুক লমহাং অদুগা অমতা ওইনা ঈপোমগী জগোই শাবিবদু অদুম মউবি।

খুনযাদা নুপী অনি অহুম খক থোবকতুনা ইবোচাউববু যেংদুনা লৈবি। মখোয়গী মবক্তগী খবা নহা ওইবী অমনা মচা চৎপা খবা-খবা ঙমলক্লবা অমা মখুৎ শমদুনা ইবোচাউবদা শংত্রিক যেংলগা তপ্না-তপ্না চঙশিনলকই। মাগী মিৎযেংসি হান্না খঙখিবা মীশক অমদা যেংবগী মিৎযেংনি। নুপা অসিগী শকফমসু পাক হেক খঙবদা ৱাবে, মহাক আনোক অমুবা অমা উপই, টুপী অফনবা অমসু উপই। লম

অদুদা মাগুম্বা মীতাসু কয়া লাক্তে, নুপী অসিনা অসুম অসুম চঙশিনলকপনা ইবোচাউবগী তুংওইননা লেপলবে।

ইবোচাউবসু মপুক্লিংগী অহাংবা লমহাংদা বিলাসিনিবু কোইথি থিকবগা লমহাং অদুবু বিদায ওইনা য়েংলকই, জীপ কাখৎকে হেক তৌবদা নুপী মমা মচানা মুন্না য়েংদুনা লৈবম্বদু উকবে। মখোয় অনিমক মিৎ চানৈ, শক্তা শক্কদি পাক হেক খঙনদে, পুক্লিংদদি খঙনবগুম তৌবি, মিৎয়েং অনি অদুদি থৈদোক্লদে। ইবোচাউবনা মাগী অমুবা আনোক অদু লৌথোকতুনা নুপী অদুদা মুন্না য়েংবদা নুপী অদুনা - তামো ঐবু খঙদ্রবা, ঐ সখিতোম্বীনি। এঃ ইচল ওইবে, নংগী অঙাংলাসিদি ? মানি তামো ঐগী ইচানি। নুপী অসি শকফম কায়শিনলকই, মতা বিলাসিনিগী য়ুমফম অদোমদা মমায ওনশিন্দুনা মপি ঈবানা থনলবা মমিৎ অনি অদু মাইকৈ অদোমদা য়েংলি। ইবোচাউবসু হংনিংলম্বা পুম্নমক চপ লেপখ্রে। সখিতোম্বীগী মাযথোংনা বিলাসিনিগী মবাইবক থিখিবগী ব্রাবী খবদি ফোঙদোক্লে। সখিতোম্বীনা মতম কযা কাউকখবা মতাবু নিংশিংদুনা মপি শিন্থবি। মপি অদু তৈথোক্লবা ফী ইন্দে, ফুবিং লিংতে, মখুৎনা মপি তৈথোকই - তামো ঐখোযদা লেংশিনসি, ব্রাবী শাকখিসি হাযদুনা মাগী থোংগাল্লোমদা মমায ওন্দুনা চঙখি, ইবোচাউবসু জীপ তপ্পা থৌদুনা সখিতোম্বীগী তুং ইনখি।

সখিতোম্বীগী য়ুমসি মৈতৈগী লাইখন তাবা ব্রানা শাবা য়ুম মচা অমনি। অব্রাং শঙ্গোয় মচা অমসু লৈ। মাঙ্গোল অদুদা নুপা চহি ৩০ মুক শুববা অমা থৌবী তাদুনা লৈ। সখিতোম্বীনা নমহায় ওইনা - নহানব্রাই ঐখোযদা নুমিৎ ৪/৫ নি লৈবম্বা য়াম্লুংদুগা তিন্নে হায়বা তামোদুনি। নুপা অদু থৌবী তাবা তোকতুনা লাক্লিবা নুপা অদুদা - বাবু লেংশিনবিবকউ, ঐখোযগীসিদি লব্রায যুম্বাল হায়বদুনি হাযবগা ফীবোল খবা থাঙ্গৎতুনা থনম্বা অমনবা চৌকি অদু পুথোকতুনা থাই। ইবোচাউবনা চৌকিদা ফমলগা - ইবেম্মা সখি, ম্লাজাউবনা য়ুমসিদা নুমিৎ ৪/৫ নি লৈবমই হাযবগী ব্রাসি ভাব তাদ্রে। সখিতোম্বী - তামো যাম্না নুংঙাইতে, ঐ ব্রা অমত ঙাংনিংদে, তামো উবগা বিলাসিনিবু ... হাযবগা মপি তৈথোকতুনা মক লুকথখ্রে ইবোচাউবা তয়াং তশোইবা অমা পোক্লে। নুপা অদুনা বাবু ম্লাখ্বানা লৈবম্বগী ব্রাবি ঐ তৌজগে, নুপী অসিদি ব্রাফম অসি হৌদোক্লুববদি মাগী লাইমন ওইগদৌবিবনি

"চহি অনিবোম ওইবনি, ঐদি স্নাখ্বাবু খণ্ডদবনি, নুপী অসিনা ব্রাবী তৌবদগী হৌখিবা ব্রারী ময়াম অদু খণ্ডজবনি। স্নাখ্বা অচন্না ফী শেৎলি, সিফাই অনি লোয়নবকপা অদুদি অশংবা খাকিগী ফুরিৎ খোংগ্রাও শেৎ-চাই। খুলসিদা লৈবা নুপা মচা অমনা মাঙ থাদুনা স্নাখ্বাগা মনায অনি অদুগা ঐগী য়ুমলোমদা চঙলকই। ঐসু ষণ অনিসি পুনথোক্লুগে হাযদুনা অব্রাং শঙ্গোযসিদা লৈ। স্নাখ্বানা ঐঙোন্দা হান্নদগী খঙনবা মী অমদা য়েংবা মিৎযেংগুম য়েংই। লমজিংলক্লিবা নুপামচাদুনা স্নাখ্বাদা ঐবু তাকখিবগুম তৌই।

স্নাখ্বানা - বাবু, সখিতোম্বীগী ইমুঙ ওইবব্রা হংই। ঐসু ভাব অমা খংতা তাবকপগুম হোয, মানি হাযবগা শঙ্গোযদগী থোবক্লুনা ময়াম কদাযদা ফীদা থাসিগে হোৎনবিঙৈদা নুপী অসিসু হেক চঙলকই। মাদি কৌদে, স্নাখ্বানা হান্না কৌই - ইবেম্মা সখি নংবু থিবক্লিবনি। যাম্নুং কদাইদগী কবম তৌনা তৌবক্লিবনো হায়বগা ইফিং ফিংনা ইমুঙদগী ফক অমনবা অমা লৌথোকলুবগা মাঙ্গোলদা থাই। ঐদি ফক মতাদুগা ইকাযবোই কবিবোই তুমিন লেপতুনা লৈথোক্লে। স্নাখ্বানা খোঙউপ লৌথোক্লুনা মাঙ্গোলদা থাবিবা ফক অদুদা ফমই, মখোয অনি অদুনা মখাদা লেপতুনা লৈ। যাম্নুং মখোযসু কাখৎলকউ হার্যাবিযু হাযনা সখিতোম্বীনা হায, মখোয অনিমক মযাংনি। অদু ফাউবা ঐদি তুমিন লেপতুনা লৈথোক্লে। নুপীনা ঐঙোন্দা য়েংলগা - কবি তৌববগে উ য়ুংবদৌনা লৈবিদুবু ! ঐনা নহানমখৈ ব্রাবী হেক হেক তৌবা তামোগা যাম্নুংগা হাযবদুনি হায। ঐসু তুমলুবদগী হৌগৎলকপদৌনা শুমাংদা লেপলিবা অনি অদুদা কাখৎপিবকউ হাযবগী ঈঙ্গিৎ অমা তৌই। অনি অদুনা মখুৎনা শাইন অমা তৌবকই, মখোযদি অদুম লেপকে হাযবা ওইবমানলে।

স্নাখ্বানা সখিতোম্বীদা বিলাসিনি মমা মচাগী ব্রাবী লিযু হাযবি, নুপী কপ কপতুনা ব্রাবী খবা লিবি - "ডাকু কাংবু অমনা কল্লকতুনা কাতু কাবল ঙাংদুনা লৈকাই পুম্নমকপু শাউনহনলে অদুদগী নুংদাং অমা বিলাসিনিবু চিংদুনা পুখিবা, য়ুম মৈ থাবা, হনুবী অদুনা য়ুম মৈ চাকপদা যাওখিবা অমসুং মমানা হনগৎ হন্দা মচাগী মৈচাক খাঙদুনা অঙাওবিগুম কোইচৎ চৎতুনা মাঙখিবা পুম্নমক লি।" স্নাখ্বাসি যাম্না শাউবে, অসুম্না হাযবকই - "ফবে অদু ওইববদি বাবুগী শঙ্গোয ষন পুনলিবসিদা ঐখোয় ৫/৬ তা মতম খবা লৈগে হাযববু যাম্না ব্রাই চিনগদ্রা ? ঐনসু নুপীনসু চপ মান্ননা

কবিগী চিনলুনি শঙ্গোয় অসিসু খাজিন খোচিন শেমজগে য়ুম অসিদসু পুন্না লৈমিন্নবা যাই হায়বগা হৌগৎলি, শঙ্গোয় অদু শেমজিনবগী ৱাখল তৌই। স্নাখ্বানা বাবুগা ঐগদি খুল অসি কোইকসি হাযবগা সিফাই অনি অদুদা মবোল খবা লোনখি, সিফাইশিং অদুনা সলাম তৌবগা অমনা শঙ্গোযদা চঙখি, অমনা থোংগালদা থাবিবা গাডী অচৌবা অদু মমায় ওন্থোকতুনা থৌদোকখ্রে।

ঐগা স্নাখ্বাগা কোন্থোংলোমদা থোবক্লে। স্নাখ্বানা হংবা মতুং ইন্না ঐনা কোইপু পুদুনা লম অসিগী ডাকু গুন্দাশিংগী য়ুম মথং মথং তাকই। মমিং মথাসু তাকই স্নাখ্বানা বই অমদা ইশল্লি। অসুম্না খুল মচা অসি কোইনা চৎপদা অহল খবনা ঐঙোন্দা লোন্না হংই - কবি যেংবা লাকপনো ? ঐনা থোইনা খঙদে হাযদুনা কযা তাকনিংদনা খুমই। স্নাখ্বানা অসুম্না খুমই - মনিপুরগী খুল পুম্নমক কোইনা চৎতুনা থবক শুদবা নহাবোন কাতু কাবন তৌবা, খুলদা অকাযবা পীবা মীকা লৈববদি মখোয়বু মিলিটরি ট্রেনিং পীবো হাযবা ভাবত সবকাবগী হুকুম অমনা পুলিস অমসুং মিলিটবিগী পল্লাব অনিমক পুদুনা লাক্লিবনি। খুল অসিদা কনাগুম্বা মীওই লৈবগসু তাকপীযু।

অহল অমনা - ইশ ! ইবুংঙো বাবু খুল অসিদা লৈবিবা মখোয ৩/৪ অসিদা পুবিখোবা, মখোয অসিবু লৈত্রবদি উনমুক চীক্লা পানবা য়াবা খুলনি। মহা চন্দালশিং অসিদনা খুলগী মিংচৎ থিহনলিবনি, মীগী ইনাক খুনবা ইমুঙদা ওইববদি ফৈ, মীগী নংথ্রবা ইমুঙদা চঙদুনা ওৎলিবা নৈবিবা অমদগী শেল খবা লৌ, হেক শিংবিদা, থৌকবে খৎনবা হেক হৌবক, ইকাইবসু খঙদে, জেলদা লৈবনসু মশিং খঙদ্রবনি। পুলিসনসু মখোয খবা অসিদা হনজিন হনজিন ফাববনিনা খঙনবমানলে হেক্তা থাদোবকই। মখোয অসিদা মবীন তক্লা অমুক্তং বাবক্লবদি হাযদুনা লৈনবিবনি।

অসুম্না খুলগী মী খবগা বাবী ৱাতাই তৌনদুনা কোইকুবগা স্নাখ্বানা হনজিনলসি হাযদুনা হনজিলকপদদি ঐখোযগী শঙ্গোয অসি কা অনি থোক্লা শেমলমই কা অমদি যাম্না ফজনা উই, যোৎকি চৌকি ৪/৫ মযাইদা টেবল অমা মখাগী লৈমাই অদুনা কাবপেট অমনা থুংনা থাই। ঐ পুঙক ঙকলুবে। সিফাইসু ১০ মুক শুবমই, হৱাগাডী অচৌবা অমসু শুমাং ময়াইদা থাবমই। সিফাই মযাম অদুনা চপ মান্ননা স্নাখ্বাদা সলাম তৌই। ঐনা খনলি, স্নাখ্বাসি যাম্না চাউবমানলে মঙোন্দা সলাম

তৌবিবসি ফনা চাউবসু ময়াওববনি। মাখ্বানা হাযবা মতুং ইন্না ঐসু অনৌবা কাদা ক্ষমই হেক ফমথবগা সিফাই অমনা চা কপ অনি চানবা খবগা পুশিনলক্তুনা থম্লে। মাখ্বানা মরোন ল্যোন্দুনা কবিনো খবা হাযখি। থুনমক সিফাই অদুনা টেবল মচা মমা পুবকতুনা কাগী মচি অমদা থমলবে, অদুদগী বেদিও অমা পুশিনলক্তুনা খোংলৈ।

মতাং অসিদা সখিতোম্বীনা থোংজিন মযাদা লেপ্লবগা - যাম্লুং ঐদি মবোন থঙনদে, মখোয়গী তন হৌবিব্রা, চাক থোংলিব্রা তৌবিবসি য়াম্লুংগীদি যাওরুবনু ঐখোযদা চাক হাপলে হাযবগা মখোযসু নোকই, ঐসু নোকই অদুগা কবি কবিনো খবসু ঙাংলকই। হোয়-হোয, ইচলসিদি মখোয়না হাপলবসু ঐনা চাদ্রগা লোইবে, ঐদি মৈতৈগী চাক য়েঙ্খাং চাদবা কুইবে, কবি যেঙ্খাং থোংলি ? যাম্লুং লব্রাই যেঙ্খাং হাযবদু তাবে, ঙাতেক ঙানৌ খবা ইনচিংবীদগী লৈকদুনা থোংলি, ইবোনবা অমসু যাওবি, চাকতি লোইববনি। হোয হোয, চাবসি অসুম্না নুমিৎ অদুমদি ব্রাবী ব্রাতাই তৌনদুনা খুলগী অহল লমন খবসু লাকতুনা লেনলে। পাখং ২/৩ দি লাকতুনা মমিং চনজববে।

——— (***) ———

# মী ফাবা নুমিৎ

নোং ঙানলকপদদি বাবু ঐদি পুমঙক ঙকখ্রবনি কবম্মা শিন্নদুনা তৌখিবনো ভাব লাম্ব ফংদ্রে, লৱাইদা লৈবা মীশিংদি ঙনতা হৌগৎপা ঙাক্তনি। ঐখোয় অমতা হৌগৎত্রিঙৈদা থবক পুম্নমক লোইবমলে। কবিনো মবাং মবাং তৌইদা হায়দুনা হৌগৎলকপদদি শুমাং অসি মীনা পিক হেক্তা থনবনি, থনাগী সিফাই খবসু যাওই। খুলসিদা ফত্তে হায়বিবা মখোয় ৬/৭ অদু ফাদুনা থনমই। স্নাখ্বানা কবম্বা মতমদা হৌগৎখিবনো খঙদে, ফীবোন চপ চানা শেৎতুনা অদুম লৈবমই। মখোয় মযাম অদু অমমমতা কৌশিন্দুনা স্নাখ্বানা ৱা হংই, কবম্মা খঙবনো খঙদে, মখোয় মবিদমক পুখি, অতৈদি লোইনা থাদোকলমই পুখ্রিবা মবিদো ফৎখ্রিদ্রবা ঙাক্তনি । মখোযবু থনাগী গাডীদা হেক হাপকৎখিবদা খুলগী নুপী অঙাং পুম্নমক কলক হেক পেন্নে, অদুবু শাথিববা মী অনিদি চিৎথবি হায়না খুলনা অদুম মঙাংনৈ। স্নাখ্বানা মীনা ঙাংনবিবমখৈ তাশিনলি ৱাদি অমতা ঙাংথোক্তে। ঐনা হংবদসু তুমিন লৈখিসি হায, অসুম্মা নুমিৎ অদুগী থবক লোইবে।

মথং নুমিৎকি নুমিদাং পুং ১১ বোম তাবা মতমদা স্নাখ্বানা ঐবু হৌদোবকই, ঐসু ইফিং ফিংনা হৌগৎলি, ৱা যাম্মা ঙাংনদে। স্নাখ্বাগা ঐগা অহিং অদুদা তুমিন চৎলগা নহান ফাহৌদবা নুপা ২ অদুগী যুমদা চঙগদর্বনি হাযবা ঐ খঙই। ঐবু মফম অমদা তুমিন্না লেপতুনা লৈবমউ হাযবমলগা স্নাখ্বাসি মতোমতা লৈবক অমদা চুমদ্রিং চঙশিনখি, পুং ১ বোম থোবকত্রে, নুংশা থিদুনা মতুং ইনলুসিবা খনলি। মফম হোংবা ফত্তমাল্লে খন্দুনা পুক্লিং ইলাং লাংনা অদুম লৈবে। পুং ১ বোমসু অমুক হৌখ্রে, ঐ লৈফম খঙদ্রে। যুমদা হনলগা সিফাই খবদু পুবগা অমুক লাকপনা ফবদ্রসু খনলি। নিংজিং মাংজিং হনগৎ হন্দা চৎতুনা লৈবিঙৈদা স্নাখ্বানা মখোয় অনিমক পুন্না ফাদুনা পুথোবকই। অনি অদু অহানবদদি ঐবু শক খঙলমদে, যুম যৌববা কান্দদি খঙলক্কদুনা তাদা খবা উপাই তৌবিযু হাযবে। ৱাসি তাবদা সখিতোম্বীনা কবিগী উপায়, খোংহাম্পাত্তা নখোযনা ঐখোযবু উশিত্তদুনা তৌখিবদো নিংশিংউ, নহান্দবু চেনবা কনবগী হিংজহৌবনি, হৌজিক্তি চেনবসু যাববোই ৱা অসি স্নাখ্বানা থদৎতুনা

ঙাংহনখিদে, মাগী সিফাই ময়াম অদোমদা ওনশিনদুনা মখোয় অনিসি হৌজিকমক পুখ্রো হায়দুনা অহিংদুদা অদুম পুহনখ্রে।

ঙাইহাক ঐখোয় মশেন ব্রারী তৌনরিঙৈদা নোং ঙাম্থোরক্লে। ঐখোয় অমুক তুমনদ্রে। মাখ্বানা ঐখোয়গী খুলগী পুক্ষি অচৌবা অসিদা থোক্কুনা ইরুথোকলুরে, ফী অমা হোংদোক্কুনা সখিতোম্বীদা - ইবেম্মা সখি ঙসিদি ইচলনা থোংবা চাক চাখিগে অদুগা চৎখিবা তারে। ঙহাক লৈরগা ঐবু লৌবা লাকলনি, মাগী সিফাইশিংদা অমুক ওনশিনলগা য়াম্না চাউবা মিলিটরি আফিসার অমা লাক্কনি, মখোয়গী থবক নিংথিনা তৌনবা হায়খি। সখিতোম্বীনা কয়া কুইরগা অমুক লাক্কদগে হংবদা মাখ্বানা হায়রম্বগী হায়রবদি লাকপসু য়ারে। চাক খরা-খরা চানরগা নুংথিল তুম্বা ওইনা মাখ্বাসু ঐসু ঙাইহাক ঙাইহাক তুম্লসি হায়দুনা তুমনৈ।

ঐদি খরা কুইনা তুমথোকলুরমানলে, হৌগৎলকপদদি মাখ্বাসি মাগী কাদা রেডিও তাদুনা লৈরমলে। ফুরিৎ অমতং লিৎশিনলগা রেডিও তারুগে হোৎনরিঙৈদা ফীরান অঙাংবা থেৎপা জীপ অমা তপ্লা থৌজিনলক্লগা ঐখোয়গী শুমাং মচিদা থারে। য়াওরক্লিবা অচৌবা আফিসার অদু ময়াংনি। মানা জীপতগী কুমথরক্লগা মাখ্বাগী কা অদোমদা চঙশিনলকই। মাখ্বাসু মিলিটরিগী ফীজেৎ শেৎতুনা থোরকই, চপ মাননা সলাম তৌনৈ খুৎ শোকনৈ, কনানা চাউবনো খঙদে।

ঐনা হায়ফেৎ য়েংবদদি শেৎলিবা ফীজেৎ উপলিবা টুপী চপ মান্নবোই নিংই চহিদি ময়াংদুনা খরা হনলগনি। ঐখোয়গী মাখ্বাসি মিলিটরিগী ফীজেৎ শেৎপদি ওম্থোক্লা ফজখ্রে লেমখ্রে; নুমিৎ অদুদা ঙাইহাকতংদু উহৌই। অনিমক তুং-মাঙ ওইনা কা অদুদা অমুক চঙমিন্নখি। সিফাই খরা অদুনা চাবু পুশিনবনে, চানববু হোৎনবনে ঙাইহাক অদু মখোয় পুন্নমক পুমনোম নোম্মি। পংকুই কুইনা ফমলমদ্রে; তুং মাঙওইনা অমুক থোরক্লে। ঐঙোনদা বাবু ঐ চৎলগে হায়রগা ১০০ গী নোট খরা পী ঐনা লৌরোই হায়, নুপীনসু লৌরোই হায়, মাখ্বানা নমদুনা পীরমই। চৎলমদাইদা ঐগা খুৎ শোকনৈ, ময়াং আফিসার অদুনসু মখুৎ তিংথোরকতুনা খুৎ শোকনৈ। মখোয় অনিমক জীপতা কাখৎখ্রে, সিফাই খরা অদুনা পরেং শানা লেপ্লগা চপ মাননা সলাম তৌই, মখোয় অনিমক চপ মাননা ওকই। ড্রাইভর গাড়ী থৌখ্রে। ফীরান অঙাংবদু ফর-ফর হায়দুনা চৎখ্রে।

—— (***) ——

# মশু-মপুগী ৱারী

নোংমা অয়ুকনি। বিলাসিনিনা মপুবোক্কী মনাক্তা চঙলক্তুনা ফমলরে - ইপুবোক, ঐ করিগুম্বা অমতং হংনিংই। বিলাসিনিগী ৱাসি হেক তাবদা মপুবোক মরু লুকথৈ। বিলাসিনিসু ৱা পাক ঙাংবা ঙমদে। অহল অদু মশুগী শকফম অদু উবদা মতোমতগী ৱাখল পরিং অমদা খনখিদুনা মশুনা হংগদৌরিবা ৱা অদু হান্না খঙবগুম্না মশা পুন্নমক অদু মৈশা লাংলক্লে। মশুগী নৌরবা মায়থোং অদু য়েংবা ঙমদ্রে অদুবু তুমিন লৈথোকপদি য়াদবনা অসুম্না খুমলকই - ইবেম্মা ইপুগী পুন্সি অসি পোৎলুম অমদি অসুম লোইনরক্লবনি। ঐগী নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিদা করম্বা অৱাবা তাখিবা, য়ুম পানবগী হৌনবা নুপী অঙাং ইচা ইশু পুন্নমক লৈরমলিবনি। কনানা তম্বা ঙমগনি, ইচা ইশু করিমতা লৈতবা অতোপ্পা তাইবং অমদগী লাকতুনা নখোয়গী সংসার অসিদা খুন্দারবগুম ইতোমতা লৈররিবসিনি; ইশু-ইপু পুল্লরবসিনি।

মীওইবা পুন্নমক নিংবা কায়বা লৈবা ঙাক্তনি। ইশুসিদি ইনাক খুনবতনা নুংঙাইবা হায়বদু ওইবা নত্তে, তাইবং মীগী মিৎয়েং অমদা নুংঙাইবগী শকফম্বু ইনাক খুনবনা ওইরবোই নিংবতনি। নিংবা কায়বনা মমা-মপা শিবনা ওইরবোই নিংবতনি। নংগুম্বী মহে মতিক চানা হৈরবী, সমাজ অসিগী অফবা শরুক য়ারিবী অমনা ইমুঙ মনুংগী ওইবা ঙাইহাক্কী অৱাবা অমবু মিকুপ খুদিংগী নিংশিংবা হৌনদে। নংনা নৌনা নমা কাইনখিবদুদা সংসারসি তংখাই অমা হোরবোই নিংলি। তাইবং সমাজ অসিদা মপুং ফানা মহে তম্বা ঙমনবা হোৎনরিবসি অতৈ করিগীসু নত্তে অয়ুক নুংদাংগী অৱা অনাসি পুবা ঙমনবা অমসুং মী ওইবা সমাজবু তুং ফাওবা অৱাংবা থাক্তা পুখৎলম্বা ঙমনবগীদমক্নি। নংনা মীওইবা পুন্নমক্লা খাংবা ঙম্বা অৱাবা অমা পুঙমদবসি উবদা ইপুসু নুংঙাইবা ঙমদ্রে। ইশু-ইপুদা লৈবা ইমুঙসিদা ৱা লান অমতা ঙাংনদ্রে - অৱাবগী কোকথোং অমমম পুদুনা লৈনরে।

মপুবোক্কী ৱাসি তারগা বিলাসিনিনা খুমলকই - ইপুবোক মীওইবগী পুন্সিদা ওইথোক্তবা কয়া ওইথোকপসু ময়াওই। থাঙ্গৈশেংনা মিৎনা উহৌবমক্তি নৎতবনিনা

পুক্লিংদা চিংনবা অমা লৈদুনা ইমাগী ব্রাখল থাদোকপা ঙমদবনি। লাইনা লশ্বী তাকপিবকপা ওইনা ঐগী মকুপ অমনা লমজিংবিবক্তুনা ঐবু ইমাগা উনহল্লে, অদুগী ব্রাবী অদু ইপুবোক্তা তমজগে তৌবনি। কবি, কবি হায়বা, নঙগী নমাগা নংগা থেংনবে হায়বা ! লিযু, লিযু, কমদৌনা থেংনবিবা তাসি।

বিলাসিনি - ঐবু পোকপি ইমা অদু হৌজিক হিংলি, নাদুনা লৈ, ঐ ইশামক উববনি; অদুগীনি হন্দক মবক ডাক্তব সোবোজিনিগা কোইচং চংলিবসি, ঙাইখো নুপীমচা শোইদ্রেকো নংগী নমা লৈ হাযবসে, ইশ! অদুবু ওইববদি ইপুদি খুৎনা স্বর্গ লাম্বা ফংলবা হাযবদুনি। ইপুনা দিবা নিশিদা লাই নিংলিবসি নংবু কনাদা শিনবমগদগে অসিদনিনে। ঐদি ঙসি হযেং খঙদ্রবা চহিনি, নংবু অমুক মফম খঙদনা হুন্দোক্লম্বা থোক্লবদি ... ব্রাফম অসি হেক খনলুবদা পোৎলুম হাযবদু ওইবিবনি। ঐনা হান্না তাকবা পাউ অদুনা কবম্বা পাউনো ?

ইপুবোক্লা তাখিবা পাউদু মী খবদি হৌজিক ফাউবা থাজনবি। ঐনা মমাংঙৈদা লিখিবা ঐখোযগী ইমুঙদা ডাকু কাংবু চঙলক্তুনা ঐবু নমদুনা চিংবা, খৌপুম তম্পাক তান্না পুবকপা খোংফম অদুদা ঐগী ইমানা ঐবু জীপতা হাপতুনা পুখিবদু উবদা গাউীদা কন্না যান্দুনা লৈবে, অদুদা নুপাশিং অদুনা ইমাবুসু চিংখৎলগা পুবে। মাইল অমমুক লাপ্পা পুবগা ইমাবু লমহাং অমদা হুন্দোকলমই। অসোমদনা অশোনবী অবোক অমা ইমুঙদা লৈহৌই, যু ঙাওবা খবা অদুনা হনুবী অমা ইমুঙদা লৈবি হাযবা কাউদুনা ইমা-ইচা অমুক লৈবদনবা হাযদুনা যুম অদু মৈ থাদোকপনি। অসুম্না অবোক অদু মৈনুংদা শিবে।

লৈকাইগী মী অযাম্বনা ঐখোযদা হনুবী অমা লৈ হাযবসিমদি পংখঙ খঙদে, শিবিবা অদু ইমানি হাযনা শন্দোকখ্রে। থৌদোক অসি থোকখ্রবা মতুংদা ইমাসি হনজিনফম খঙদ্রদুনা কোইচং চংলুবে। সখিতোম্বীগী ইমুংদসু মতম খবা লৈবমই, অদুদসু পুক্লিংগী পোৎথাফম খঙদ্রদুনা ঐগী খোংগুল লিবিবনি হাযদুনা নোংমগী অহিংদা সখিতোম্বীগী ইমুঙদগী লোন্না চেম্বোবক্তুনা মফম খঙদনা কোইচং চংপা হৌববনি। ঐখোয়বু লুনা তৌবিবম্বা অবোক অদু কাযনবগী অমবোমদা ঐগী লৈফম খঙদবগী অব্রাবা মৈনা চাকতুনা অঙাওবীগুম শোবোক্তা চংলবদা নোংমা মী কুঙবা মফমদা গাউীনা শোক্তুনা তুবে। যাম্না মীনুংশি খঙবা নুপা অমা থেংনদুনা ইমাবু ডাক্তবশঙদা থম্বীবে।

ইমাগী মনাক্তা কনাশু লৈবিদবা, য়াম্না তোন্না লৈবা মওং অদু উবদা ডাঃ সোরোজিনিনা মরন্নাই ওইনা য়েংলগে খন্দুনা ময়ুমদা পুথখিবনি। হৌজিক সোরোজিনিনা য়াম্না কন্না লায়েংলি ইমানদি ঐবু খঙদ্রি, ঐনদি ইমাবু খঙলে। ইমাসি হৌজিক খরা-খরা ফরক্লে, মীহুন ফাওবা চোইরুরে হায়। সোরোজিনিনা ইমাগা ঐগা অমুক্তা মাইয়োক্লহন্দে। ঐবু খংউ হেক উখিবদা হরাওখিবদগী করিগুম্বা অমা তৌখিবা য়াই হায়বদগীনি, লায়েংবগী হিদাক্লা ঐনা ওইরি, সোরোজিনিনা ইমাদা অসুম্না হায় - "ইমা নংগী নচানুপীনা চিঠি পীরকই, মহাক হৌজিক কলিকটদা লৈ, য়াম্না থুনা থোরক্লনি অসিনচিংবা হায়দুনা ঐনা ইবা চিঠি অমা হেক পাবা, ঐগী হৌজিক হৌজিক্কী ফোটো খরসু হেক উহনবা অসুম্না মপুক্লিং নুংঙাইহনলি। ঐনা লৈরকপনি হায়দুনা ফী রোন খরসু পী," অদুদবু ইমানা শুকথা থাদোক্তে। হৌজিক্তি ইমাদা য়াম্না তপ্পা মীওইবগী ব্রাখল অদু লৈরবনি হায়রি।

ইমানা ডাক্তরদা হংই ঐনা লোন্না থংনবা কাদা তাই - "ইবেম্মা ঐগী ইচা অদুবু ফৎত্রবা কাংবু অদুনা ফাখিবদগী হনুবা অমনা কনবিহৌবা, ইচাবু ঐনা শেমগে নিংবা অদুক শেম্বিরম্বা, ইমাগী মফমদদি ঈশ্বর হায়বদুনি। মাবু অমুক্তং মখোং শোক্লা খুরুমজবা ঙমনবা ঐবু লায়েংবিয়ু। ইচাগী মনিং থুংজরবা মাইথোং অদু অমুক্তং মিৎ অসিনা য়েংজরগা মাবু শেম্বিবা ঈশ্বর অদুগী খুয়াদা তুজরগে অদুদগীদি সংসার অসিদ: অমুক লৈহনলরোই হায়রবসু য়ারে।"

সোরোজিনিনা খুমই - ইমা অদুম হায়না হায়গনু, নংগী অনাবা ফরবনি। ইমাগী হান্না মাইহিং কারম্বা অদু ফাউবা পুমকোক কোক্লবনি। য়েংউ মিংশেল অমা পী। ইমানা মিংশেল য়েংই, নোকফেৎ তৌই, থাঙ্গৈশেংবসু ইমাগী মশক পুমওন ওনলে, মাইগী মাইহিং কোকখিবদা নত্তনা ইনৌ নৌবা ঈ অমা হাপলবগুম মশক অদু তনৌ তনৌরে। ইমানা মিংশেল অদু য়েংনা য়েংনা ডাক্তরদা হায় - ইবেম্মা ইমাবু অমুক্তং হৌগৎপা ঙমব্রা য়েংগেনে; অনৌবা আশা অমা লাকমানে ইমা কনখৎলকই, হৈনিংবা পোকই। ইমা ঙাইখো হৌজিকমক্তি হৌগৎখিনু হায়না খামই। অদুদগী ইমানা ফবে ঐগী ইচানুপীনা থোরক্কদবা নুমিৎ কয়ানি ব্রাৎলিবগে ? সোরোজিনিনা মানা পিজরিবা হিদাক্কী নুমিৎ পারগা ১০ নিদা ঙাইরে লাক্কদবা, থুনা থোরক্লবা ইমা নারি হায়খোরোও।

ইমানা নত্তে-নত্তে, ইবেম্মা ইচাদা মথৱাই নুংঙাইখিবোইদবা ৱা অমতা হায়বিখিনু। নুমিৎ ১০ নিবু খঙহৌবা নত্তে, মানা থোরক্লিংবা নুমিত্তা থোবকশনু। ঐগী ইচা নুপীনা এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ পাস তৌরে, মনিপুরদা থোরক্লগা কোলেজগী ওঝা ওইবগনি হায়বা ! মসিদসু নত্তনা মাবু শেম্বিরিবা অহল অদুনা মাগীদমক্তি হায়দুনা ফজবা দলান অমসু শাবিববা পাউ অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করম্বা পাউ অমা অমুক তাখিনি। ইবেম্মা ইচানা পীরকপা চিঠি অদু অমুক্তগা পাখিগে ইমাদা পীয়ু, অদুগা ইচাগী ফোটো অদুগা পীরমউ। নংসু চাক ঈশিং চাথোকলুবো, ঙসিদি ইমাগী পুক্লিং অসি য়াম্না নুংঙাইরে। হৌগৎতুনা চৎথোক চৎশিন তৌবসু ঙমলদ্রা খনলে, অদুবু নংনা তৌখিনু হাযবনিনা ইমা অসুম হিপখিগে।

সোরোজিনি - ইমা নঙ সখিতোম্বীগী ইমুঙ অদু নিংশিংলিব্রা ? করিগী নিংশিংদনি, নুংশিখ্রবা ইচানি। নংদি করম্না খঙই। বিলাসিনিনা ঐঙোন্দা চিঠি পীরকই, মাগা যাম্না চান্নবা মকপনি হায। ঐসু মাগী লম অদুদা চৎতুনা উনরুরে। ইমাগী পাউ তাবদা মাদি কপই, ইতা ! বিলাসিনি হায়দুনসু কপই। মাগী নুপা অদুসু য়াম্না নুংশি, ইচম চমই, ইমাবু উনবা লাক্কনি হায়। ঐনা "নখোয তয়ারি তৌদুনা লৈরমউ গাড়ীনা লৌবিবগে হায়বমই" ... কৈদৌবে ইমা পি তাববদি ...। ইমানা মপি তৈথোকই, ইবেম্মা ঐখোয়বু মচাদা মচাগুম মশুদা মশুগুম কোনবিরম্বা ইমাদো নিংশিংলকই। মশুনুপীগী পাউ অসি ইমাদুদগা লোযননা তারবদি ... ইমা মপি অমুক তৈথোকই। ইমানা অবোক্কি ৱা পনলকপদুদা ঐসু মিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। ঐদি ইমাগী গর্ভদগী অবোক্কী তম্পাক্তা চাওবনি। সংসাবসিদা অবোকতুগী কনাসু লৈতে, মাগী হাযবা পুম্নমক্তো ঐ অসিতনি। বিলাসিনি মখুৎ অনিনা মমায খুমজিন্দুনা মমিৎকী পি মেননা-মেননা হীক-হীক কপই।

——— (***) ———

# স্নাজাউবা, সোরোজিনি উনবা

ইবোচাউবগী য়ুমনি, মাঙ্গোলগা হেক থংনবা ইমুঙগী কা অদুদা স্নাজাউবা মতোমতা ফমদুনা খবর পারি। কা অদুদা লিগী চৌকি মরিখক্লা টেবল অকোয়বা মচা অমবু ইকোই কোয়শিন্না থারি। কা অদু থোইদোকপা লৈতেং তৌদে, মাঙ্গোলদসু উতেক খরা মচিদা পৈদুনা লৈ। দাড়ী অমসুং ফক্লাং উনা-ব্রানা থেংখিবগী ইকাই কায়রি। মতম কুইনা থবক শুফম কারখানা ওইরুরে, কা অমতং শেংদোক্লুনা মী লৈনবা শেম্বদনি। মাঙ্গোলগী থোঙদা পর্দা অহনবা অমা থাদৈ, ইমুঙগী থোঙনা অদোমদসু পর্দা অমনা খনজিনখিদুনা ইমুঙগী কা কয়ামরুম অদু উহন্দে। য়ুম অসিদা স্নাজাউবা ইবোচাউবা অমসুং তোম্বা লৈ।

স্নাজাউবসি ইংলিশকি খবর অমা পাকনা ফাকতোক্লুনা মশা পুন্নমক পুমখন খনজিন্দুনা চৌকি অমদা ঙাথদুনা ফমলি। অয়ুক্কী পুং ৯ লোম তাবা মতমনি, সোরোজিনি মাগী কার থৌজিনলক্লুনা শুমাং মচিদা তপ্না থাররি। গাড়ীদগী কুমথরক্লগা য়ুম অদুগী মওং মতৌ অদু য়েংলি। মতম অমদা য়াম্না নুংঙাইনা তনান তনান পানলম্বগী মমি মাংদ্রি। হৌজিকনা লমহাং তুহাংদা লৈবা য়ুমগুম উরে। য়ুম অসিগী শকফম অসিমক্লসু মাগী চান্নরবি মতা বিলাসিনিনা লিখিবা, ইমুঙ অসিগী মীশিংগী অব্রাবা ব্রারীদু লিরি। অব্রাবা তানখিবা মীওই পুন্নমক ইমুঙ অসিদগী থোকখিবনি হায়বদা য়ুম অসিনসু চঙলক্লিবা সোরোজিনিদা পাউ তমলি। সোরোজিনিনা তপ্না তপ্না য়ুমলোমদা চঙশিললকপদু তোম্বনা উরদুনা অসুম্না কৌরকই।

করি থবক্কী ওইরবনো ? সোরোজিনি - য়ুম অসিবু ইবোচাউবখোয়গী য়ুম নৎত্রা ? তামোগা অমুক্তা উনজগে লাকপনি। তোম্বা - য়ানি, তামোসু ইমুঙদা লৈ, লেঙশিনবিয়ু। সোরোজিনি করি ব্রাখল লাকপনো খঙদে মশাদা ইখঙ খঙহৌদনা তু চুংই, নুংশিবা মরুপ উনগদবগী খুদম অমা ফাউবগুম মশাগী মিহুন চোংই, মশা অদু নুপী ওইবগী তথক তথকপা অমসু তৌই। ঙাইহাক্কী ব্রাখলদা মপুক্লিংদা তয়াং

তশোইবা পোকতুনা ইচং থৌবা খবা হল্থখিবগুমসু তৌই। দাডী কাখৎলি, থোঙগী পর্দা হায়দোকই, স্নাজাউবনা মশা পুম্নমক খবরনা খনজিন্দুনা লৈবদু উবদা পাক চঙবা ঙমদে। মতৌ অদু উবদা শুমাংদা লেপলিবা তোম্বনা - খোন খবা কনলপ্পা - হেক্তা লেংশিনবিয়ু যানি হায়। তোম্বগী খোঞ্জেল অদু হেক তাবদা স্নাজাউবনা পাবিবা খবব অদু হেক হায়দোবকই, সোবোজিনিনা মখুৎ নামনা পর্দা হাযদোক্কুনা থোঙজিন্দা লেপলম্বদুগা চপ চানা মাইযোক্লকবে, ঙাইহাক মিং চানৈ। স্নাজাউবগা সোবোজিনিগা উন্নবসি নুমিং অসিনা অহানবনি।

সোবোজিনি - ইশ ! মপুক্লিংদা শোনজবনি, মমায ঙাংতক তৌই। স্নাজাউবা ফুক হৌগৎলি - লেংশিনবিয়ু, মখুৎনা অহাংবা চৌকি অমদা থিনলি। যাম্না ফনি হাযবগা সোবোজিনি চৌকি খজিক্তং চিংথোকখ্রগা ফমই। স্নাজাউবা মতোমতা লৈবম্বগী ইচম চম্বা ফীজেৎনি, নানলবা লোং পেন্ট অমা, অঙৌবা পাম্বোম যাওদবা মোজা ফুবিৎ অমা লিৎলি। মশা অদু ঙৌবোক ঙৌই, মতম কুইনা ফুবিৎ থাদোক্তবগী ঙৌবদুনি; মথবাক্তা মতু খবসু হৌই। নুপী অদুগী মমাঙদা ব্যবহাব কাযবে খন্দুনা নাকন্দা যানলিবা থবাক খাইবি ফুবিৎ হাফ সার্ট অদু থুনা মখুৎনা লামদুনা লৌগদবগী হৌগৎলি, ফুবিৎ অদু পাযদুনা লিৎশিনগদবগী হোৎনৈ। সোবোজিনিনা মপুক্লিংদা হাযবি - "ফুবিৎ লিত্রবসু ঙাইহাক্তং ফম্মিন্নখিসিবা ! অদুক ফজবা শবান অমসুং কুচু অদুবু উহনবা কৈদৌবগে, ঐখোয নুপীসু নুপাগী ফজবা শাবান মুর্তি যেংনিংই।"

স্নাজাউবনা ফুবিৎকী কুদাম পান্না-পান্না মমায ইমুঙদা ওনশিন্দুনা তোম্বা চা লোল্লিব্রা? ইমুঙদগী তোম্বনা পুথোকচবক্লগে খুমলকই। স্নাজাউবনা ফুবিৎ লিৎশিনলি, চৌকিদা নিংথিনা মওং চুম্না ফমথবে, সোবোজিনিদা ওনশিন্দুনা - কবি তাকপিগদবনো ? ব্রাহৈ অসি হেক তাবদা সোবোজিনিসি মশাদা ঈশিং চাইশিনলকপগুম মমিৎ মনা খৎশিং শিংই।

ঙসাইমখৈ স্নাজাউববু লোন্না যেংজবম্বনি, হৌজিক্তি স্নাজাউবনা মমায লৈশিনলক্লবসিদা মাগী মমায লোৎলি, মপুক্লিংদা খনজৈ - মাগী পুক্লিংসি কযাদা পাপ চেনখ্রবীনো, মাগী নুংশিববী বিলাসিনিগী কাদা মানা খনলুবিবসি চুমব্রা? যাম্নসু ইকাযবা ব্রানি, মপুক্লিংগী চবাংনবা ঈহৌ অদু ফাজিনলগা যাম্না লেম্না খুমলকই
"ঐহাক তামোনা থিবিবিবা কেশ অদুগী মচাক পুম্নমক পুথোকপা ঙম্বা উকিল

অমনা থাবকপনি। উকিল অদুনদি তামোবু মুন্না খণ্ডই, কেশকী মচাক খবা ব্রাৎপনা কলিকটা হায়কোর্টতা চৎতবনি হায। চা ফানবা ওইনা নোংমতং কোইথোকপিবক্লবদি কেশকি অব্রাৎপা মচাক ফংবিবা য়াগনি হাযবকই। উকিল অদুনা তামোবু অমসুং কেশ অদুবু খণ্ডবসিদি অশুক্কী মতিক খণ্ডখ্রে - ব্রা পুম্নমক মঙোন্দা লৈববনি হায।”

তোম্বা চা পুথোবক্তুনা টেবল মথক্তা থম্মই। স্নাজাউবনা - চা অমুক্তং ফানখিসি ঐখোয়সু মদুদা খন্নদুনা লৈবিবনি, যাম্না নুংঙাইজখ্রে, চা কপ পাযখৎলি। ও ... চা কপতু অমুক থম্মই, সোবোজিনিদা যেংলগা চা ফানবিবমউ মতম মাংদনবা ঐ অমুক্তং হৌগৎচকগে হাযবমলগা ইমুঙগী কা বোমদা চঙখি। সোবোজিনিসু চা থক্তে, কা অদু মনিং তম্না যেংই, মশাগী শ্বোব চনিং চমাং তানা হোন্দোকই অমসুং খনলি - ঐগী অহানবগী শকফম অদু কাযখি, খণ্ডলমলবদি ইকাইজখ্রেদা। হন্দক্তি যাম্না চম্না ব্রাবী শাবগে মশা অদু শেম শাদুনা লৈবে। মতাং অসিমক্তদা ইমুঙগী কা বোমদগী পর্দা হায়দোবক্তুনা মশা নানস্ত্রবা, মবেপ ব্রাংলপ্না উবা নুপা অমা লাইবিক অমা পায়দুনা চঙলক্লগা সোবোজিনিদা ওনশিল্লকই, লাইবিক অদু পাযনা পাযনা নমস্তে, ঐবু থিবিবকপনি হায, খণ্ডজদদুনা মপান্দা লাইবিক পাজকবে। লেংশিনখিবসু উজহৌদ্রে হায়বগা হান্নগী নুপা অদুনা ফমলম্বা চৌকি অদুমক্তদা ফমথখি। চা ফানসি ইংখ্রনি হাযবগা হান্না লৈবম্বা চা কপ অদু পাযদুনা থকই।

সেবোজিনি মশা অদু চৌকি মনুংদা খবা লেংই, মমিৎ অদু ইঙক ঙকনা যেংই, নমস্তে ! মচিনদগী খণ্ডহায হাযদোকখি, মক লুকথৈ হন্দক্কী অসিনা ইবোচাউবা ওইবা তাববদি হান্নগীদুনা কনানো মপুক্লিংদা থিবা হৌবকই, খণ্ড্রিফাওসু থিবগে খনলি। নিপা অনির্সিমক্তি ওস্তোক্লা মান্নখ্রেদা ! মুন্না যেংশিনলগা হান্নগীদুনা পিশুম শুক্তক তৌই, মীনা লাকচবা যাদবা নুপাগী শুন অমা চেনলি, যেক্লববু খুদক্তা চাকথেকপা ঙমগদবা মৈবিগুম উই। হন্দক্কী অসিনা মীঙোন্দা অকিবা শকফম উহন্দনা অচুম অবান পুথোক্তুনা মীবু লমজিংবা ঙমগদবা শুন চেনলি, চঙজবকপা য়েক্লববু তবাম-তবাম ওর্কপিগদবা ধর্ম্ম চেনলবা মাযথোংনি। অতোপ্পা খেন্নবা অমনা হান্নগীদুনা কোই খাকই, মযা যাতোন ঙাংলপ্না উই। অকোনবগীসিনা মমিৎ অমসুং মযা যাতোন লংত্রিক লংই। মসিদনি খেন্নবা অতৈ পুম্নমক চপ মান্নে।

সোরোজিনিনা অমুকশু খনলি - মাগী মরুপ বিলাসিনিসিসু করিগীনো নুপা অনি লৈরমগনি, অদুনা অদুনি অদুনা আদানি হায়রক্তে। মাসু কনানা খঙগনি অসুক মীথোই মীহেনবা ঙাক থেংনরুনি হায়বদি। স্নাজাউবা চঙলক্কুনা মখোয় অনিগী মরক্তা ফমলরে, মখোয় অহুমসু থোইদোকপা ব্রারী পংশা শানদ্রে। মখোয়গী হায়ববু নোংমা সোরোজিনিনা শিন্দুনা উকিলগা উনহল্লগা ইবোচাউবনা কলিকটা হায়কোর্টতা কেশ পুখিবা অসিনি। বিলাসিনিনা ইবোচাউবদা চিক্লা তমলমউ হায়বা পাউদুসু নুপা অনি অসিগী ইচম চমথোকপা ইফোং ফোংদোকপা মতৌ অমা উবদগী সোরোজিনি তম্বা ঙমদ্রে। মতোমতা কুইনা ফম্বা ইকায়জরদুনা চৎচরগে হায়রগা সোরোজিনি হৌগৎলি, স্নাজাউবা অমসুং ইবোচাউবসু হৌগৎতুনা পুলপ্লা থোরক্লে। সোরোজিনি কার তোংখৎখ্রে, মমিৎ অদুনা স্নাজাউবদা খিৎতং য়েংলমলগা ইবোচাউবদা ওনশিন্দুনা নমস্তে, মখুৎ খজিক্তং থাংগৎলগা স্তারিং পায়খ্রে গাড়ী থৌখ্রে, ইবোচাউবসু নমস্তে মখুৎ থাংগৎলি। স্নাজাউবনা গাড়ী থৌখ্রিবা সোরোজিনিবু য়েংদুনা লৈহৌই।

——— (***) ———

# ইবোচাউবা বিলাসিনি উনবা

সোবোজিনি কাব থৌই, ইবোচাউবনা তুংদা ফমই। মফম কদাযদা পুগদৌবিবনো খঙদে, ইবোচাউবনা খর্নলি, কেশকি মবীদা নিংথিনা খঙলবা উকিল অমগীদা পুবিবনি হাযনা, সোবোর্জিনি গাডী খামখ্রে। গাডীদগী থুনা কুমথবগা ইবোচাউবগী তুংগী থোঙ হাংদোকই - তামো, মফম অসিদা ঙাইহাক্তং পোথাখিসি হায়বগা মানা মাঙ থাদুনা হান্না হাংদোক্লুনা লৈবমলবা মী ফম্ফম কা অদুদা চঙমিন্নখি, ইবোচাউববু ফমহনলমলগা সোবোজিনিনা মনুংগী কাদা চঙখি। ইবোচাউবা মতোমতা নিংথিনা লৈতেংলবা কা অদুদা ফমই। ইমুঙ অদুদা কনাসু লৈতবগুম তৌই, সোবোজিনিগী লৈফম ওইবমানলে খনলি। টেবল মথক্তা লৈবম্মা নুমিৎতুগী খবব অমা লৌখৎতুনা পাবি।

সোবোজিনি থোবক্তুনা ইবোচাউবগী মাইযোক্তা ফমলবে। তামো, সোবোজিনিসি কযা তৌঙমখ্রবিনো? ঐনা তামোবু লৌনম তৌদুনা মফম অসিদা পুজবকপনি, ঐদি নুপীনি, তামোগী কেশকী মবম, উকিল উনবগী মবম কবিসু খঙজদে। তামোগী আইন হৈবগী অনৌবা মিংচৎ অমা হন্দক্তা মনিপুবদা শন্দোবকপসিদা শক খঙনজনিংদুনা পুজবকপনি।

সোবোর্জিনিগী বাসি তাবদা ইবোচাউবনা খনলি সোবোজিনিগী মতৌসি কবিনো, মাগী ব্রাখল, পুক্লিং যাম্মা ইচং থৌমনলি। ঐহাক সমাজ অসিদা পোকপনি, সমাজ অসিদা চাউবনি। "লৈবাক অমগী চাউখৎপা চাউখৎতবগী থাকসি নুপা নুপী লোযনবগী মওং যেংলগস্ লেপ্পা যাই। চাউখৎলবা সমাজ অমদা নুপা নুপী অবোনবা বাবী খবগীদমক তোঙানবা মফম অমা থমনদে। মপা মচা মচিন মনাও, মকুপ মপাং অসিনচিংবা মযামগী ওইবা অপুনবা মফম অদুদা মখোযসু পুন্না ফম্মিন্নৈ অমসুং ব্রাবী শানৈ। সোবোজানগী ঙসিগী ব্রাসিদা লেপ্পা তাববদি মনিপুবসি চহি খবা অসিগী মনুংদা খংহোং হোংলমলব্রা ?

সোবোর্জিনি নোকফেৎ তৌবগা, তামো থোইনা কিবিবকখিনুদা ঐগী ব্রাদু যার্বিনিংদে হাযবা খঙই। অপাম্বা অমতংদি তাকপীযু। নুপী অমনা নুপী অমগী মনিং

থুংনবা হোৎনবদা কযামুক থৌনা ফবগে হাযবদু সোবোজিনিদগী খণ্ডবিহৌ। কবিগুম্বা তামোগী অপাম্বা অদুসু হাযবিহৌদবা তাববদি সোবোজিনিনা পামজবা অমা খুদোল ওইনা কৎচগনি, অদুদসু লৌবিদবা তাববদি সোবোজিনিবু হাৎপা পাপ পুবীগদবনি। অঙাং অমনা চা কপ অহুম পুথোবক্তুনা মখোযগী মমাঙদা থাবিবা টেবলদা থমলবে।

সোবোর্জিনি - চাদা থকপা নুংঙাইবোই, তামোগীদমক থমলিবা খুদোল অদু লৌথোকহৌক্লবগে হাযবগা হৌগৎখি। সোবোজিনিনা চঙখিবা কা অদোমদা ঙাইহাক যেংলগা ইবোচাউবা মক লুকথখি, চাসু অহুম শুবি .. । সোবোজিনিনা থোবক্তুনা ইবোচাউবগী মনাক্তা ফমলগা তপ্না তামো সোবোজিনিগুম্বি ব্রাখল লৈতবি অমগী বাদা অদুক যাম্না মথা শিজিন্নবিরুনুদা। বিলাসিনি, তামোগী চা লানশিনলু, ঐবুদি যাম্না কিবে। ইবোচাউবসি "বিলাসিনি" হাযবা ব্রাহৈ অসি হেক তাবদা মমায হাযগৎলকই, মাইযোক্লবা লাপতক লৈবা চৌকি অমদা বিলাসিনি মোমোন নোক্লা ফমলগা মখুৎনা চা কপ পাযদুনা লানশিলি, তামো চা ফানসি, চা থকমিন্নদবা কুইবে। ইবোচাউবা মখুৎ থিন্দোক্তুনা চা লৌই।

বিলাসিনিগী শকফমসি হান্নদগী লেম্বা হেনগৎলে, কুচুশু খবা পান্থোকপগুম, নোইবপ তৌবগুমসু উই। ইবোচাউবনা চা লৌই, অনিমক নোকমিন্নে। বিলাসিনিগী মিৎচিনা নোকপা খজাই অনি কুৎতক তাবা মাযথোংদো চহি ৪ গী তুংদা উবে। সোবোজিনিনা লাম্বা যাওদনা অমদা অমুক অমদা অমুক যেং নাইতোম নোকলি। "ইবোচাউবগী মতম কুইনা মমলুববা পুক্লিংগী অতিযাদা পূর্ণিমাগী থা থোক্লে।"

সোবোর্জিনি তামো, অসুক কুইনা কাইনরুববু বিলাসিনি হাযদুনা অমুক্তসু কৌবিযুদনা; বিলাটলোমগী চৎনবিবা' মবাইবক যাম্না থিববীনি অদুবু তামোগী ওইবদা থোইনদি চোপলোই। এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ নি তামোগী কেশকি মবিদা নিংথিনা খঙলবা উকিল হাযবদু নুপীদুনি। কেশকি বা ঙাংনবিগদ্রা, লনাইগী ব্রা ঙাংনবিগদ্রা ঙাংনবিবো, সোবোজিনিগী তৌ ঙম্বগী ঙমখৈদি লোইবে, হাযবগা হৌগৎকে তৌই। বিলাসিনিনা মবেংবান পাযদুনা খামই। নংসু যাওনা খন্নগদবা বানি, লনাইগী ব্রাদি ঙাংদ্রবসু খঙনবে, ইবোচাউবদা মিৎচিনা যেংই।

মপাল্লোমদগী অহলগী খোঞ্জেল অমনা নুপীমচা ' সোবোজিনি লাকপ্রা ' মাগী কাব মচাদু মালিনে হাযদনা ঙাং ঙাংদুনা মখোযনা ফমলিবা কা অদুগী খোঙজিন

কানশিনলকই। চপ লেপতুনা কোইয়েং য়েংই, মখ্বাং অদু তিংখৎলি, ইবোচাউবদা ওনশিন্দুনা - এঃ ইবুঙো লাকলিব্রা, চা-কা থকলব্রা ? ইবোচাউবনা - লাকচবমই, চা-সু থকচবে, মক লুকলপনা খুমই। অহল অসিগা ইবোচাউবগা অমুক্তা উনখিদ্রি, ময়ুমদা লৈবম্বদুদা অখঙবা মওংদা কৌবনি। ইবোচাউবনা অহল অদুবু মুন্না য়েংই অহল অদুগী মাযথোংদা ধর্ম্মগী মঙাল অমা তাবগুম উই, মিৎয়েংসু মী পুম্নমকপু তবাম তবাম তৌবা মিৎযেংনি। মাগী চৈশু অকোনবা অদু মফম চানা যানশিনলগা মশুনুপী অনিগী মবক্তা হাংলিবা চৌকি অদুদা ফমথখি।

বিলাসিনিনা - তামো ঐবু লাইবিক লাইসু তমহনবিবকপা, অব্রাবা কযা ঙাকপিবকপা ইপুবোক্লি। তামোগী ইঙ্খোলদা ঐগীদমক দলান শাবিবদুসু ইপুবোক্লি। মশুগী ব্রা তাবগা - এঃ ইবুঙোসিবু হন্দক্তা বিলাটতগী থোবকই হাযবা ইবুঙো মধুগী মচাদুবনে। বিলাসিনিনা খুমই, মানি ইপুবোক, ইপুবোক্লা ঐগীদমকনি হাযদুনা লৈশিনবিবম্বা মান-চাং পুম্নমক তামোগীনি। সোবোজিনিনা অমুক - ইপুবোক্তা ঐনা যাম্না কুপ্না ব্রাবী তৌখিবা তামোদুনিদা ... । সোবোজিনিগী ব্রাসিদা অহল অসিনা নিংশিংলে - নোংমা সোবোজিনিগা শানখিবা ব্রাবী অমা - "বিলাসিনিনা মাগীদমক শাবিবা য়ুম অসিদা লৈসি যাদবদি ইঙ্খোল অসিগী মপু ওইবম্বা ইবোচাউবগা মাগা যাম্না চানজৈ, ইবোচাউবগী তুংদা মাগী ওইববনি হাযদুনা চঙদুনা লৈবদু পামজদবা অমা মপুক্লিংদা লৈবননি হাযনা সোবোজিনিনা হাযখি।"

অহল - "ইবুঙো ঐনা নংবু অমুক্তং, উনগে হাযদুনা থিবকপসি ঙসি ৫/১০ নি শুবেদো। হৌজিকসু ঐনা হনলকলিবসি ইবুঙোখোইদগীনি। ইপুদি ওহ্নোক্লা ইকাইবে, নংগী নপাবু পোকপা নপু অদুনা ঐনা তৌবিবসি স্বগদগী উবঅগনিকো হাযবসি হেক খনবদা নুংঙাইফম অমতা লৈত্রে। নংগী লাইবিক তম্বগী শেল ব্রাৎতুনা যোনবনি হাযবদি ইপুদি খঙদে, অদুগী মথক্তা নপাবুংগী য়ুম ইঙ্খোলনি হাযবসু খঙদে। ঐসু ইশুনুপী অসি থাদোক্লিংদদুনা কলিকটদা লৈবগা ইচানুপা বামোন অমদা চিঠি পীখিবনি। চিঠিগী মতুং ইন্না মানসু লৌ ইঙ্খোল যোনবা লৈবে হাযদুনা পংলৈ লৈশিনবর্দনি। মনিপুবদা থোবক্লবসিদদি ব্রাবী পুম্নমক তানবে। নপাবুং অদুনসু ঐবু উবগা কবি খনগবা। নপুগা তিনবকপদুদি মাদি নিংথিনা খঙখিবনি।

চহি যাম্লক্লবা মীওইনা কযামুক অব্রাবা ব্রাখল খনবগে হাযবদু নখোযনা হযেং কোন্না খঙলক্কনি। ধর্ম্মবু কিবক্লবা চহি মতাংদা তাইবং মীবু কযাদা নুংশিবকপা

ইচা ইশুগী প্রেমনা কযামুক লাকশিনলকপা নখোযনা হৌজিক্তি খঙখিবোই। ঐগী ঙসি হয়েং খঙদ্রবা পুক্সিসিদা কযামুক য়াম্না থবক পাংথোকনিংলিবা। ইবুঙো নংদি লাইবিক লাইশু নিংথিনা হৈববনি, অহল-লমন হাকতক্কুগীসু ঐনা মুন্না খঙলকই, নংগুম্বা নুপা অমদা পুক্লিংগী অবোনবা পুম্নমক লোইনা হাযদোকনিংই, ঐগী শিবমদাই অসিদা অসুক নুংশিখ্রবা ইশুনুপী অসি থেংনবে, মহাক্কী প্রেমদা ঙাওখিদুনা মযুম ইঙ্খোল অমতা থম্বিবমগে খনলুদুনা, নযুম ইঙ্খোল পুম্নমক লৈকবেদো। হৌজিক্তি পাপলা পুইনবা খঙদ্রে, নঙশু ইশুনি, ঐঙোন্দদি মী পুম্নমকসি চপ মান্নবে। তাইবং মীগী কলক মীহৌবা, অমনা অমবু মাংননবা তৌবা পুম্নমক নহা ওইবিঙৈগী ৱানি। ঐগী হৌজিক্কী চহি মতাং অসিদদি পাপকি শকক খজিক্তং যাওবা উবদা হন্না যেংনিংদ্রে।

ঐগী লাইনিং  লাইশোন হাযববু মীগী ফনবা হোৎনবগা ঈশ্বরনা অফবা তম্বিবমগনি অসিনি। হৌজিক্তি ৱাবী পুম্নমক খঙনবে, নখোয নখোযসু মতিক চাববা ঙাক ওইনবে। নখোয অহুম্মকনা খল্লু - ইশুনুপী অমগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা ঐগী প্রাণ ওইনা তিন্নবক্লবা মরুপ অমগী মশুদা অকাযবা ওইববে। নখোয অনিমকপু ঐনা শিনলুবিবা খুজিল থৌবাংগী মনুংদা অমতা ওইনা নুংঙাইবগী শকক ফংমিন্নববদি খঙহৌদনা শিনলুবিব থবক পুম্নমক্কি মহৈ যানলে খনগনি।

ইবুংঙো ইবোচাউবা, নংনা ইপুনা শাবিবা অনৌবা যুম অসিদা হেক হোংজিনলবদদা ইপুগী নীংবা থুংগনি। নংগী হান্নগী যুম অমনবদুদা ইপু লৈগে। নংগী পাবুংনা যোনলম্বা লৌ ইঙ্খোল পুম্নমক নখুৎতা শিন্নবগে, ঐগী হাযববু পুম্ন মক ইশুনুপী অসিগীনি হাযদুনা তমখ্রবনি, পুম্নমকসি নঙগী ওইবো। মযুম পান্দ্রবী নুপীমচা অসিগীদমক্তি নখোয ঐখোয তান্নদুনা ওইহনসি হাযবা অমা ওইহনবা যাই, অশুক যাম্বা লন-থুম পুম্নমকসি শিন্নফম খঙদনা অমদি ইশুনুপী অসিগী অবেপ্পা অমা খঙদনা ঐনা কবম্না চনিং তানা শিখিনি।"

বিলাসিনিনা মপুক্লিংদা মপুবোকপু হন্না হন্না থাগৎলি অমসুং ঈশ্বরবু খুবমই - ইপুবোকনা শাবা যুম অসিদা মানা হোংজিন্দুনা লৈবা হাযবসিদদি যাহনবিযু, ইবোচাউবদসু অমুক যেংই। ইবোচাউবা অহল অদুনা হাযবিবা ৱাদু কবিনো হাযবা খঙই, অদুবু কবম্না হোয হায়গনি। তুমিন মরু লুকথদুনা তাই বিলাসিনিনা অমুকসু মতোমতা খনজৈ - মশানা ইজৎ লৈবা অচৌবা শঙ্গ তৌবা কাংবুগী মচানিনা মপুবোক্না লেম্না

**লৌবগী ব্রা ওইনা হায়বসিদা খুমদবা ওইরমগনি। ব্রাফম অসি মহাক্কিসু মখৌ ওইনা ইবোচাউবদা য়ানবা হায়জবা তাবনি। বিলাসিনিনা সোরোজিনিদা অর্থ লৈবা মিংয়েং অমা য়েংলকতুনা মাগী মতেং পাংহন্নিংবগী মওং উৎলকই।**

সোরোজিনি - তামো মতমসু ঙললি, ঐখোয় অহুম কোয়বা ওইনা য়ুম অদু অমুক্তবু য়েংলুসিবা, মী পুম্নমক্না য়াম্না ফজে, মনিপুরদা ইনৌ নৌবা য়ুমশানি হায়নরে, ঐদি অমুক্তা নিংথিনা উদ্রি। হোয় চৎলুসি স্নাজাউবসু উনগদবা লৈ, পাবুংনসু কৌরি হায়দুনা ইবোচাউবনা খুমই। বিলাসিনিনা - তামো য়াম্বুংসু লাকলে হায়বা তাই, য়ুম খঙনিংই চৎলুসি হায়দুনা মখোয় অহুম্মক মথং মথং হৌগৎনখি।

সোঃ - তামো হন্দক্তি বিলাসিনিগী অনৌবা ফিয়েট তোংসি। হোয় তোংসি, গেরেজদগী থৌদোকলুখিগে হায়দুনা বিলাসিনিনা গেরেজদগী কার থৌদোরকই। সোঃ - ঐ অমুক্তা থৌদ্রি থৌগে, তামোগা নংগা তুংদা ফম্মু হায়দুনা সোরোজিনিনা বিলাসিনিবু কুমথহনলগা মানা ষ্টারিং মনাক্তা ফমখ্রে। ইবোচাউবগা বিলাসিনিগা তুংগী সিংতা ফমিন্নখ্রে। থৌরমদাইদা তুংলোমদা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকই - ওস্তোক্লা ফজখ্রে, তামোগা বিলাসিনিগা পুন্না ফম্মিন্নবসি, করিগুম্বা য়েৎ-ওইকা কাইরম্লবদি বিলাসিনিসি থিনা হায়গে তৌবনি। অহুম্মমক অমগা অমগা য়েংনদুনা নোকমিন্নে। সোরোজিনি গাড়ী থৌখ্রে। উবিপোক মচিন্দনি, থোইদোকপা ব্রাবী ব্রাতাই শানবা নংদে, মখোয়না য়ৌগদবা মফম অদু য়ৌরে। হন্দক্তা নৌনা হাপ্পা য়োৎকি গেট হাংদোক্লুনা কার থৌজিনখ্রে। অনৌবা য়ুমগী দাউী মনাক্তা গারী থারে।

মখোয় অহুম্মক থাক থাক নাইবা দাড়ী কাখৎখিদুনা ইমুঙগী কাদা চঙখি। অহানবা থোঙজাও হেক হাংদোকপদা লৈরম্বা কা অদুদা মখোয় অহুমমক লেপ্লি। বিলাসিনিনা হায় - তামো মসি ফম্ফম কা ওইসি কা অসিগী শাংবা নাপ লৌদুনা সোফা মরিখকসু ওর্ডর তৌখ্রবনি, ময়াইদা থাগদবা টেবল অদুসু লৈরে। ফক্লাংগী অকোয়বদা থেৎকদবা য়াম্না লেম্বা পৃথিবীগী অফাওবা মী খরগী ফোটোসু লৈরে। অদুগা তামো ঐদি কা মনুংদা গমলাদা শাৎপা লৈকা থম্বসি য়াম্না পামজে। ইবোচাউবনা খুমই - মদুসু কা অমা লৈতেংবদা চৎনবিবনি। সোরোজিনি - ফরে মোৎ মান্নরে মথং কা অমা য়েংশি হায়দুনা মথংগী থোংজিন কানশিন্দুনা মনুংগী কা কয়ামকম কোইচঙ চঙদুনা য়েংই, মমৈদা থাক থাক নাইনা লৈ লৈদুনা কাখৎখ্রিবা

সিডী অদুদা মবি মবি কাখৎলি। মথক্কী কাশিং অদুসু থোঙ-থোঙনাও শুনা পাল্লে, য়ুম অদুগী মনুংদা অব্রাৎপা অমত্তা উদ্রে। অসুম্না কা খুদিংমক কোইচৎ চৎলুবগা মখোয় অহুম্মক অচৌবা তুম্ফম কা অমদা থুংলবে।

সোবোজিনিনা হৌদোবকই, হন্দক্কী তুম্ফম কা অসিদি ফমুং কয়া থাবা কবম্না লৈতেং তৌবা। বিলাসিনি - কাংথোন মশিংগীদি মতমগী মতুং ইন্না মবাইনা লাকচগনি ঐনা খনলিবদি কবম্বা মখলগী কাংথোননা ফজগদগে অসিনি হায়বগা ইবোচাউবদা যেংই, ইবোচাউবনা খুমই হোযদা, কা অসিমদি বিলাসিনিগী খুসি তৌজবসনু, থোঙদা পর্দা থাদগে থাদশনু থাদবোই তোকশনু, কাংথোন অমতা থাগে কুসি অনি থাগে কুসি হায়বগা থোঙ অমা হাংদোকতুনা থংনবা কা অমদা ইবোচাউবা চঙখি। বিলাসিনিনা সোবোজিনিগী লেংজুম পাযদনা ইকাযবপ তৌনা নোকই, মখোয অনিমক নোক্লা-নোক্লা ইবোচাউবগী তুং ইন্দুনা চঙমিন্নখি।

চাউখৎলবা সমাজ অমদা শাবা হৌনবা নিংথিনা মওং শুনা যাওববা য়ুমশানি। ফম্ফম কা, চাফম কা, ইকুজফম কা কবিমতা চিথদবে। কা খুদিংদা কোইচৎ চৎতুনা মখোয অহুম্মক ব্রাবী শানৈ। সোবোজিনিনা বিলাসিনিদা ওনশিন্দুনা নংনা শিংলম্বা শকযেং মিংশেল অদুদি কদাইদা থাদৌবি। হন্দক চল্লিবা অনৌবা নোমনাগী উপু খবদুদি তামো উবব্রা ? ইবোচাউবনা - উদ্রি, বিলাসিনিনা উববনিনা উবে, ফজবে।

মখোয অহুম শানবিবা ব্রাবীসি ইবোচাউবগা বিলাসিনিগা লুহোংলগনি, য়ুম অসিদা শোইদনা লৈমিনবগনি অসিনি। অসুমনা মপুক মপুক্কী লেপনখিবা ব্রাবেপ অমমম থমনবগা চিনবানথোংগী ব্রাহৈ খবনা পুক্লিংগী ব্রা খবা খবা পুথোকতুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবা বাবীনি। ইবোচাউবনা ঘড়ী যেংলগা - ঐখোয অহুম্মক স্নাজাউবখোযদা চা থকলুসি হায়বগা কুমথফম সিডীবোমদা থোকখি। বিলাসিনিনা তামো কবি লমদনো? মোইবাংখোম বজাব মনাক্তনি। মখোয অহুম্মক হাংলবা য়ুমদগী থোবকতুনা গাডী কাখৎখ্রে। সোবোজিনি কাব থৌখ্রে।

(নুমিৎ খবগী তুংদা ইবোচাউবা কলিকটদা কেশকীদমক চৎখ্রে।)

——— (***) ———

# মধুবাবুগী যুমদা ওঝা গোপাল

মধুবাবুগী উগী যুমজাও অদুনি। তেক কাযবম্বা পুম্নমক নিংথিনা শেমজিল্লি, মধুনা মপান ফবিৗঁদা পানখিবা যুম্বাল অদুমক ওইবে। ওঝা গোপাল অমসুং মশুনুপী বিলাসিনি হোংজিন্দুনা লৈবিবনি। অয়ুক্কী মতমনি। অহল অসি ঙস্তানা ইরুজথোকতুনা চন্দোল থিনজিল্লে, ফমেনগী ফক অথাবদুদা ফমই। মমাঙদা পিগ্রাইগী মখোং পানবা হিদাকফু (গুবগুবি) অমদা মৈখু ব্রা ব্রা কাববা ঙান্থক অমা পান্দুনা লৈ। শাংলবা ববগী তোংজৈ অমা চুপতুনা ওঝা হিদাক থকলি।

বিলাসিনিনা মমায নোংপোক ওন্দুনা থোঙজিন মনাক্তা থাব মুডা অমদা ফমলগা মোজা লোল্লি। অহল অদুনা তোংজৈ অদু শাংনা শাংনা অনিবক অহুমলক চিংলগা মচিনদগী তোংজৈ লৌথোকতুনা মখুৎনা পাযবগা মচিনদগী মৈখু কামথোকই। মশুনুপীদা ওনশিন্দুনা - নুপীমচা ! ঙসি নৎত্রা নংবু পোকপী নমা অদুনা ঐবু উনবা লাক্কনি হাযবদুবো ? মানি ইপুবোক, সোবোজিনিনা পুদুনা লাক্কদবনি। সোবোজিনিগী মমাসু যাওবক্কনি। ইপুবোক ঐনা নুংঙাইজবদি সোবোজিনি মমানা ঙাংবা তাবনি, মানা হাযবিবা "লাইবিক হৈবীশিংসে মমা মপা নুংশিবদি খবা ব্রাৎলি" হায। মচানুপীগসু ঙাইহাক লৈতনা ব্রাহে খুদিংগী খৎনৈ, অদুগা ইপুবোক মাদি চা কাসি থকপীপোৎ নত্তে; মাগী হাযবু চাক যেঙ্গাং হাওনা চার্গনি, থবক কন্না শুনি হায।

মপুবোক উম, নখোযনদি মখোযগুম্বা মীদো মমল ইলৈ লৈত্রবগুম খল্লিবা। মপুকচেল যাম্মা শেংবা মীদানি, মখোয অদুনা মীগী ফত্তনবা খক তৌবকপা হৌনদে, মপুক্লিংগী ব্রাসু মীগী ব্রাসু পংহায হাযদোকচবনি, মতম অমদা মখোয অদুগুম্বা মীদুনা লাকচবকপসু মবাকপনি। মচানুপী সোবোজিনিদুসু লাইবিক লাইশু হৈখিবগী অমা ওইনা উবদনি মমাগী পুকচেলগুম্বা অমা যাওবি, ইঙাও ঙাওই, ইচম চম্মি। অসুম্না মশু মপু ব্রাবী শাবিৗঁদা কোন্থোংলোমদগী জীপ অমা মীনা পিক থন্না তোংদুনা শুমাংলোমদা থৌজিনলকই। বিলাসিনি - ইপুবোক মী যাম্না লাকই, হাযবগা হৌগৎতুনা ইমুঙদা চঙখি।

জীপ অদু শুমাং মচিদা থাবগা মী পুন্নমক মথং মথং কুমথবকই, মাও থানা চঙলকপা নুপা অদুনা য়ুমগী শেমজিন শাজিনবা মওংদু কোইলৈ লৈদুনা য়েংই। মায়থোংদা হবাওবগী মমি তাই, ফম্মেন্দা ফমলিবা অহল অদু হেক উবদা খোংউপ থমলগা মাঙ্গোল কাখৎলকই, অহল অদুগী মনাক নকনা চঙশিনলক্কুনা - পাবুং ঐগী কেশ পুন্নমক নশুনুপানা কলিকটা হায কোর্টতা লেপ্পবদা মঙ্গল ওইবদুনা ঐবু অৱাফমদগী থাদোকপিবক্লে হাযদুনা অহল অদুগী মখোঙ শোক্লা খুকুমই। মধুগী তুংইনলকপা মী পুন্নমকসু ওঝাবু খঙদবা যাওদে, মখোয পুন্নমকপু লাইবিক তম্বিবকপা অহল ওইববা ওঝাবু মখোয় পুন্নমক্লা খুকুমই। ওঝাদি ব্রাখল অমবোমদা চৎলুমানলে, মধুবু হেক উবদা খঙলুদ্রে। মতুংদা জ্ঞান তাবক্কুনা - এঃ ইচা মধুনিনা ইচাবু নিংশিংবা ঙমলুদ্রে, মকোক্তা শিৎ-শিৎ নানবী - ধর্ম্মবু কাইদ্রবদি মঙ্গল মওইবকপনি ইচাসিদি।

বিলাসিনিনা ইবোচাউবগী মপানি হাযবা হেক খঙলকপদগী মপুক্লিংদা যাম্না নক্লবা মবি মতাগী মী অমগুম নুংশিবা পোকই। মযাম অদুগী ফীদানচিংবা থাদুনা হোৎনৈ। মধু অমসুং লাকমিন্নবা মী পুন্নমক নুপীমচা অদুগী ফজবা শকফম অমসুং অৱাংবা থাক্কি লমচৎ ব্যবহাব অদুবু য়েংনৈ। মধুবাবু হান্নদগী তায, মাগী য়ুম অদু নিংথিনা শেমজিন্দুনা ওঝানা মশুনুপী অমগা লৈমিন্নে হাযবা, অদুবু মশুনুপী অদুগী মশক অসুক্কী মতিক ফজে হাযবদুদি হৌজিক্তা খঙবনি। মধুগী কবি ব্রাখল লাকপনো খঙদে - নুপীমচাদুবু থৱাই তানা য়েংই। মযাম পুন্নমক অদু মাগী মাগী ফীদাদা মফম চানা ফম্নবে।

ওঝাগী পুক্লিংদা কবি খল্লুববনো মযাম অদু য়েংলগা অসুম্না হাযবকই - কর্যাদি কুইববগেদো, ঐনা য়ুম অসিদা লাকখিদবসে। থাযনা নপাবুংগা তিন্নবিঙৈদা ঐনা অমুক লাক, নপাবুংনা অমুক লাক তৌনবন্নির্বনি। কযা নুংশিখ্রবনো মতম হাযর্বসি, নখোযনা ইঙাও ঙাওনা পাখং ওইনা লৈহৌবদো হৌজিকসু লৈবমখিদবোই নিংলুবে, মিৎলুদগী পি ফীজিনা তৈথোকই। কদায ইমৌ নুপী অদুনা মশা লাযেংনবগীদমক মপামদা থাখি হায়বগুম তাখিবদুনা।

ইবেমহলসি মপুবোইবা থোবক্লনি হাযবা পাউ তাবদগী মাসু যৌবকলবনি, অদুবু মাঙ্গোলদা নুপা নহানা পিক থন্না লৈবা, মদুগী মথক্তা মপুবোইবমক্লা মকোক

লৈবাক তানা খুকমখিবা অহল অদুগী মমাঙদ চঙলকপা ঙমদদুনা ঙশাইমখৈ যেন্নখা মচিদা লেপতুনা লৈজবক্লবনি। মধুনা ইবেমহলদা যেংদুনা - চঙলকউ, পাবুং খুবম্মোলাও, ঐবু পোকপা পাবুংগা অমতা ওইনা তিনবক্লবা, ঐখোয পুম্নমকপুসু লাইবিক তম্নিবকপা ওঝানি। ময়াম পুম্নমকসু খবা খবা হন্দোক্লদুনা ইবেমহলগী লম্বী পীবে। ইবেমহল ইর্নলিবা ফী অদুনা মকোক খুমজিল্লি, মশাদা পকপা মফী মবোল পুম্নমক নিংথিনা তাসিন খোমজিন তৌদুনা চঙলক্লগা অহল অদুবু খুকমই।

নংসু নশাদি কবিসু তৌদ্রেদনা '' পাবুং, মোইবাংখোমগী স্নাখ্বানা ভাবতকী ডাক্তব পুম্নমক কৌবিদুনা শেলনা ওনেক অমা হৈজিনলগা যেংবিবদগী ফবিবনি। হোয হোয, ইমৌসিদি নশাবু ফববদি শেলদুবুদি তিংসনু তিংবা হৌনৈ। চঙউ, চঙউ, ইমুঙদা নচানুপীগা লৈমিন্নক, নতোমতা ইকোই কোইবনি। বিলাসিনি ইবোচাউবগী মমাবু ঙসাইদগী যেংদনা লৈজবক্লবনি, মপুবোক্কী বা তাবদা ইমুঙগী থোঙজিন কাম্থোবকতুনা ইবেমহলগী মনাক্তা লেপ্লবে। ইবেমহল হৌগৎলকতুনা বিলাসিনিগা লোযননা ইমুঙদা চঙমিন্নখি। ইবেমহল নুপীমচা অদুগী শবান মুর্ত্তি মুন্না যেংই, মশম অদু শিৎ শিৎ নানবি, মখোয অনিমক বিলাসিনিগী নিঙোল কাদা থাবিবা ফমুংদা ফমিন্নখি।

মাঙ্গোলদা মীযাম ফমলিঙৈদা কোম্থোংলোমদগী জীপ অমসু যৌজিনলকই, হান্নগী জীপ অদুগী তুংদা থাবি। মী পুম্নমক গাডী অদোমদা যেংনৈ - স্নাজাউবা গাডীদগী কুমথবকতুনা মাঙ্গোল চঙশিনলকই, মচি অমদা ফমই। পাবুং কলিকটাদগী ইবোচাউবনা চিঠি পীবকই, থবক পম্নমক ঐখোযনা মঙ্গল ওইবে। পাবুংনা কেশ ঙম্বগা লোযননা কেশতা চঙখিবা শেল, পাবুংগী চহি অনিগী তলপ থিংখিবা অদুগা ইবোচাউবনা লাইবিক তম্বদা চঙখিবা শেল পুম্নমকতু মণিপুব সবকাব অমসুং ভাবত সবকাবনা হনর্গান হাযবে, অসিগীসু মথক্তা ইম্নাগী অনাবা যেংবদা চঙখিবা শেলসু হনগনি হাযবি। পুন্না লুপা লাক্ষ কযামকম ওইববা যাই।

মযাম পুম্নমক নুংঙাইবা পোকই। পাবুংনা ভাবত সবকাবদা চে অমসু ইবিখিমাল্লে, মদু ইবোচাউবনা থেংনবে হায। চিঠি অদুগী পাউখুম ওইনা - পাবুংনা থবক অমুক হনজিনবিখিগে নৎত্রগা পেন্সন ওইনা পোথাবিবগে পাবুংগী মোৎ লৌগনি, পাবুংনা অপাম্বা মোৎ অমা হার্যাববকপদা যেৎলবোই হাযবে। পাবুংগী

পুকচেল চাউবগী পাউখুম খবা মনিপুরগী কোর্টতা খুম্বিখিবগীদমকসু চিফ জর্জ্জনা য়াম্না সনমান তৌনা চিঠি ইরকই। চিঠি অমা লানশিল্লি। চিঠি অসিদা ইবিবদি - পাবুংগী পুকচেল চাউবা অমসুং মীনমদবা পাউখুমদা নিংথিনা অর্থ খঙদবদগী মরান মচা মচা কয়ামরুমসু হাপচিন্দুনা মতম হেন্না অৱাফমদা লৈহনখিবগীদমক ভাবত সরকারনা নুংঙাইতবা ফোঙদোরকপনি।

চিফ জর্জ্জনা আইনগী মমাঙদা কেশকি মনুংদা লৈবা অচুম-অবান পুম্নমক পুথোকতুনা ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্বগীদমক ইবোচাউববু য়াম্না থাগৎখি অদুগা পাবুং ইবোচাউবনা টেলিগ্রাম অমগা থারকই মসিগী মতুংইন্না হায়রবদি ইবোচাউবা তারিক ৫ দা ইম্ফালদা থুংলরনি। কেশ হেক লোইবগা থোরক্লম্বা তারবদি নহান্না থুংলরগদবনি, মা হন্দক দিল্লিদা ইন্টরভিউ অমা য়াওরুরে ইন্টরভিউদা লেপলরিবা মী পুম্নমক আইঃ এঃ এসঃ ঙাক্তনি, লগুন্দা বেরিসতব পাস তৌরবা আইঃ এঃ এসঃ সু ওইবা হায়ববদি ইবোচাউবগা কেবেলা মচা অমগা মখোয অনিদনি মঙ্গল ওইবক্কনি হায়রি।

ইবোচাউবগী ৱাসি ইবেমহলসু বিলাসিনিসু থোংজিন মনাক্তা ফমদুনা তাবিবনি। বিলাসিনিগী পুক্লিংদা হবাউবা কয়া, থাগৎনিংবা কয়া য়াওবি অদুবু কনাদসু ফোঙদোকতে। মমা ইবেমহলনা - ইবুঙো স্নাজাউবা, মানা তৌগদৌরিবা থবকপু কবম্বনো, কয়া চাউবা থবকনো ? ইমা লৈবাক অমগী সাসন পুরবা ফাউবা য়াবিবনি। ইশ ! কবম্বা লৈবাক্তা অমুক চৎখিগদৌবিবা ! “নুংঙাইবগী নুংশা মঙালসিদা অৱাবগী মমিসু তাররি।”

মতম অসিদা সোবোজিনিগী কাব থৌজিনলকই। গাডীদগী সোবোজিনি ইবেচাউবী, বিমোলা অমসুং সোবোজিনিগী মপা ইবোবী কুমথবকই। বিলাসিনিনা মমা লাকপা উবদা মনিংথোঙ ফাওদুনা চেনখি, মমাগী মনাক য়ৌখ্রে। ইমা নংবু উননি হায়দুনা ইপুবোকনা ঙাইবিবনি, মমাবু মপুবোক্কী মমাঙদা পুশিল্লকই। বিমোলা মমিৎ কুপ্তুনা অহল অদুদা মুন্না যেংলগা - পাবুং ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐ পাবুংদা লানখ্রে কপই ... ...। অহল অদুনা মঙ হাগুম পুমঙক ঙকখ্রে, মমিৎ অনি অদু মপিনা থুমখ্রে। - কবিনো ইবেম্মা, নংনা ঙসি তৌববিবসিদি ... ... মঙলা তাইবঙলা মফম খঙদ্রে। বিমোলা - পাবুংনা নগুনুপীনি হাযদুনা শেম্বিবল্লিবসি ঐনা হেক

পোকচবা ইচানুপীনি, অশেংবা নশুনি। ঐগী অরোনবা ব্রা কয়ামরুম পাবুংদা হায়দোকপা ঙমজদদুনা কোয়লোৎ লোত্তুনা খাংজরকপনি। ঈশ্বরনা কুবিদুনা নশুনুপীসি পুশিনবিখ্রমাল্লে। চহি ২০ হেন্না কাইনখ্রবী অমতা ঙাইরবী মচানুপীনা মমাঙদা মপি তানা কপ্লরবদা করম্বা অহলগী থম্মোয়না খাঙবা ঙমগনি।

মচানুপীবু পীশক পিকলিবা মচাগুম শিৎ শিৎ নানবিরে - ইবেম্মা নংগী নরান নত্তে, ইপানা ইচাগী অশেংবা লমচৎপু খঙদদুনা মী কয়াগী মচিনবু থাজরুবদগী ইচাবু ইম্বোক্লুবনি। কুইর-কুইরগা ইচাগী মৈনা চাকপা হেঞ্জিল্লকতুনা লাইফম কয়া কোইচৎ চৎলুরে, মরান লৈজদবী ইচাবু থৌওইরুদবগী মৈনা ইশা অসি চাক্লক্লবদা ঈশ্বরনা ইশুনুপী অসি পীবিদুনা ইচাগী মৈ খরমখৈ মুৎলিবনি। হৌজিক্তি ইচা অমসুং ইশু পুন্না উরবসিদা ইপা পুমইং ইংলে। হা ঈশ্বর ! "ঐসি লাইবক থীবা ওইনা পোকহল্লী হায়দুনা মতম খুদিংমক্তা নংবু নিন্দা তৌবদো ঙসিদি নংগী অশেংবা থৌজান ফংজরে। ঐগী শিরমদাই মতমদা ইচা ইশু পুন্নমকপু পুশিনবীরক্লুনা উনহল্লী, অসিগুম্বা লাইবক ফবা মপোক অসি মপোক খুদিংমক্তা পীনবিয়ু।" অহল অসিগী মমিত্তা পিগী ইফুৎ কংউ য়াখিদ্রে।

বিলাসিনি অঙকপা নুংঙাইবা অমনা মশা অদু নিকই। মপুবোকপু মমাবু হেক পোকপা মপুনি হায়বা, মপুনসু মশুবু অশেংবা মশুনি হায়বা খঙলবদা নহানমখৈ হৌরকফম খঙদ্রবা প্রেম অমনা মশু মপুবু পুল্লম্বদো হৌজিক্তী প্রেমগী হৌরকফম মরু অদু উরদুনা মশু মপু য়েংনরি। মপা মচা, মশু মপুগী অনৌবা প্রেম উবদা মী পুন্নমকসু মিৎলুদা প্রেমগী ইফুৎ ফাওরে। অহল অসিগী মখোং শোক্লা খুরুমলম্বা বিমোলা অমসুং মমাগী মনাক্তা লেপলম্বা বিলাসিনি ইমুঙদা পুলপ চঙমিন্নখ্রে। সোরোজিনিসু ইন্নখ্রে, নুপী মখৈনা ইমুঙদা, নুপা মখৈনা মাঙ্গোলদা লৈনরে।

ওঝাগোপাল মীৎকী ঈরা তৈথোক্লুনা য়াম্না ব্রানা হান্নগী শকফম হঞ্জিল্লে। মমাঙদা ফন্নিবা ময়ামদু য়েংই, অনৌবা নিপা অমা ফন্নিবদু উরে, মুন্না য়েংই, নিংশিংবা থোক্কে, খঙখিবা শকফম অমদি ওইরে। ইবুঙো নংবু কনানো, কনানা পোকপনো ? - পাবুংহল, ঐবু কাউরব্রা ? শগোলবন্দা লৈবনি, পাবুংহনগা ওঝা ওইমিন্নরম্বা চাউবনা পোকপনি। হোয়নে, নংবু ইবোবী হায়বদু নৎত্রনে, নংনা ঐবু উরগা কৌদ্রিবনা করিগীনো ? ইবোবী মরু লুকথৈ। নংবু হৌজিকপু করি তৌরিবগে,

মমাংঙৈগী মথোং চাদবদু অদুম তৌবিব্রা ? ওস্থোক্লা মথোং চাখিদ্রবা অঙাংনিনে মসে, মাবু পোকপা মপা অদুনা শেল লৈত্রে লাইবিক তম্বা তোক্লো হাযদুনা তোকহনখিবা নত্তে, মাগী কাতু কাবল হাকমনখিবনা তোক্লিবনিনে, মপাগা ঐগনা ফনা কন্না হোৎনবনি। লাইবিক তমনি চৎখি, হল্লকপদা লাইবিক হেকমক পুবক্তে, নোংমা চৎখি মাদি মী ফুনহৌই পাউ হেকমক লাকই। হন্দক্তি মদুবু পাউ তাদেদা স্কুলদা কমদৌবিদৌনা হাযদুনা মপানা চত্তুনা হংউই, মাদি কাবক্তবা কুইবে মহাযবকই। ওস্থোক্লা মথোং চাবকখিদ্রবনিদা।

নংগী পাজিনা থম্বিবম্বা মান-চাং মযামদুদি কাইদনা লৈবিব্রা ? পাবুংহল মতম খবদি ঐনা ওক্তবদগী খবা মাংহনলুবে, হৌজিক্তি ঐনা ঠিকা খবা খবা তৌজবক্তুনা মান চাং পুন্নমক হজিনবা ঙমজবে, অনৌবা খবসু লেপশিঞ্জবে। এঃ এঃ নংনবু কবি কবি লৈবিবা, অদুদুম তম্মু তাগেনে। ইবোবী খুমদে, তুমিন মব্দ লুকথদুনা লৈ। নংগী নচানা কযা লৈববা ? পাবুংহনগীদা হনগৎ হন্দা হেক হেক লাক্লিবা নশুনুপী ডাঃ সোবোজিনিদু ঐগী ইচা নুপীনি। সোবোজিনির্সিবু, নঙনা পোকপবনে ইবোবী ? মানি পাবুংহল, ইচানুপী অহলনি মতোমতসু পোকই। হবে হবে, অসুক মথোং চাখিদ্রবা নুপাসিনা অসুক লাইবিক হৈববা জ্ঞান তাববিসি পোকলিবকো ! অতৈদি লাইবিকো ইবোবী, নংনা নচানুপীসি মসি যৌনবা শেমখ্রিবসি কবম্না শেম্বনো তমউ।

ইবোবী - "পাবুংহল, ঐগী ইচানুপীসি লাইনা শেম্বির্বনি, ঐনা মাবু পীশক পীক্লিঙৈদগী মহে মশিংদা মীথোই মীহেনশনু হাযদুনা হোৎনখিবা কবিসু লৈতে। ঐদি ইচানুপা পোক্তে হাযদুনা ইতোমতা পংশাউদা শাউদুনা পংকোই কোই, পংচৎ চৎ লৈবক্লবনি। মমা অসিসু হৌজিক্কী মীওই নত্তে, নুপীনা লাইবিক লাইশু তম্ববু খবা তম্লগা অদু মঙাই হাযবা মীদানি। কবি কবিগুম্বদা মমাদা মচানুপীগী লাইবিক লাইশু তম্বগী ব্রাকা হৌদোক্লবসু নংনা থোকপা অদুম তৌ হাযদুনা খুল্লিবনি। নোংমা নোংমা হৌখিবনা মাগী মেত্রিক পবিক্ষা থাবে, পবিক্ষাদা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা লাকই, সবজেক খবদি বিশ্ববিদ্যলাযগী মকোক ওইবে হাযবে। যুমলোন কৈবোননবনা হবাউবিদুনা পংথা থাগৎপী। ঐসু পুক্লিংদা নুংঙাইবদি পোকই। নুম্মিৎ অদুদা ঐনা মকপ মপাংশিংদগীসু তাই - নংগী নচানুপী অদুদি লাইবিক যাম্না ফৈ, মশক মতৌসু

ফজে মাবু লেম্মা মাংহনগনু। নুমিৎ অদুদদা খঙই, ঐগী ইচানুপীসি লাইবিক ফৈ হায়বা।

মথং চহি অমা হৌখ্রে, পী, ইউ, সিদা ফার্ষ্ট ওইবে, ডাঃ তমগনি হাযবে। নুংদাং অমা চাক চানকুবদগী খবা থেংনা হল্লকই। নুমিৎ অদুগী চাক চানবদা চঙবা খবচ পুম্নমকসু ঐনা লোইনা তৌই। ঐগী অচৌবা বীল ফংবা নুমিৎনি, ইঞ্জিনীয়ব সাহেব মযামসু য়াওই। চাক চানবা লোইবদা ফনা থেংলে, যুমদা হঞ্জিল্লকপদদি সোবোজিনিসি তুম্লমদ্রে। ইমুঙদা হেক চঙলকপদা - পাবা ঐ ডাঃ তম্বা চৎপা তাবে, হাপ্তা অসিগী মনুংদা মীং চনবা নংনবা চৎকদবনি। মীং চনবগীনে লাইবিক লৈবগীনে অহানবদদি শেল খবা যাম্না চঙগনি। থা থাগী ওইনা লুপা ৫০০ দগী তাদনা থাবক্কদবনি। পাবনা ঙম্লি ঙম্মোই শেংনা হাযবিয়ু, ঙম্মোই হাযবগা ঐ হযেংদগী ইনেখোযদা লৈকুবনি, মাইবুঙোনা নপানা যাদ্রগা লাকউ হায, তম্লিংলিবমখৈ তমহনগনি হাযবিবনি।

ঐগী ইচানুপীনা অসুম্না অমুক্তা হাযখিদ্রি, নুমিৎ অসি ইশু ইকাইবে কোক ঙাওনা হল্লকপদো যুম যৌবগা ফগদ্রা খল্লম্বনি হেন্না ঙাওবে। ঐনা খুমই - ইচানা ডাঃ তম্বগীবু মীগী যুমদা কবিগী লৈকগদগে ইপানা ঙম্লবা হোৎনগনি, হৌজিক্তি নুপীসু যাম্না ডাক্তব ওইনবে। ঐসু কদাযদগীনো ঙাইহাক অদুদা ইচাবু ডাক্তব খংওই ওইহন্নিংবা অমা পোকলে। ফমুংদগী মমানা - ডাঃ তম্বা হাযবদু চহি ১/২ দা লোইগদবা নত্তে, চহি ৬/৭ চংগদবনি, ঐসু মী অমা অনিদা হংলুববনি। ঐনা খুমদ্রিঙৈদা মচানুপীনা - চহি ১০ চঙগে চঙশনু তমদবা যাদে হায়দনা শাউবপ্পা খুমই। মহৌশানসু ঐখোয ইমুঙদি মানা অদুম ঙমলকই, অসুম্না মানা ডাক্তব ওইখিবনি।"

মী পুম্নমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনবে, অহল অদুনা অচিকপদু থুগাইদুনা - মাগী থাজ যোনজবগী ব্রাদি লেপ্পবব্রা ? পাবুংহল মাগী থাজবগী ব্রাসি মফম খঙদ্রে, ঐবু নুংশিবিবা ইঞ্জিনীযাব সাহেবশিংনা মচাগী মমৌ ওইগে হায মখোয মখোয়গী মচাশিং অদুসু ডাঃ পাস তৌবে, ইঞ্জিনীযাব পাস তৌবে হাযবা ঙাক্তনি। মমানা অমদা থাজনিংই, ঐনা অমদা থাজনিংই, মমাগা ঐগদা পংখৎ মখৎনৈ। মাগী মোত্তি খক লৌথোকপা ঙম্নদে।

ওজা খোন খবা চাউবপনা - নখোযনা অমা অমা পংখন খনবনিদনা নচা নচাগী মোত্তি ঐনা খঙলিবনি। ঐদি ইশুশিং অসিগদা তিন্নদুনা লৈবিবনি, মখোয মশেন মোং মান্নবা যেংদুনা থাজবনা ফৈনে হাযদুনা অহল অসিনা ইমুঙলোমদা যেংশিনখিবদদি ঙসাইমখৈ থোঙজিন মপান্দা ফমদুনা ব্রাবী তাবম্বা সোবোজিনিদো লৈবমদ্রে, মমায অমুক লৈথোবক্তনা যেংবদা ঙসাইমখৈ মাঙ্গোল মচিদা ফমদুনা ইবোচাউবগী পাউ তমলম্বা স্নাজাউবসু মাগী ফমফমদা লৈবমদ্রে।

ইবোবী - পাবুংহলনা নশুগী মোৎসু খঙবিবে, নশুনুপীনসু ইপুবোক্তা হাযদুনা লৈ, পাবুংহলনা হাযববদি যাগনি, নশুগী থবক অসিদদি শিনবিবকউ। হোয হোয, মীংদবু ঐনা শীনবা হাযজবনি, মখোয, মখোযনা লাম্বা চাবা যেংনদুনা লৈববনিনে।

অসুম্না নুপামখৈ মাঙ্গোলদা বাবী শাবী, ইমুঙদনা নুপীমখৈ পুনখ্রে, নুপীদসু ফনা যামলে - ইবেমহল, ইবেচাউবী, বিমোলা, বিলাসিনি অমসুং সোবোজিনি মযাম অসিনি। থোঙজিল মনাক্তা লেপ্পা যাও ফম্বা যাও অহল অসিনা ঙাংবা তাবম্বদগী পুল্লপ্না ইমুঙগী কাদা চঙলক্লগা অচৌবা নিঙোল কাদা ইকোয কোযনা ফমলবে। মযাম অদুনা বিমোলাবু যেংদনা হায - মানা মপাগা কাইনখিবা, কবি মবমদগী থৌদোক অদু থোকখিবা, অসুক কুইবা অসিনা কবম্না লেনলকপা বাবী অদু লিযু হাযবি।

——— (***) ———

# ঐদি

# য়ুম পান্দবীনি

## মপা- মচা লৈমিন্নরকপা

“ঐনা পাবুংগা লৈদুনা লাইবিক লাইশু নিংথিনা তম্বা হৌগৎলকপদা কবি কবি লমদগীনো খঙদে, নুপা-নুপী কাংবু কাংবু লাক্কুনা ঐবু হাযববিবনি হাযদুনা তৌই। ইমা, ইচে নত্রগা ঐগা কোইনদবা ব্রা ঙাংনবা যাবা নুপী অমতা ঐখোযগী ইমুঙদা লৈতে, ঐগা পাবুংগদা লৈবনি। পাবুংনা ঐগী য়ুম পানবগী মোৎ হংবা তাববদি ঐখোযগী লৈকাইদা ঐনা ইনে কৌবা মবিদি থোক্লদবা নুপী অমা লৈ। মঙোন্দা পাবুংনা ব্রা হেক হংই, ঐনসু খুমনিংবা ব্রা হেক হেক ইনেদা খুমই। অসুম্না লৈবকপনা ঐ বিঃ এঃ তম্বা হৌবক্লে। পাবুংনসু ঐগীদমক মওন-মওন খনবা হৌবে, ঐসু পাবুংনা হাযবদা মবে অমতা যেৎলোই হাযদুনা পুক্লিংদা লেপ্লি।

নোংমা ইনেনা ঐখোযদা লাক্লগা ইবেম্মা, হোবেন্দি নুমিদাংব্রাইবমদা তনান তনান লৈবমউ, ঐখোযগী ইচা ইযাশিং লাক্কনি। নংগী পাবুংগা মপা অদুগসু যাম্না খঙনবিবনি, ইনাক কৈবাক খুনবা, লাইবিক লাইশু হৈবা মীনি, থবকসু অচৌবা অমা তৌদুনা তলপ চাবিবনি। ইকাইজৈ, হোবেনসি নিপাশিং অদু লাক্লগা কবি কবিনো নখোযনা হেন্না খঙলিবনি, হৌজিক্কিদি চা লোনবা হাযবনে কবিনে নখোযনা তৌগদবদু তৌ। অহল লমন পুম্নমক খঙনববা বানি, নশা নশাদা অমুক্তং উনহনগে হাযদুনা ইনেনা শিনবনি। হন্দক্কি নিপাসিদি মপা চপ চানববা হাযবদুনি। মপা চানবোইদবা ব্রাদি ইনেদি তমদবনিদা। ঐ চৎলগে হোবেন্দো শোইদনা লাকনিকো হাযবন্নগা ইনে চৎখ্রে।

## ঐদি য়ুম পান্দবীনি

ঐহাক ব্রাখলগী ঈপাক্তা ঙাইহাক তাউই। মমৈদা চনিং তানা খস্থে ... হোয়, ঐসু য়ুম পান্দবদি যাদে। পাবুংনা ঐগীদমক নুংশাথিদুনা অমা অমা পংখন খনলি। লাইবিক তমনিংবগী ব্রাখলদা খন্দুনা পাবুংগী চহি যামখৎলকপগীদি ইখন-খললুদ্রে। নহা অহল ঙাক্লসু পুদে, কবিগুম্বা পাবুংসিনা হেক থুপখিবদা কনাসু লৈত্রবনি, ব্রাখল অসি পাবুংনা হেক খনবদা ঐঙোন্দা মুন্না-মুন্না যেংই, ব্রাদি হায়দে, ঐসু খঙদবদি নত্তে খঙই অদুবু তুমিন অদুমক লৈনৈ, ব্রাফম কয়ামকমসি মথং মথং খনলুবে, হন্দক্কি অসিমদি পুক্লিংদা যানিংবা অমা পোক্লে। ব্রাখল অসি হেক লাকপদা ঐগী হকচাং অসি ইতোপ তোপ্পা নুংশিৎ অমনা যৈববগুম অনৌবা ইবাং অমা ফাওবকই।

মতম অদু অয়ুক্কি চাক চানবা মতমনি, অদুবু ঐখোযগী ইমুঙদি ঙন্না চাক চাদুনা তোক্লবনি। নুমিৎ অদু পাবুংসু অবাপ্পা লম অমদা চৎখি য়ুম অদুক চাউবদুদা ইতোমতা লৈ। ইমুঙগী কা খুদিংমক হনগৎ হন্দা চৎলি। পুক্লিংসি ইলাং লাংই, মতিক চানা লাইবিক হৈবরা, থবকসু অচৌবা অমা তৌদুনা তলপ চাবিবা, ইনাক কৈবাক খুনবা অচৌবা মচানি হাযবা অসিনচিংবা মথং মথং ... ... । অমুকসু খনলি, মখোযনা লাক্লগা কবি কবি তৌবা হৌনবা, চাগী কপ-প্লেটনচিংবা যেংশিনলি, থোইদোকপা অব্রাৎপা উদে। ইলায লাযনা অমুক ঐগী ফমুংদা ফমদুনা লৈথোকই, ঙাইহাক ফমলগা ইমুঙ লমযাযদা হনগৎ-হন্দা চৎলি। মিংশেন যেংই, ঐবু খবা কেনা লৈশিবা, কবি কবি শেৎসিগে - হেবা মমল যাম্বা ফিনা কেবা হাযবসি অঙাংগী থবক্কি, য়ুমদা ইচম-চম্না লৈবগী মওংদা লৈবনা হেন্না ফজে অসুম্না মিংশেল যেংলমলগা থোবক্লে।

ইনেগী নুমিদাংব্রাইবমদু ঙাইবদা ঐগী অচৌবা থবক অমা ওইবগুম তৌবে, মফম অমদা তুমিন্না লৈবা হৈনদদুনা হনগৎ-হন্দা চৎলি, ইমুঙদো চৎপা পেনলক্রদুনা মপান থোবক্লে। ঐখোযগী ইশ্বোল মতোন ফাউবা চৎলি, ইশ্বোল মতোনগী পুম্বি মপান্দা ইশামক্লা থাজবা আত্তবগুলাপ অমা নিংথিনা শাৎকাইবমই। ঐনা চঙশিনলকপদা লৈবাং অদুনা লিবি-লিবি শিৎপা নুংশিত্তা লুম-লুম লাউববা মশা অদু পুবা ঙমদদুনা লৈ অদু লৈমাইদা থেংগদৌবে। ঐনা পামজনা থাখিবা লৈনি, মতম খুদিংমক্তা শাৎলব্রা পোম্লব্রদা যেংজবনি। নোংমতসু শাৎপা উখিদে, নুমিৎ

কর্যানিমকম ঐনা লৈকোল চঙলুদ্রবনো, ঙসিদি লৈবাং অদু চফূ শানা শাৎলম্লে। আত্তবগুলাপ্না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা য়েংলি, ঐহাকসু খঙহৌদনা নোকই। লৈগী মনাক্তা তপ্না চঙলগা মাগী অনৌবা লৈখোক অদু খুৎনা পাযবিদুনা লৈগী অৰুম্বা অদু পুবিখি।

লৈবাংগী লৈনমনা ঐঙোন্দা পুল্লপ চঙশিল্লকতুনা হকচাং অমসুং পুক্লিং অসি লৈনম অদুদা তাউদুনা লৈবগুম তৌই। ঐনা মতম কুইনা মখোঙদা ঈশিং চাইজবকপগী মহৈ ফংলে। পুক্লিং অসি নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউবে লৈবু উবগা অনৌবা ব্রাখল কয়াসু পোকলকই। ঐগী মিৎযেং অমসুং পুক্লিং অসি ঙাইহাক অঙাংবা আত্তবগুলাপকা মাইযোক্লে, পুখ্রিবোমদা অমুক যেংই । ঈযাইদা থবো কযামকম পোমলিবদুগী মবক্তা, অমদি নিংথিনা শাৎপা উবে। লৈবাই অকোয়বদা লৈবাক লৈ, চন্দ্রমুখি অমসুং কবোকলৈনচিংবা লৈবাং কযা শাৎলি। যেংখি-যেংখিবা মাইকৈদা লৈবাংগী জাৎ সুনা উবে, ঐগী পুক্লিংগী লৈকোলগা মপানগী লৈকোলগা তিন্নখ্রমানলে - ঐগী পুক্লিংগী শেমপাকতা লৈগী জাৎনা থনলে।

পুক্লিংগী ব্রাখল, থম্মোইগী ইহৌ অনিমক তিনখ্রে; লৈকোন্দগী থোবকপা ঙমদ্রে। লৈনমগী লাংনা ফাবে লৈবাংশিংগী শকফমদা ঙাওবে, ঐগী পুক্লিং হকচাংসু লৈবাংগুম নৌবে। আত্তবগুলাপ্তা হন্না যেংদুনা খোঞ্জেল থোকতবা ব্রাহৈনা ব্রাবি কযা শাজে মাবু তপ্না নানবি, ইনেগী নুমিদাংব্রাইবম অমুক নিংশিংলকই। লৈকোনগী ব্রাখল থাদোক্তুনা মপুং ফাববা ঐগী হকচাং অসিদা নুমিদাংব্রাইবমগী অকুম্বা ব্রাখল হাপকৎতুনা তপ্না যুমলোমদা অমুক চঙশিনলকই।

মাঙ্গোলদগী দাউী কাখৎতুনা ইমুঙগী থোঙজিন কানশিনলে, ফক্লাংদা থেৎলিবা মিংশেল চনবা ইমাগী ফোটো অদুগা মাইযোক্লবে। নুমিৎ খুদিংগী উবিবা ফোটোনি ঐগী ব্রাখল পুক্লিং ইহোং হোংখ্রমানলে অহিংবা থব্রাই যাউবিবা শকফমগুম ইমানা ঐবু যেংদুনা লৈবে। ইমাগা ঐগা মিৎ চানবে মওন-মওন খন্দুনা মিৎলুদা পিনা চোৎলে। ইমাগা ঐগী কাইনবমদাইগী পুংজাদো ঐগীদমক বাখিবা শকফমদো নিংশিংলকই। মথংগী কা অমদা লানশিনলি ঐগী তুম্ফম কানি, অচৌবা হকচাং চনবা মিংশেল অদুদা অমুক ইতোমতগা মাইযোক্লবে। ইশাগী মুর্ত্তি যেংবদা অতোপ্পা ব্রাখল অমা অমুক পোকই, নুংঙাইব্রা অব্রাব্রা খঙদে, মতুংদা ঐগী ফমুংদা ফমই,

লাইবিক লাইশু থমলিবা পুম্নমক্তু কোযবৈ লৈদুনা যেংই। মমৈদা বেডিও উবদুন খুদাং ঘড়ী যেংলগা বেডিও থাই। মিববা খোঞ্জেল অমা থোবকই, খোঞ্জেল অদ্ অসুম্না তাবগুম তৌই।

"যৌবন মপুং ফাবদা
রাখল ঈপাক ঈযাইদা
থম্মোই' থম্বাল শাৎপনি
নশাগী লৈনমদা ঙাওবেদো।
তাইবং ঈপাক যৌদনা
নংগী পুক্লিং পুখ্রিদা
হিবাক্লনি চেকশিনলু
লম্ফাংবদি তাইবংনি।"

ফুক হৌগৎলি, পোখাফমসু খণ্ডদে, নুংঙাইফমসু খণ্ডদে, বেডিও মুথৎলি। লমযাযদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি, অব্রাংগী থোঙনাও হাংদোকই মেমা মেমা কৌই। মখোয়গী থোঙনাওদগী নুপীমচা অমা মঙক থাঙ্গৎলক্লগা ইচেমা ঐবু কৌব্রা ? অং কৌই, নংবু কবি তৌবিবগে, ঐখোযদা ফমসি লাউ, রাবী শাসি। হোয হোয. লাক্কে। প্রপ প্রপ চেল্লক্তুনা ঐগী নাক্তা লেপ্লবে, ঐখোয অনিমক ঐগী ফমুংদ ফমিন্নে।

মেম্মসি চাউবেনহে ... মনঙ্গলদা পোপ পোপ ফুই, মুন্না যেংলগা অমুক হায - মেমা নংবু পবিক্ষা ঙমলক্কদ্রোও ? কবিগী ঙমদনি, শোইদনা ঙমগনি, এ ইচেমা, ঐখোয ইমানা ঐবু লাইবিক তম্বিবগীদমক কবি লৈগদৌনোকা হাযবনি ইচেমা নং কৈনোমতা হাযযুবা, পাবগী তলপ ফংলগা লৈহনগে, ঐনা নোক্ল খুমই - হৌজিক্তি নংনা অঙাং ওইবিবনিনা নংগী নতেং পাংফম থোকই। কবিগ লৈকনি, ইন্দোলদু লাকখিসনু ঐ হাযগে নংগীদুম লৈননবা। মেমা কান্নদে, লাইবিং কন্না তমগদবনি, যামদ্রবদা বিঃ এঃ ওইহৌদবা যাদেকো।

অদুদা ইচেমা নংনা ... । কবি তৌববগেনে ? কবিসু তৌদে। (মাযথো লাংশিনলি) হাযয়ুনে মেমা, ঐবু কবি তৌ হাযবগে হায়বা ? ইচেমা ন

শাউবোইদ্রা ? শাউবোই হাযযুনে। ইচেমা নংনা নয়ুম হেক পানখিবদা ঐসু লাইবিক তম্বা তোক্লগদবনি। ইমানসু-পাবনসু ঐগীদি কবিসু খনবিদে, তাদখোযগী ফী ফাওবা হুনবা ঙমদে। ঐদি নুপীনি তোক্লো হাযবক্কনি। অসুম্না ঙাংনবিঙৈদা ঐনা খোঞ্জেল অমা তাখি হায়দুনা মমাঙথোঙলোমদা য়েংথোক্লুই। যোৎকি কোম্থোং মপান্দা তনান তনান কাব অমা তপ্না থৌজিলক্লগা খামখি।

ঐহাক থোঙনাও মনাক্তা চঙশিল্লগা লোন্না যেংই, মেম্মসু তুংদা ইন্নবকই। ব্রাংবা চাউবা চপ মান্নবা নুপা অনিখক গাড়ীদগী কুমথবকই, অনিদুগী মনুংদা যেংহৌগদবা মীশক খঙলে, অমদি ঐখোযগী লৈকাইদা লৈবা মনুংলোমদা লাইবিক তমলুবা নুপা অমনি। নুপাদুবু ঐনা অসুক্কী মতিক মুন্না যেংহৌই, নুমিৎ অদুদা উখিবা শকফম অদু হৌজিক ফাওবা উবি, ঐগী থম্মোযদা যেকতুনা লৈবি। নুপা অদুমক্লা খোংথাং অনি অহুম চংশিল্লক্লগা ঐখোযগী যোৎকী গেট অদু মখুৎনা তাপ পাযদুনা হাংদোকই। মাগী মখুৎনা গেট তাপ পাযখিবদুদা ঐগী হকচাংদা পাযবকপগুম শ্বাই লাউই। ইনাক্তা খুনিং কাংখৎতুনা লেপলিবা মেম্মদা ওনশিন্দুনা - মেমা চৌকি অনিখক্তা মাঙ্গোলদা থাংদোকউ হাযবল্লগা ঐসু ইমুঙদা চঙশিল্লকই। মেম্মাসু মশা খিং খিং লাউনা ইমুঙদা কোইচেন চেন্দুনা চৌকি অমমম থাংদোকখি। ঐসু ষ্টোভ থাগৎতুনা কোফি কপ অনিগীদমক থব্রাই য়াওনা হোৎনবি। মেম্মনা কোফি কপ অনি অদু ট্রেদা হাপতুনা পুথোকখ্রগা মখোযগী মমাঙদা থাবিবা টেবল অদুদা থমলুবে।

ঐহাক অমুকসু থোঙনাও মনাক্তা চঙশিন্দুনা লোন্না যেংলি। ইনেনা হাযবম্বা ব্রাশিংদো নিংশিংলকই মশক ফজে, লাইবিক হৈ, অচৌবা মচানি, পুম্নমক ইযা যাবে ইনেনা অমতা হেঞ্জিন্না হাযদে। ইনেনা চিৎথবা অমদুম লৈবে নুপাদুগী মশক মতৌ উবদা নং শুমহৎকনি হাযবা বা অসিমদি থাঙ্গৈশেংনা ইনেনা চিৎথবনি। নুপা অনি অদু অনেম্বা খোঞ্জেলদা বাবী শানৈ, ব্রাবী শানা শানা ঐগী কোফিদুসু থকই। ইশা কোফিসিবু কমদৌবিদৌনো ঐ খঙদ্রে, খিত্তং থুনা শেম্মনখ্রমাল্লে। মখোযনা শানবিবা ব্রাবী অদুসু মযেক কযা শেংনা তাদে। ঐনা তানিংবা ব্রা অমদি তাহৌবে। ব্রাহৈ অদু ওস্থোক্লসু পামজে নুপা অদুগী মিংনি, অতোপ্পা অমদুনা পনখিবদগী তাহৌবনি। নুপা অনিদু ঙাইহাক ফমলগা - মেমা ঐখোয চৎলগে হাযবল্লগা চৎখ্রে।

"বিমোলবাবু" হায়বা মিংসি তোইনা শোনজে। ইতোমতা শোনজবদগী পেনলকতদুনা কবিসু খঙজদ্রবি মেম্মদা - মেমা, "বিমোল" হাযবা মিংসি নুংশিদ্রা হংই। মেম্মনা ইপঙ পঙনা খুমই যাম্না ফজে নুপাগীনা "বিমোল" নুপীগীনা "বিমোলা" ইলাই লায়না খুমদোবকই। ঐ খংপ্রেক খংই। নুপীমচা অসিনা বিমোলগা ঐগবু খুৎ শমনহনবগুম তৌবে। "ঐগী পুক্লিং ৱাখল অনিমকসু বিমোলদা অসুম অসুম চঙশিনখিবনা ঐগী হকচাং অসি বিমোলগা লোযনদুনতা লৈবে, ঐসে বিমোলগী ওইবে হাযবদা ঐ যাবে।

নুমিৎ নিনি হুমনি হৌখ্রে, নোংমা ইনে লাকই। ঐগী মোৎ হংবা লাকপনি, ইনেবু ঐনা তবাম তবাম তৌই। থোইদোকপা ৱাবী শানদে, পাবুংসু যুমদা লৈবা মতম থোকই। অশম্বা ৱাহৈদা ইনেনা অসুম্না হায - কবিসু ৱাকনুদা ইনেনা ফনবা শিনগনি, অচোপ অবেম খঙবা নুপানি, নঙগী চোপনবা খক তৌবোই, নংবু কবি হাযনিংবা লৈবগেনে ? ইনেগী ৱাহংদা ইকাযজবনা লু লুকথৈ, নোক্তমক নোকই খুমদে। পুক্লিংদদি খুমই - "ঐনা হেক পাম্বা নুপাদো মহাকনি।" অশিংবী ইনেদু ঐগী পুক্লিংগী পাউখুম তাখ্রমালে অসুম্না মখা তাবকই - মীওইবগী হৌনবনি কুঠি যেংবা হায়বা অমা লৈ, অদুনা নংগী কুঠি অমুক্তং লৌগে লাকপনি। ঐনা থুনমক কুঠি লৌথোক্লগা পীখি। ইনেসু থবক লৈহৌই চৎলগে হাযদুনা চৎখ্রে, চৎন-চৎনা হাযবমই - কৈদৌগে নংসু ঐখোযদা নোংমতসু মবাকউ চাক চবা অমতসু মচাবো। ৱাহৈ অসি মাঙ্গোলদা ফমলিবা পাবুং তাই, তাননবা হাযবা ওইবিদ্রা খঙদে। পাবুংগা ইনেগসু ৱা অমা অনি ঙাংনখিবগুম তৌই। পাবুংগী মমাঙদা থোবকপা ইকাইদুন ইমুঙদা লৈ, পুক্লিংদা ইনেবু থাগৎলি।

——— (***) ———

# ইচে তোম্বী

মথংগী নুমিৎনি। মমলি মমলি তৌবে, ইনেনা থাবকপনি হাযদুনা মৌ নহা অমা লাকই। ইনেগী যুমদসু মবক মবক্তা উই, ইচেতোম্বী হায়না মযাম্না খঙনৈ, ঐগদি অমুক্তা কৌনদে। শকতি অদুমক খঙনৈ, ইনেগা কবি থোক্লবা কবি থবক তৌবা শুকখঙ-খঙদে। নুমিৎ অসিদা ইচেতোম্বীদো ঐবু ইকোয় কোয়দনা - ইবেম্মা ! নংগা উনরু হায়দুনা লাকপনি, পাবুংদি লৈতেকো। পাবুং চৎথোকখি, হনজিনলকত্রি ঐনা খুমই। কবিমতা চিংনগনু, ইচে ব্রা হাযগে হায়বগা ইচেতোম্বীনা ঐবু খুৎ পাযদুনা ইমুঙদা পুশিনলি।

বিমোল বাবুদো থোঙ্গালদা ঙাইদুনা লৈহৌবে, নখোয় অনিগী দষানা যাদবদগী নোংমতং চেললুই হাযবদু থোক্তবা যাদ্রে। ইবেম্মা ইনেসু পাবুংসু খঙলবনি অদুনা পাবুং লেংশিনলকত্রিবনি। থুবো চৎলসি নুংদাংর্দদি ঙন্না হনলকই ঐবু ইতোমতা অমুক্তা লৈহন্দে। মথংদা ইনেনা ঐবু লুনা তৌবদু নিংশিংলকই, ঐনসু ইমামক্লুম খনলি। পাবুংগা ইনেগনা শীনবনি খললুবনবা নত্রগা নুপী ওইবগী ব্রাখল হাযবদুবা খঙদে - "বিমোল" হাযবা মিংসি হেক পনবদা যানিংদবা অমতা লৈত্রে। মাগী শাওং, শাবান অমসুং ঐখোযগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা ঐনা শেন্বা কোফি থর্কাখবা পুম্নমক মথং মথং নিংশিংলকই। ইচেতোম্বীনা হাযবা যাদুনা ঐ যুমদগী মপান থোবক্লে।

জীপ অমা লৈবমই, বিমোল বাবুনা গাডী মনাক্তা লেপলমই টুপী অমসু উপকুম তৌই। নুমিদাংনি হাযদুনা তৌমাল্লে। মাবু উবদা ইকাইজবনা ইতোমতা ব্রাই পংচিন্দা চিনজৈ। ইচেতোম্বীগা ঐগা গাডী কাখৎলে ফম্ফমদা ফমিন্নবে, ঐখোযনা হেক ফমথবগা গাডী থৌবে। কিলোমিটব ১০ মুক থৌবগা যুম অমদা ইচেতোম্বীনা ঐবু পুশিনলি। ইচেতোম্বীগী মশক কুইনা উৎলমদ্রে, যুম অদুদা লৈবী নুপী ১/২ দা ঐবু শিন্নবমই। ইমুঙ অদুনসু ঐবু যাম্না লুনা তৌই। ময়াম ইলাং লাংনবিঙৈদা

খঙহৌদে মতম থেংজিনখ্রে, ঐখোয় পুম্নমক নুমিদাংগী চবা চানবে। ঐবু তোঙানবা কা মচা অমদা থম্বি, থাংমৈ মচা অমতং থানবী।

বিমোলা তুমিন লৈখি ... মযাম্না মখা লিথবো তক্লবি। বিমোলানা মচানুপীদা যেংলগা - ইবেম্মা মাঙ্গোলদা ফমলিবা অহল-লমনশিংগী হিদাক-লাম্বুক, চুরুট-বিড়ী কবি কবি ব্রাংলিবগে অমুক্তং যেংলুচো হায়। বিলাসিনিসু মযাম মবক্তগী হৌগংতুনা থোকখি। বিমোলানা ব্রাবী শমথবকই - ঐসে কয়াদা লাইবক থিখ্রবিনো ইচেতোম্বীবু থাজকবদগী ঐগী পুন্সি মাংলে, অহিং চবুক অদুদা খঙলক্লে নিপা অদু বিমোলবাবু ওইবমদ্রে ... মযাম পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

ঐহাক শিনি নানি খঙখিদ্রে, নিপা অদুগী মাইযোক্তা চপ চানা লেপতুনা ঐগী পুন্সি মাংহনবগীদমক নুপা অদুবু কবিসু লৈতবা নুপী ইমান্নবীগুম খনখ্রে। কবিগুম্বা ঐগী খুত্তা থাং পাযবম্বা থোক্লবদি ঐ শোযদনা মীহাৎপী হাযবদু ওইবমগনি। অমুকসু খল্লি ঐসি লাইবক ফবীবা, নত্রগা লাইবক থিবীবা ? নিপা অদু ঐগী মাইযোক্লবগী আশা লৈবমদে, ওন্থোক্লা মীনুংশি খঙবা নুপা ওইবমই। ঐগী থব্রায শোক্লা নুংঙাইতবা উবদা অমসুং অশাউবা নিংবা কাযবগী ব্রাহৈ মতেক মতেক তাবদা মহাক্কী নুপা ওইবগী মপাঙ্গল মথৌনা পুম্নমক মশাদগী হিকতোক্কুনা তাখ্রে। মরু-মবা ককখ্রবা উপালগুম ঐগী ইমাঙদা লেপ্লা ঙমদ্রে। নুপা অদুনা মশাগী মবাল শেংদোবকই ইচেতোম্বীনা শেল কযামকম লৌথোক্কুনা নত্ত-নত্তবা ব্রাহৈ কযামকম হাযজিন্দুনা থৌদোক অসি থোক্লিবনি।

ইকাই অকি হুন্দোক্কুনা অমুকসু নুপা অদুদা হাযবে - ঐদি ইপুবোইবা লৈবিনি, বিমোলবাবুবু ইপুবোইবনি হাযনা পুক্লিংদা লেপখ্রে। নুপা অদুনা বিমোলগী মিং তাবদা মপোক তবেৎলক নবক তাবগুম মশাবু মশা মতোমতনা তুক্কচবগুম তৌবে। যাম্না লুনা তিন্নবা মরুপনি হাযবে। নুপা অদুগী পুকচেল অদু উবদা নুংশিবা পোকই। মাংজৌননা বিমোলগী মিং পনলম্বা থোক্লবদি নুপা অসি কযামুক পুকচেল চাউবনো হাযবা খঙজবমগদবনি। অদুবু ঐগী লাইবক্তি ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা ওইনা থোক্লে। নুপা অদু মক লুকথনা লৈবমলগা "ইচেতোম্বী" হাযবা খোঞ্জেল অমা যাম্না শাউনা পনলম্লগা অহিং অদুদা মপান থোকখ্রে। নুমিৎ অদুদগী ঐগা উনখিদ্রে। "নুপী ওইবগী ফজবা মিংচৎ মাংখ্রবী ঐগী ব্রাখলসি নুপা অদুদা থমগদ্রা, বিমোলবাবুদা থমখিগদ্রা? বিলাসিনিসু চংলকতুনা সোবোজিনিগী মনাক্তা ফমলবে।

ঐনা য়ুম অদুদা কয়া ৱানা লৈবা, কবম্না তমগনি। শেংলবা থম্মোয অসিনা বিমোলবু শোঞ্জবম্বদো হৌজিক্তি কবম্না শোনগনি, কবম্নসু কাউগনি। কনাগী আশা তৌদুনা হিংগনি। অসুম্না লৈবিঙৈদা পাউ খবসু মথং মথং তাবে, ইচেতোম্বীনা পাবুংদা ওন্ন-তৈনবা পাউ তমশিনখ্রে বিমোলাদি মাগা লাইবিক তম্মিন্নবকপা লৌন-লৈনবা যাদবা মণিপুব ৱাংমদগী নুপা অমদা চেনখ্রে, মণিপুব ৱাংমা লানখ্রে, বিমোলবাবুবুসু চংহাৎ হাৎলম্লে। ঐখোয পুম্নমকপুসু হিংনা হিংনা হাৎলমলে অসিনচিংবা তৌওম্বী নুপীগী হৈশিংবী ৱাহে কযামকুম শিজিন্নদুনা মশাগী মবাল পুম্নমক ঐগী ইথক্তা হৈজিনলম্লগা মশা নাম্থোকখ্রে।

পাবুং পাউ অসি তাবদা পৃথিবিসি নিংখাযদুনা মঙোন্দা ননবগুম তৌবে। লেপ্লা ঙমদদুনা ফমথবে, মরু লুকথনা তুমিন ঙাইহাক লৈবগা ৱা লান অমত্তা ঙাংলমদনা ঐখোযগী লৈকাযদা লৈবা বামোন লাইববা অমবু কৌবগা য়ুম ইখ্নোল পুম্নমক লোইনা পীথোকলম্লে। ইমুঙ অদুদগী পাবুংনা পুগদবা পোৎ-চৈ খবা যোমলগা বিমোলগী মপাগা ৱাশক্নখিবা ঙাকপা ঙমলমদ্রে মাগী মমাঙদা মায উৎপা ঙমলবোই হাযবমলগা পাবুং মণিপুব থাদোর্কখি।

ইচেতোম্বীগী ফৎতবা থৌবাং কযাদা মবীক চুমখ্রবনো অতোপ্লা নুপা অমদুদনা বিমোলাদি নংনা হুন্দোক্লস্বা অহিং অদুমক্তদা নঙোন্দগী হেন্না শেল পাযবা মাগা হান্নদগী খঙনবা নুপা অমদা চেনখ্রে হাযবে। হৌজিকতি ইপানা হুন্দোকপিবে, ইপুবোইবনা হুন্দোকপিবে থম্মোযনুংদা লাৎচবা মুর্ত্তি অদুসু মুথৎপিখ্রে; ঐহাক লাইবক থিবী ওইবে। ইপা-ইমা ইচিন-ইনাও হাযবা অমগা অমগগী চান্নবা নুংশিবগী লিপুন অসিনা পুন্দুনা লৈবক্লবসু ইচেতোম্বীগী খুজিন্দগী লিপুন অসিদগী নানথোক্লে। ইহাং হাংবা কনাশু লৈত্রবা লমহাং অমদা পুন্সি লেনবা তাবে। ৱাখল অসি খললুবদা ইতোমতা শিজবগে নিংলে। অদুবু ইচেতোম্বীনা লাকচখিবদু কবম্না কাউগনি শিববসু মাতগা লোযননা শিগে খন্দুনা ইশাদা অথৌবা ছুডি অমা লোইনবে, ইচেতোম্বীবু কোইথি থিকবে।

পাউ অমা তাবে মোডে লক্ষ্মীদা অবোনবা পোৎ পুদুনা চৎপনি, থনাগী গাডীনা তান্নবকপদা মখোযগী গাডী গুকুং চৎপনি। মী মবি যাম্না থিনা শোকই, অশোকপা মবি অদুগী মনুংদা মযাং মহাজোন অমা য়াওই থনানা কুইনা শিংদুনা

লৈরক্লবা ময়াংনি। নুপী অমতং য়াওবা অদুদি খুদকতা শি, শিরিবা অদু ইচেতোম্বী ওইরে। হৌজিকতি ইচেতোম্বীবু থিরকপা লম্বী লমথুংফম য়ৌরে, ইচেতোম্বীগী মমং উরে। লম্বী অসিদগী ঐ হনলকপা তারমই।

শক খঙনদবা করিসু-করিসু থোক্লদবা চুম্না মতম খরা লৈমিন্নরকপদগী নুংশিনবা পোকতুনা অমগা অমগা মমা মপাগুম মচিন মৌপ্বাগুম মতেং পাংনদুনা ইমুঙ অদুগী মীশিংগা ঐগা ইমুঙ অমতগী মীগুম লৈমিন্নরে করম্বা সংসার কৌবনো খঙদে মফম অসিদসু পুক্কি চিঞ্জাক, থম্মোয়গী চিঞ্জাক শুনা ফংই। মপা-মমা মচিন মনাও হায়বা ঈগী মরিনা শেম্বা সংসার অসিদগী নিংবা কায়রক্লবা কনাগুম্বা মীনা অশিবগী খায়াৎপু কাউথোকতুনা অসিগুম্বা সংসার অসিদা খুন্দাবা য়াই হায়বসি ঐ খঙবগুম তৌরে। অনৌব জগৎ অসিগী নুংশিৎ নুংশানা য়েবদা অনৌবা ব্রাখল কয়াসু পোকলক্লে। হৌজিক্তি মমাংঙৈগী মতৌগুম নুপীনা নুপাগী পাঙ্গল মরুমদা থুপতুনা হিংবগী মতম নৎত্রে। নুপা অমনা সমাজ অসিদা তৌবা ঙম্বা অদুক নুপী অমনসু তৌবা ঙমগদবনি। নুপা অমসুং নুপীগী অপুনবা জগৎনি। নুপীগী পাঙ্গল খরা হন্থবা উবদা নুপীবু নুপাগী যৌজান্দা হিংবগুম খন্নরমই।

ইতিহাসনা সতি খোংনাংগী ব্রারী লিদুনা তাকলি - মপুরোইবা শিখ্রবি নুপীগী পুক্সি হিংলুদুনা কান্নদ্রে, মপুরোইবগী থব্রাই য়াওদ্রবা হকচাংগা অহিংবা হকচাংগা চপ মান্নরে খন্দুনা হকচাং অনিমক মৈ থাদোকখি। মসিবু অচেৎপা নুংশিগী লিপুন্নি হায়গদ্রা, মতম অদুগী নীতি ঙাকপনি হায়গদ্রা? খন্থবদা য়ৌদবা হেন্না ফজবা অর্থ অমা মনুংদা লৈরম্বসু য়াই, অর্থ অদুবু খৌরাংনা থিরক্কদবা নুপীদি অনৌবা সমাজ অসিদা থোরক্কনি থাজদ্রে। তুগী ইতিহাসনদি ব্রারী অসি অসুম্না ওনখিবা য়াই - নুপাগী পুক্সিদা তাংজদুনা হিংবা নুপীগী পুক্সিনি হায়না খনলুবদগী অহিংবা মশা অদু অশিবগা মান্নরে খন্দুনা মৈদা দান তৌবা ঙমখিবনি।

হৌজিক্কী ব্রাখলগী মঙান্দা অশোনবা নুপীগী অকনবা শক্তি উনরক্লদুনা নুপীবু পাঙ্গল শোনবী কৌনরক্লে, ব্রাখল অসিগী মঙালনা তাইবং শিনবা থুংলবদা ঐনা করিগী পাঙ্গল শোনবী নুপী ওইগনি। তাইবং ঈপাকসিদা মতোমতা থাদোকপদা হিংগদবসি নুপাদা নত্তে নুপীসুনি। নুপানা তৌবা ঙম্বদু নুপীসু তৌবা ঙমগদবনি, নুপাদনা ঙম্বা নুপীদি করিসু ঙমদবা জগৎ অসিদা “নুপা” “নুপী” হায়বা মিং অনিসি

লৈবমলোইদবনি। নুপাগী মিংদা পল্লগা নুপাগী থৌজান্দা হিংবা নুপীবুদি মমিং পল্লমলোইদবনি, অদুবু তাইবংপানসিদা "নুপা" "নুপী" হায়বা ময়েক অনি অসি নিংথিনা ইদুনা লৈ। "নুপী" ঐখোয়না লন্নাই অশোনবা খবা মাও থাদুনা পুথোক্লগা ঐখোযগী তৌবা ঙম্বা শক্তি পুম্নমক্কি মথক্তা অশোনবগী মমি হেক-হেক তাহনলি, উকম লাংহনবগী অশোনবদু অসুম অসুম কুইশিনলক্লগা নুপীগী অশোনবা জগৎ অমা নুপীতনা শেমজবনি।"

——— (***) ———

# শক খঙদবি ইমা

ঐহাক পাঙ্গল শোনবী ওইদ্রে, ইমুঙ অদুগী নুপা নুপীশিং অদুগা লোয়ননা শিন্থাদুনা পুন্সি চেংজেন তানবা হৌবে। কযা কুইনা নুপীগী শকফম লৌগনি, ঐহাক ইশা ব্রাই শংদ্রবীনি। ইমুঙ অদুনা অযুক নুংদাংগীদমক মীঙোন্দগী শেল পুবে। নোংমদি অহিং নোংযাই মতুংদা হকচাং অসি যাম্না ঙমলকত্রে, ইমুঙগী মী পুম্নমক হৌগৎতুনা মাইবা মাইবী চেন্নবে। নোংঙানলবা মতমদা জ্ঞান তাবে, অঙাং উনবে। ইনাক্তা মশক খঙদবী মীযাই চনলবী নুপী অমনা ঐগী সেবা তৌদুনা লৈবমই।

ঐনা যাম্না খঙনিংনা অহল অদুবু কনানো হংলমই। নুপী অদুনা খুমলকই ইবেম্মা ঐ নংগী নমানি, নংগী অফ-ফত্ত পুম্নমক পুগদৌবিব্রনি, ঐগী বাবী ব্রাখোঙদি কোন্না লিগে। হৌজিক্তি নংগী নশা নুংঙাইনবতা হাযখো। কবি চানিংই, কবি তৌগে, নশা না যেকপগী ব্রাদি খনলুবনু, নংনা খঙহৌদবননি, নংনা ঙাইহাক জ্ঞান তাদ্রিঙৈদা ডাঃ কযা, মাইবা কযা লাকলমলে, কবিসু তৌববোই হাযদুনা চৎনখ্রবনি। অঙাং অসিসু মশা ওন্থোক্লা ফগ্রে। অসুম্না ঐগী পুক্লিং নুংঙাইনবা ব্রাতা ঙাংবিদুনা অহল অসিনা থা ২/৩ ঐবু শেন্নবিবে, ইশাসু ফবে, অঙাং অসিসু নোংমা-নোংমগী চাউশিল্লক্লে। লৈবিবা ইমুঙ অদুসু অযুক নুংদাংগী লৈত-লাইব ব্রাবী শানখিদ্রে, অহল অদুনা লোযনা পুবিখ্রে। ঐখোয পুম্নমক্কী পুক্লিংদা অঙকপা অমা ওইবে, কদাইদগী নুপীনো লাইনা থাবকপদৌনা ব্রাববা মতমসিদা ঐখোযগী ইতেং পাংবিববিবসিবু ।

হনুবি অদুনা হাযবি - ঐগীদি ইচাসু ইশুসু লৈজদে, নংনা পোক্লিবা নুপীমচাসি ইশু ওইববনি। ঐগী ইবল ইথুম পুম্নমক ইশু অসিগী ওইবসনু নুপী মচা অ[illegible] সবু পোকপা নুপা অদুসু ইনাক-কৈবাক খুনখ্রবা নিংথেমচা অমনি। ঐনা হ[illegible] এং শিবগা কর্ম্মা তৌবিবক্লবনি হাযদুনা স্না লুপা খবদং ফীজিদা পুন্দুনা থম[illegible] ল, মসি পুম্নমক হৌজিকতি থমলবোই, ঐনা পান্বা অমতংদি হযেং শিব[illegible] । কর্ম্মদদি বৃন্দাবোন্দা তৌবিযু অসুম্না শমলপনা অহল অদুগী ব্রাবি লোইশি[illegible] নখি।

মতমসি খঙহৌদে ইচানুপী চাউবক্লে। লব্রাই মচি অসিদা লৈদুনা মাঙবা তাবে হাযদুনা মবোক্লা ইম্ফালদা লাইবিক তম্নবা থমখ্রে, ইমুঙ অসিগী অব্রাৎপসু ইমানা পীবকই অযাম্বা মতমদা মশুগী মনাক্তা লৈ। ইচানুপী মেট্রিক পাস তৌবে। কোলেজ কাবে। ইমা ইচা তোয়না উনবা ফংদে মবক মবক্তা উনৈ ঐগী আশা নুংঙাইবে। মপোক ফবি ইচানুপীগী আশাদা হৌখিবা অব্রাবা কয়া কাউবা ঙমলকপগুম তৌবে। নোংমদি ওন্থোক্লা ইকাই নুংশি যানবা পাউ অমা তাবে ঐ খনফম খঙদ্রে, খাঙফমসু খঙদ্রে - বিলাসিনি নোংমা-নোংমগী মীনা মশক খঙজিনলক্লে মাবু পোকপা মপাবুংনা মচানুপীনি হাযবা খঙলকপগুম তৌবে হাযবা পাউসিনি। নুপীমচাসিগী হৌবকফম ব্রাবি হেক খঙখিবদা মচানুপীবু মপাবুংনা মযুমদা পুখ্রগনি। ইচাগা ঐগা কাযনবগনি, মসিনি খনফম খঙদনা খাঙফমসু খঙদবা পাউ হাযবদু। ইমা শকপী অদুগা ব্রা পুম্ন মক তানবে, হনুবি অদুসু মপুক্লিংগী ব্রা পুম্নমক অখাকপা-লৈতনা হাযদোবক্লে।

ইমাগী মচিন্দগী খঙলে - নোংমা ঐবু যেংবা লাক্লম্বা বিমোল বাবুনা ইচেতোম্বীগী খুজিন্দগী অব্রাবা তাখিবা পাউ তাবদা ঐগী খোঙগুল লিবিবক্তুনা অব্রাবা মতেং পাংবিববনি। হনুবি অমা থাবক্তুনা ঐগী সেবা তৌহনলম্বা, ডাঃ মাইবা কযা কৌর্বিখিবা পুম্নমক বিমোল বাবুনা তৌবিবম্বা ওইবমলে। থাঙ্গৈশেংনা হাযববদা নুপী অসিদি যাম্না লাইববী যেনশাং নাপী ললোন ইতিক তৌদুনা চাজবীনি। ঐগী পুক্লিং নুংঙাইনবগীদমক হনুবি অদুনা মাগী মবল মথুমনি হায়বনি, শেংনা হাযববদা ঐগী পুন্সিবু ঙাকপি শেনবিনবগীদমক বিমোলনা নুপী অসিবু শেল যাম্না পীদুনা লৈববনি। অঙাং উনবা নুমিৎ অদুদগীনা ইচানুপীনা কলেজ কাখৎলকপা ফাউবগী খবচ পুম্নমক নুপা অদুনা পীবনি।

ইমাদগী অসিমসু খঙলে - বিমোলনা হাযবি, বিমোলানা কবি পাম্বগে নুপীমচা অসিবু পোকপা মপাবুংগা উনদুনা ব্রা ঙাংনবা পামলবসু শীনবিগনি নত্রবসু মানা পাম্বা অমা মতেং পাংলমগে হাযবি হাযনা। ঐ কবি খুমগনি, ইচানুপীবু পোকপা নুপানা অমনি পোকপদগী মপা শকনা শেম্বিবকপনা অমনি। ঐ কনাগী হাযবা ইনবী ওইগনি, কনাদা চঙজগনি।

নুপা অনি অসি উনলোইদবা লম্বী অমদা মাই ওন্দুনা চৎলগে লেপলে। ইমাদা অমুক হাযজবে অসুক কুইবসি বিমোল বাবুগী মতেংনা হিংলক্লে, হৌজিকতি

খঙলক্লবনিনা মাগী থৌজাল অমুক ঙাইবনুসি স্নাখ্বাদগীসু লাপনা লৈবসি। ইমা ইচা ঐখোয অহুম মচি অমদা কনাসু খঙহনদনা লৈকবসি হাযনদুনা লব্রায লম অমদা অমুক লৈকই। মফম অদুদা ওজা ওইদুনা তলপ খবা খবা চাজদুনা লৈবস্বা অদুসু পুকচেল চাউববা নুপা অদুনা শীনবিবদগী ফংবা থবক ওইবস্নে। লাইবক্তদি থিনা তমলমলবনিনা কুইনা ইংনা লৈবা য়াদে, লম অদুদা থোকখিবা থৌদোক অমা ইমা শকপি অদু মৈনা চাক্তুনা শিবে, অদুনা মানা পামলস্বা বৃন্দাবনগী কর্ম্মা অদুদি মশুনুপীগা মপুগনা পাংথোকপিবস্নে। মসিসু কবস্বা লাইগী খুজিন্নো খঙদে।”

বিমোলানা লীবিবা ব্রাবী অসি তাবগা ইবেমহললনা হাযবে - বিমোলাবু ইচেতোম্বীনা শীন-লাংদুনা পীথোকখিবা নুপা অদু মশক খঙলে। মীশক অদুদি খবা তপ্পা হাযবগে। নুপা অদুগী অহানবগী নুপী অদু মচা নুপা অমতং পোকলম্লগা ঙম্ভানা শিখিবনি। লৈকাইগী মনে-মন্দোলশিংনা পাখ্রা ওইনা লৈবা যাবা মী নত্তে হাযদুনা নুপী অফবা অমা কোইথি থিখি। নুপা অদুমক্তি “ইচানুপা অমসু লৈবে, মীগী মচানুপী লৈশাবী অমবু কবম্না লৌগদগে হাযজৈ,” হাযবিবা নুপা অসি মখোয পাবুংগসু যাম্না তিন্নবনি। ঐনা নোংমা মপাবুংদা নুপা অদুগী নুপী থিবগী ব্রাদু কবম তৌখ্রবগে হংবদা মপাবুংনা যাম্না শমনা - মথোং চাখিদ্রে, অদুদগী ইকাইখিবনা মণিপুবদা থোবকউ হাযবা য়াখিদ্রে হাযনা খুমই। নুপী অঙাংনা শীনবা থবক হাযবদু তাপ্লে হায। ঐনা মনুংগী ব্রা খঙনিংদুনা মখা তানা হংবদা মপাবুংনা কযা তাকনিংখিদে, ঐসু হংবা ঙমদদুনা তোকখি।

ব্রাফম অসি শোয়দনা ওইগনি হাযবদি ঐনা খঙবা অমগা লৈবি। ইচেতোম্বী হাযবা অমা গাডী গুরুং চৎতুনা শিখি হাযবদুদা খঙবনি। ইচেতোম্বীনা গুরুং চৎতুনা শিখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐগী ইপামগী মী খবসু মোডেদা জীপ তোংদুনা চৎখি। জীপ অমা গুরুং চৎতুনা মী শিনবে হাযবা তাবদা ঐখোয পুম্নমক নুংশা থীনদুনা মফম অদু তান্না চৎলুই। ইচেতোম্বীনা শিবস্বা মীশি অদু উবদা নুমিৎ নিনি হুমনিদি ইতোমতা লৈবা ঙমলুদ্রে। ইশ ! ঐ, তুং চুংই ... ... মাগী মীশিদু ঐদি চপ চানা উবক্লবনি। মফম অদুদা তিনলস্বা মীযাম অমসুং থনা মযাম অদুনা ইচেতোম্বীবু খঙদবা যাওবমদ্রে। মীয়ামদুনা ঙাংনখিবা ব্রা অমা হৌজিক ফাওবা নিংশিংলি। নুপী অসিনা নুপা অমদগী শেল তপ তানা লৌথোকলে অদুদগী মীগী মচানুপী থাজখ্রবা অমবু নমথাক তৌদুনা

পুথোকখ্রগা নমদুনা পীথোকখি। থৌদোক অদুদগী নুপীগী ইমুঙ অদুসু কাযনবে, নুপা অদুবু নুপী অদুনা যাদবদগী ইকাইখিবনা মযুম থাদোকতুনা চৎখ্রবনি। অসিগুম্বা থৌবাং অসিদা তৌদুনা মাগী পুক্নি লেল্লক্লবনি। মদুগী হাযকুববদি মাগী মীশি অসি মবানগা চপ চানববা মীশিনি। কবিসু নুংশিফম থোকতে হাযনৈ।

মযাম অদুনা নুপা অদু কনানো হংনবে। ইবেমহলনা তুমিন ঙাইহাক লুকথবগা নুপা অদু অতে কনাসু নৎতে, ঐখোযগী ইবুঙো স্নাজাউবগী মপাবুং মোইবাংখোমগী স্নাখ্বানি। স্নাখ্বাগী মচানুপী অমা মীগী যুমদা লৈদুনা লাইবিক তমলি লৌশিনলুনি, যুমদা থমগনি হাযবা ব্রা অমসু নিনফুং নিনফুং তাখি। ব্রাফম অসিসু মখোয পাবুংগা তানখিবদগী খঙহৌবনি, অদুদগী ঐখোয ইমুঙগী দষাসু অদুম হৌখ্রে, মফম খঙখিদ্রে।

বিলাসিনিনা নহানমখৈ যাম্বুং স্নাজাউবা হাযনা যাম্না নুংশিনা অমসুং হঙ্গোইনা লোইনবদু থাঙ্গৈশেবা মবুংমক ওইবম্বদুদা ওন্থোক্লা নুংঙাইবা পোকই। বিলাসিনিনা হায - বাফম অসি চুমগনি, নোংমা তামোনে, সোবোজিনিনে ঐখোয অহুম যাম্বুং স্নাজাউবগী যুমদা চৎলুই। যাম্বুংগী ফম্ফম কাদা ঐখোয মযাম চা থর্কালিঁডেদা যাম্বুংবু পোকপা পাবুংদু চঙলকতুনা ঐখোয মযাম্ব তবাম তবাম কৌবিখি। পাবুংগী মিৎনা ঐখোয পুম্নমকপু কোইলৈ কোইলৈ লৈদুনা যেংলগা অবোইবা মিৎযেংনা ঐঙোন্দা থমলগা সোবোজিনিবুসু কোনশিনবগী ব্রাঙাংদা - ইবেম্মা অনিদি কবি কবি থবক তৌবি হংবদা ঐনা চাগী কপ পাযনা পাযনা খুম্বা ঙমদদুনা চাগী কপ থল্লগা ফম্ফমদগী হৌগৎপগুম তৌবগা - পাবুং ঐনা কলেজগী ওঝানি, ঐগী মরুপসিনা ডাক্তবনি হাযনা খুমখি।

ঐগী চিন্দগী "পাবুং" হাযবা বাহৈ অমা থোকখিবদো ঐ ফাউবা খঙহৌদবগুম তৌই। ঐগী মওং অদুদা পাবুংনসু হেন্না নুংশিবীবা মিৎযেং অমা যেংলগা ঐখোয পুম্নমকপু ইকোয কোযবনি হাযবগী মতাগুম মপান থোকখি। নুমিৎ অদুদা ঐগী পুক্নিং হকচাং অনিমক পাবুংবু উবদা অকিবা অমসুং নুংশিবা অনিনা তিন্দুনা নিকখিবগুম তৌই। মসিবু মপা মচাগী প্রেম হাযবদুবা?

ঐনা মহৌশাদগী হৌনা যাম্বুংবু উবগা পুক্নিংদা অইংবা নুংঙাইবা অমা হেক হেক পোকই, যাম্বুংগী যুমনি হাযদুনা হেক চঙলকপদসু পুক্নিংদা হবাউবা অমা পোকই। মথোন অনি ব্রাংবা দলান অদুগী মনুং মপান পুম্নমক কোইচৎ চৎতুনা

য়েংনিংবগুম্বা অমসু ফাউখি। য়ুমগী অকোযবদা শাৎলিবা লৈ-শুশিং অদুবুসু কোইচৎ চৎতুনা যেংলুই। উক উকবা খুদিংদা ঐগী পুক্লিংসি ইনুংতা নুংঙাইখি। য়ুম অদুদা থবক শুদুনা লৈবম্বা মী ২/৩ অদুনসু অমুক্তা উখিদ্রিবা ঐবু উবগা হবাউবগুম উই। ব্রাফম পুম্নমকসি নিংশিংলুবগা থাজবে - ঐবু পোকপা পাবুংনি অমসুং পাবুংগী য়ুমনি।

ইবেমহল - মপাবুং অমসুং মযাম্বুং স্নাজাউবনা ব্রাসি হেক তাখিবদা খুদক্তা লাকতুনা বিলাসিনিবু লৌববগনি। মপাবুংগী চাউববা দলান অদুদা মনাই মশন খবা নৎতনা মপা মচাদা লৈবিবনি। মচলনি হাযবা হেক খঙখিবদা মপাবুং তাকলম্বা নংলোই, ইবুঙো স্নাজাউবনা চেনলক্নুনা লৌববগনি, ওম্থোক্লসু লুনা তৌজখ্রগনি, মনাও অমা মচল অমা লৈ হাযবসু নত্তে, মচে মনেম খবা লৈবদুসু লৈজবা হাযবদুনি।

ঙসাইমখৈ মাঙ্গোলদা ফমলম্বা মধুবাবুগী মকুপ মপাং মযাম মধুবাবুগী মঙ্গোল ওইবগী পাউ মথং মথং তাবে। শানগদবা ব্রাবী ব্রাতাই খবসু শানবদুনা লোইনা হন্নখ্রে। মধু, ইবোবী অমসুং ওঝা গোপাল মখোয অহুমতমক ঙাইহৌবে।

মধু - পাবুং ঐবু কবিগুম্বা অমতংদি . . ।

হাযযু, নংনা কবি হাযনিংবা লৈবিবগে ?

পাবুংনা ঐনা অব্রাবা তাবিঙৈদা নশুগী মহৈ তম্বদা চঙখিবা শেল পুম্নমক পুথোকপিবল্লে। হৌজিক্তি সবকাবনা লোইনা পীবিবনি হাযববনিনা পাবুংগী চঙখিবা শেলশিংদু অমুক হন্দোকচবগে। পাবুংনা চাউবাকপা হিসাপ অমতং ...।

ওঝা - ঐগী ইবল-ইথুম পুম্নমকতু ঐগী খুৎতা অমুক হাপ্লগা কবম্বা নুংঙাইবা লম্বী অমা অমুক ফংলুখিগদগে। ইবন ইথুম পুম্নমক মফম চানা শিন্নবে, মফম চানা দান তৌবা ফংলে হাযদুনা নুংঙাইজবিবনি। নচানুপাগী মহৈ তম্বদা চঙখিবা শেল, ইশুনুপীগীদা চঙখিবা শেল পুম্নমক নচা ইবোচাউবদা শিন্নখ্রবনি। ইবোচাউবদুনসু লেম্না লৌ হাযবা যাখিদে, মমৈদা শিন্নফম অমা লৈতে হাযবা খঙখ্রর্বনি। ঐনা অবোযবদা পামলিবদি ইশুনুপীগীদমক শাবা য়ুম অসিদা ইবোচাউবগা মখোয় অনি লুহোংদুনা লৈহৌবা অদুদং যেংগে খনলি। হৌজিক্তি নখোয়গী মনাক্তসু লৈনিংদ্রে ঐগী য়ুম ইঙ্খোল অদুদা হনজিন্দুনা শিনিংই। বামোন মচা অমদা লাইশং মাঙোপ

শাদুনা কখোক্লম্লবনি, ঐগী মিংদা করিগুম্বা অমতা থমনিংদ্রে। মাঙোপ মচি অদুদা শিবগী মতম ঙাইকুরগে। ইশুনুপী অসিগা অসুক কুইনা লৈমিন্নরকপদু মানা চানিংবা চাজরনি। ঐগীনা ঈশ্বরদা কৎপা য়াবা মনা-মশিং খরা চাদুনা লৈরকলবনি। ঐগী চহি ৮০ লানখ্রে, শেল-থুমগী ময়াইদা ইচা-ইশুগী প্রেমদা অমুক হনজনিংদ্রে।

——— (***) ———

# মপাবুংগী য়ুমদা বিলাসিনি

নুমিদাংৱাইবমনি। সোবোজিনিনা কাব অদু থোংগান্দা থাবগা মখোংনা তপ্পা বিলাসিনিগী য়ুমদা চঙশিনলকই। সোবোজিনিবু হান্না মশক খঙবা য়ুম অদুবু কোইদুনা লৈবক্লবা মীওইশিংনা সোবোজিনিবু হেক উবদা ইবেন্মা লেংশিনবিয়ু, ঐখোয়গী ইবেন্মসু লৈবনি হাযদুনা তবাম তবাম ওকই। সোবোজিনিনা য়ুম অদুগী ফজবদু য়েংলি, মথোন অনি ব্রাংবা দলান, মথক্তা মথোন অমসু নৌনা হাপকৎকদবগী শেন্বা, হান্না মওং তাদুনা লৈববা য়ুমদা অনৌবা মচু তৈদুনা নিংথিনা শেমজিনলকপগী ফজবা অদু যেংবদা ওস্থোক্লা নুংঙাইবে, দলানগী মথক্তা থমলিবা পবেং পবেং নাইবা গমলাদা শাৎপা লৈশিং, য়ুমগী নাক যেত্তা থাবিবা মনা পুংলবা ফজবা পাম্বী, মীগী খুৎনা তোইনা শেন্বগী ফজবা মওং কযামকম অসি উবগা অতোপ্পা মী অমনা পাক চঙবা ঙমলোই। য়ুম অসিগী মমাঙ ওইবপ্পা মপান অকোইবদা সিঙী চনবা পুখ্রি মচা অদুগী লৈতেং যেংবগী পেনবা নাইদে। লৈবাই অকোযবদা মখল মথেনগী লৈবাং শুনা শাৎলিবা মবক মবক্তা নিংথিনা চপতুনা শেমলবা মনা পুংলবা অশংব পাম্বী কযানা তুম্বক তুম্বক হৌবি, ঈশিংগী ঈযাইদা তাইবং খুৎনা শোকত্রিবা থবো-থম্বাল খবদং তরু তরু শাৎলি। সোবোজিনিনা য়ুমগী অমসুং ইশ্খোলগী ফজবা যেংলিঙৈদা বিলাসিনি থোবক্তুনা পুশিনখ্রে, ফম্ফম কাদা ফমিন্নখ্রে।

বিলাসিনি ফমলম্বদগী হৌগৎতুনা থোঙজিন্দা লেপলগা - খুবা-খুবা কৌই। ইবেন্মা কবি তাকপিগদবনো হাযদুনা থোঙজিন মনাক্তা লেপ্লবে। বিলাসিনিনা খুবা চা অমুক্তা থকসিবা। ফনি, ইবেন্মা হাযবমলগা চঙখি।

সোবোজিনি - য়ুমসি ফজনা শেমলেদা লুহোংগদৌববনিনা ... ।

হোয, নংগী চোপতনবা ঐনা হোৎনবিবনি যাবদ্রা যেংলমউ।

ইস ! নংগী হোংবদা ফজনবা তৌজবগা ।

নত্তে, নং থিনজিনলকপদা ফজনবা তৌজবিবনি।

ফাগীসু ফাগীনি, বিলাসিনি তামোনা অমুক্তং উনসি হাযবকপনি।

হাযবমলোই নংনা হাযজিনবনি, তামোসু ঐসু লুহোংবগী নুমিৎ খঙনববনি, হোংগদবসু থা ফাদ্রে, হৌজিকপু অমুক উনদুনা কবি ৱাবী শানখিনি, নহানসু উনৈ, ইকাযদুনা কবিসু ঙাংনদ্রে।

নহান কদাযদা উনবিবা ?

নহান মিলিটবি আফিসাব অমনা যাম্নুংবু সিনিমা যেংলুসি, ৱাব পিকচব ফজবা অমা তৌবি হাযদুনা হৌবৈ, যাম্নুংনা ঐবুসু যেংহৌ, যাম্না ফজবা পিকচবনি, যাম্নুং মশামকসু পিকচব অদুদা যাওই হায ঐসু যেংনিংদুনা চৎলি। হোল মনুংদা ঐখোয অহুম পবেং শানা ফমই, যাম্নুংনা মযায থংই। শো হৌবমদাইদা তামোসি মতোমতা চঙলকই, ঐ কৌবা ঙমদে, তামোনা ঐখোয পুম্নমকপু অমুক্তদা কৌবগী মিৎযেংদা যেংলগা মযাং আফিসাব অদুদা খবা চঙশিনলু - হায, ঐনা হৌগৎতুনা সিট অমা চঙশিনলগা ফমই। মথং মথং চঙশিন্নবগা তামোনা মতাইদা ফমই। থাঙ্গৈশেংবদি তামোগী সিটসি ঐগী হেক থংনবদা তাবমগনি, হৌজিকতি তামোসু, ঐসু, যাম্নুংসু ইকোই কোইনবগুম্বা অমা তৌবে । শো লোইদুনা থোবক্লবা ফাওবা ঐ তামোবু কৌবমদ্রে, যাম্নুংগা অদুম যুমদা হনলক্লে। হোয অদুবুদি মসেন মবাই ওইবমদাইগী কোইনবিবা হাযবদুনি, হয়েং ওইনখ্রগা অমুক অমতা ওইশিন্নখিবা হাযবদুনি। অহল ওইবপ তৌবা নুপা অমনা চা কপ অনি পুথোবকতুনা মমাঙদা থমলবে।

বিলাসিনি সোবোর্জিনি, চা পুবক্লে, চা থর্কসি, খুবা ঐগী গমলাদা থাবা দলান মথককি লৈশিংদো ঈশিং খবা চাইবিযুকো। ফনি। অদুগা খুবা অনৌবা লৈ খবসু হেকলগা থম্বিবমউ, যাম্নুংগী কাদা লৈবিবা লৈশিংদো অমুক্তা হোংদোকলমগে। ফনি ইবেম্মা, হাযবগা অহল অদু কা অদুদগী মপান থোকখ্রে।

সোবোজিনি - বিলাসিনি ঙসিদি যাম্নুংসু পাবুংসু অমতা উদেনা।

যাম্নুংদি দিল্লিদগী মিলিটবি আফিসাব খবা হেলিকোপটবদা লাকই হাযনবদো হৌজিক ফাওবা লৈবি হায় মখোয চৎলমদাইগী পার্টি তৌনি হাযদুনা বার্তোন তৌবকই।

পার্টি অদু য়াওনি হাযদুনা অসাম বাইফলদা চৎখি। তান চাববদি নংগা লম্বীদা থেংনবম্বা য়াই, গাড়ীসু ঐগী গাডী পুখিবনি।

লম্বিদদি থেংনবমদে।

হোয় থেংনববসু থেংনদ্রবসু ঐনা খঙফম থোকত্রে।

অহল অদু অমুক লাকতুনা থোঙজিন মপানদা লেপলবে ... ইবেম্মা ফোন লাকই, অমুক্তা পাযবিযু হাযবিমানলে।

ও ... যাম্নুংগী কাদা লাকপ্রা ?

মানি ইবেম্মা মনুংগী কাদনি।

সোবোজিনি, নং নতোমতা লৈহৌবা নুংঙাইবোই চঙলুসি হাযদুনা সোবোজিনিবু পুসিন্দুনা ফমফম কাগা ইমুঙগা ফাওনবা থোঙগী পর্দা অদু হাইদোকতুনা কা অমদা চঙলকই। কা অসি মাজাউবগী তুম্ফম কানি। কা অসিগী ফক্লাংগী নাকল অমদা মিলিটবিগী ফীজেৎতা নম্বা ম্লাজাউবগী ফোটো খবা থেৎলি। অতোপ অতোপ্পা মিলিটবি আফিসাব খবগী ফোটো খবসু মথং মথং থেৎতুনা লৈ। অতোপ্পা ফক্লাং অমবোমদা অমুক যেংলুবদা মণিপুবদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মতম মতমগী ফিজেৎ-শেৎতুনা নম্বা ফোটো কযামকম মমিং থা থাদুনা মকোক মথং নাইনা লেংলিবদু উই। পুম্নমক অসি উবদা মনিপুবগী নিংথৌ মচা মশুশিংনা নুংঙাইনা অমসুং মথৌনা লৈনা পানলম্বগী অবেপ্পা লৈতবা ব্রাবীগী ঈচেল অমনা ইতিহাসকী চেনা মথং মথং লাম্হোবকতুনা সোবোজিনিগী মশাদা পুল্লপ তিনলবগুম ঙাইহাক অদুদা নিংথৌবেনগী ব্রাবী কযা নিংশিংখি।

মখোয় অনিনা লেপলিবা কা অদুগী ফক্লাং মচি অমদা কদোমদগী থোবকপনো খঙহৌদে সিফাইগী ফিজেৎ শেৎপা নুপা অমনা মখুবীনা ফক্লাংদা নমখিবগুম তৌই, হেক নমখিবগা মখাগী লৈমাই মচি অমা ইহাং হাংই, অহাংবা অহোবা অদুদা যেংথখিবদা থাক থাক নাইনা কুমথফম সিডি লৈবা উই। বিলাসিনিনা মাঙ থাদুনা সোবোজিনিগা লোযননা মখাগী কাদা কুমথখি। ফজববা চাউববা কা অমা লৈবমই। কা অসিগী মযাযদা টেবল অকোযবা অচৌবা অমা চৌকি কযামকম

ইকোই কোইশিন্দুনা লৈ । ফক্লাংগী অকোযবদসু পাক্লবা মেপ কযামকম থেৎলি। মেপশিং অদু অমতা মান্নদে, অমনা এবোপ্লেনগী লম্বি তাকই, অমনা ঈশিংগী লম্বি তাকই,কংফালগী লম্বী তাকপা মেপসু যাওই।

বিলাসিনিনা টেবল মথক্তা লৈবা ফোন অদু পাযদুনা - হেলো, হেলো ... মানি বিলাসিনিনি ... ও অদুদি - যাম্বুং পুংখাই অমা ব্রাৎলিদনা ... ঐগা ডাক্তব সোবোজিনিগা লাক্কে ... মৈতৈগী জগোইসু যাওনি হাযবা যাম্বুং ... থাবিবক্রুবসু যানি, ডাক্তব সোবোজিনিগী গাডীদা লাকমিন্নগে ... ফবে থমলগে ফোন থমই। ফোন থমলগা বিলাসিনিনা সোবোর্জিনদা ওনশিলগা -যাম্বুংনা ঙসি পলটনদা কুম্মৈ যাম্না তৌনি, যেংনিংলগা লাকউ হায, ইবানি চৎলুসিবা। সোবোজিনি থোইনা তাদে, কা অদুগী মওং মতৌ যেংদুনা লৈ। থাঙ্গৈশেংনা হাযববদা কা অসি অবোনবা কানি, কনাসু চঙহনদবনি, অতোপ্পা মপানগী মী হাযববু বিলাসিনিনা পুশিন্দুনা সোবোজিনি চঙলকলিবসিদনি।

বিলাসিনিনা অমুকসু সোবোজিনিদা ওনশিন্দুনা - হন্দক হেলিকুপ্টবদা লাকতুনা থুংলবিবা আফিসাবশিংসে নোংমা কাসিদা পুং ৩ চুপ্পা যাম্বুংগা লোইননা ফমদুনা ব্রা তান্নখি। নুমিৎ অদুদা ঐখোয ইমুঙদা লৈবিবা মী মযামসি পাবুংগা ঐগা নৎতনা লোইনা তানথোকখি। মপানগী কোম্প্লোং ব্রাংমদসু সিফাই অমা শন্ত্রি তৌই, য়ুম মনাক্তসু শন্ত্রি লৈ। মখোয মযামদুগী চা অমুক্তং থক্লবা, কবি কবি অমুক্তং চানবা সেবাদু ফাওবা ঐনা তৌই। ঐনা কাসিদা হেক লৈবিবা ফাওবা মখোয ব্রা অমতা ঙাংনদে। মখোযসু মেপ পুনবকপা যাওই, টেবল মথক্তা লোইনা থমনৈ, ঐসু থুনা থোবকই। মখোয অমতা মিলিটবিগী ফিজেৎ শেৎতে। কোন্না যাম্বুংদা মখোযনা খন্নবিবদু কবিনো হংবদা মণিপুবগা মপানগা চৎথোক চৎশিন তৌবা যাবা অনৌবা লম্বী শেম্বগী ব্রা তান্নবনি হাযবগা মখা তাখিদ্রে, ফমুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপতুনা পাকলবা মেপ অমা যেংদুনা লৈখি। মতম অদুদা মাগী সিফাইনসু ফমুং নাকনগী টেবল মচাদা চা পুথোবকতুনা থমলগা সলাম তৌই, যাম্বুংসু চা পুবকপনি হাযবদি খঙই অদুবু মেপ যেংদুনা অদুম লৈ, ঐসু অদুম থোবক্লে।

সোবোজিনি - যাম্বুংবু হৌজিক ছুটিদা লৈ হাযবা নৎত্রাও ? খঙদে, ছুটি জাৎ অমনি, নোংমগী মনুংদা যাম্বুং অবোনবা কাদা পুং অমমম মতোমতা ফমই, চেসু

খরা শুবগুম তৌই, মরক মরক্তা মণিপুরগী পলটনশিংদা লৈরিবা মেজরশিংসি কৌই। মখোয়সু সিভিল ড্রেস্তা লাকই অসুম্না ব্রারী শানা শানা বিলাসিনিনা মাও থাদুনা মথক্কী কাদা কাখৎলকই। মথক্কি কাঅদু হেক য়ৌবদা থোঙ শংবা নুপা অদুনা থুমনমক থোঙ অদু থিংজিনখি। কা অদুগী লৈমাই অদু লৈতেম চপ মান্নবা লৈমাই ওইরে।

মথক্কি কা অদুদা অহল অমনা লৈ চবুল অমা পায়দুনা লেপলমই। ইবেম্মা লৈ হায়বদু লৈজরে। অং খুরা য়াম্না ফরে, খুরানা লৈ হেকপদা কাটিনা চপতুনা হেকপসি য়াম্না ফৈ। মখোয় অতৈসু মখুৎনা থৎতনবা খুরানা হায়বিয়ু। অদুগা খুরা লৈশিংদো থম্বিরগা য়াম্বুংগী টেবল মচাশিংদা লৈরিবা হান্নগী লৈশিংদো লৌথোকপিরকউকো হায়বমলগা বিলাসিনি সোরোজিনি ফম্ফম কাদা থোকখ্রে।

বিলাসিনি - খুরা খুরা, কনামতা লৈত্রব্রা ? অহল অনি চপ মান্ননা থোঙজিল মনাক্তা লেপ্লরে। খুরা পাবুং কদাই লেংখি ? ঐজ্ঞাদি হব্রা গারী অচৌবা অনি পুরগা লেংখি। কদায়দা ওইরমগনি। শিংজমৈদনি, ইবেম্মগী পোৎ চৈ ময়ামদু ... । করি পোৎপু খুরা ? ইবেম্মগী কাংথোন উপু চনলিবশিংদু অরোয়বা য়াউরে লৌবিরবা য়ারে হায়দুনা পাউ লাকপদগী লেংখিবনি। ফরে ফরে। অদুগা ইবেম্মবুসু ঐজ্ঞানা ঙশাই অয়ুক হংলমই। করিগী ওইরমগনি খুরা ? পোৎ-চৈ চনলিবশিংদু করি করি ব্রাৎলিবা মওং মতৌ অপাম্বসু ইবেম্মগা মিস্ত্রিগা উনহনগনি হায়বগী ব্রা ওইনা তাকপিরমই। হোয় হোয়, খুরা হায়রগা সোরোজিনিদা ওনসিনখি।

সোরোজিনি - লুহোংবগী অউনপোৎনিনে, হোয় তয়ারি লোইশিনবা ফরে হেরা নংশিমা, পাবুংনা চুম্না ঐগী কাদা করিমতা লৈতে হায়দুনা পংলৈ লৈবনি। পংলৈ লৈবদুবু য়ুমসিদা থনমগদবদি নৎতে হায়বা, হোয়নে হোয়নে, নংগীসু লৈরিদুঙাইদনা। অদুদি পাবুংসু পাক লাকলরোই, পাবুংসু লৈত, য়াম্বুংসু লৈত, ঐসু অমুক চৎথোক্লবদি য়ুমদা কনাশু লৈররোই। য়াম্বুংনদি পাবুং লৈবোই নিংদুনা ঐবু লাকউ হায়রকপনি। সোরোজিনি - ফরেদা তোকলসি। হোয় অরেপ্পা হায়বা ঙমদ্রে, নংগী রাশিনা কনখ্রে, নমদুনা পুরগা য়াম্বুংদা পীথোক্কে তৌবনি, য়াখিদ্রেদনা।

বিলাসিনি - সোরোজিনি; ঙসিদি তান য়াম্না চারে, ইবানি খন্নগদবা ব্রা অমা লৈনে। নংনসু নহান তারিবদুনি, "বিমোলবাবু" হায়বা নুপা অমনা ইমা ইচাবু কয়া

পুকচেল চাউনা ঙাকপি শেনবিবকখ্রবনো ? ইমাগী মফমদদি ৱা অমা ওইখ্রে, ইমানদি নুপা অদুবু অমুক উনকনবা লম্বি থিববোই থিকদবনসু ফবে। অনৌবা লম্বী অমা ফনা পীদুনসু ইমানা চৎলু য়াগদবা লৈত্রে। ঐনা চৎতুনা উনকব্দি কবিশু অকাযবা লৈতে, চৎত্রগনা ঐবু শেন্বিবকপা মীবু খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবগী দোষ অমা পুবনি; ঈশ্বরনা দোষ অদু ঙাকপীরগে হায়বরসু ঐনা পেনজবা ঙমলবোই। বিমোল হাযবা নুপা অদু কবম্না থিসিগে, ৱাসি নংগতা তাননিংই, অতৈগদি তাননিংদে।

সোবোজিনি - মদু নংনা হৌদোবকপা যাম্না ফবে, নোংমা ইমানা ইমুঙদা ৱাবী লিখিবা নুমিৎতুদা ঐ বিমোলবাবুসি খঙই হাযনিংলবনি অদুদা মতাংসু কযা চাদে, শোইদ্রেহাযবা প্রমানসু তৌবা ঙমলোই হাযদুনা হৌদোকখিদবনি। নংসু মুন্না তাও ইবান্নি খন্নসি নুপা অদু বিমোল ওইবমগদ্রা/ওইবমলোইদ্রা ?

"নোংমা ইমাসি গাডীনা শোকলে হায়দুনা হোসপিটাল মনুংদা পুশিনলমই। পুশিনলকলিবা নুপা অনি অদুনসু ইমাগী মিং অমসুং লৈফম খঙদে হায। ঐখোযসু থোইনা অমুক হংনকবা লৈতনা অনাবা অদু কন্না হোৎনবি, হোসপিটালদা লৈবিবা ডাঃ ৩/৪ অমসুং নর্শ খবা অদুগা পুলপ চঙশিন্দুনা পুং অমবোম কন্না হোৎনববা মতুংদা অনাবগী চাং খবা হন্থবকই । ইমাসি ঙাইহাক পোখাশনু হাযদুনা ফমুংদা হিপহনলি। নর্শ অমতংনা অনাবগী মনাক্তা লৈহৌবগা ঐখোয মযাম ঙাইহাক পোখাবা ওইনা কাদুদগী থোক্লবা হোৎনবিঙৈদা ঐখোযগী মেডিকেল ডিবেক্তৰ চঙলকতুনা অনাবগী মওং হংলবে অমসুং যেংলবে। খবা ফবগী মওং উবদুনা ডিবেক্তরসু হবাউবে ঐখোয পুম্নমক্তা ওনশিন্দুনা - যাম্না চাউবা আফিসাব অমনা পুবকপা অনার্বনি হায়দুনা ফোন তৌবকপদগী লাকপনি, আফিসাব অদু কদাযদা লৈবগে হংই। ঐখোযদি পুমঙক ঙকনা থোকই। মতাং অসিদা অনাবা পুবকপা নুপা অনি অদুনা - সাহেবতি মাগী কাব মনাক্তা লেপ্তুনা লৈহৌই হাযবগা মাঙ থাদুনা থোকখি।

মযাম্মক কা অনি অহুম লাম্থোকতুনা থোবক্লগা অচৌবা অপাকপা লম্বি অদোমদা কুমথবকই। নুপা অমা কাব মনক্তা লেপতুনা লৈবদু উবদা মখোযগী ডিবেক্তবনসু হান্না খঙবা মীওই ওইবমানলে, সাব ! হাযদুনা সলাম তৌই, খুৎ শোকনৈ। ঐখোয পুম্নমকসু নুপা অদুগী মশক মতৌ অমসুং মওং অদু উবদা ব্যবহাব তৌনিংবা পোকই অমসুং সাব হাযদুনা সলাম তৌই। নুপা অদুনা নিংথিনা সলাম

ওকই, মখুৎ তিংখোবকতুনা ঐখোয় পুম্নমক্কসু অমমম ওইনা খুৎ শোকনৈ। ডিবেক্তবনা - সাব ঐখোয়গী ডাক্তবশিংসিসু নহাওাক ওইবনা সাবনগা মণিপুব গভর্নমেন্টকি থবক তৌবা নৎতবগা মখোয় অমতনা খঙলমদ্রে, যাম্না কুইনা লেপ্তুনা লৈবিবমলে ব্রাবৌবিগনু। অদুগীদমক ডিবেক্তব সাহেবনা কবিশু চিংনবিগনু হায়না খুমই। ডিবেক্তবনা মাগী কাদা পোত্থাবিখো, চা ফানখিসি অনাবসু কবিসু তৌববোই হাযদুনা মাগী কাদা পুশিনখি। নুপা অদুনা ঐখোয় ডাক্তব অহুম্বুসু চা থকমিন্নখিসি হাযদুনা ডিবেক্তবগী কাদা থুনা চঙমিন্নবে। ঐখোযগী ডিবেক্তবনা মাগী সিটতা ফম্বিযু হায, নুপা অদুনা য়াদে, চৌকি অমদা ইলায লাযনা ফমথখি। ডিবেক্তবসু মাগী সিটতা ফমদ্রে অশুমনা মযাম পুন্না ফম্মিন্নদুনা চা থকমিন্নখি।

নুপা অদুনা ডিবেক্তবদা মী অমতা থাবিখো, অনাবা পুবকপা নুপা অনি অদুবু কৌবক্লবা হায়। থুনমক নুপা অনি অদু থোঙজিনদা লেপ্লবে। নুপা অদুনা মাগী কোতকি ফুবিৎখাউদগী ১০ গী নোট খবা পুথোবক্লগা হাযফেৎতং মশিং থিবগুম তৌই, য়েংবদদি ফনা যাম্না উই। নোটশিং অদু ঐখোযগী চম্প্রাসিদা পীবগা নুপা অনি অসিদা চপ মান্ননা পীবিখো। মখোযগী মফি মবোনসু ঈ যাম্না তৈবে, যাম্নসু ব্রাখ্রবনি হায। চম্প্রাসি অদুনা শেলশিং অদু পাযশিন্দুনা থোঙজিন্দা লেপলিবা নুপা অনি অদুগা লোযননা থোকখি।

নর্শ অমা চঙশিনলকতুনা ঐঙোনমক্তদা অনাবা মমিৎ পাংলকলে নাহেবা হৌবে হাযনা পাউ পীববে। ঐসু কা অদুদগী থোবক্তনা অনাবগী মনাক্তা চৎলে, ডাক্তব অনি অদুসু ঐনা থোবকপদা অদুম ইনবক্লে। ডিবেক্তবগা নুপা অদুগা লৈহৌবে। ঐখোযনা অনাবগী ফিবম কুপনা য়েংলুবগা কবিশু কাইবা উদবদুদা মাগী সেবা তৌবিগদবা নিংথিনা তৌবিবগা অমুক তুমহনলম্লে। ঐখোযসু মবি-মবি মপান্দা থোবকই, ডিবেক্তবগা নুপা অদুগসু থোবক্তনা কাব মনাক্তা লেপলমলে। নুপা অদু কনা মানলি হাযগদৌনো খঙদে, চাউ শাংবা মীনি, কুচু ঙৌবোক ঙৌই, ঈ থাংবা তনৌ তনৌবা কুচুনি। চহি যামলম্বদি য়াই, য়েংবদদি নুপী নহা থিদ্রিবা পাখঙগী শকফমগুম উই। ডিবেক্তবনা ঐখোয়দা অনাবগী ফিবম কাইব্রা হংই। ঐখোযনা খুমই কবিসু তৌদে, চুমনা মিকপ থোবকপদুদা মখোযনা নুংশা থিদুনা কৌবনি। ঐমক্লা নুপা অদুদা ওনশিন্দুনা - সাব, অনাবগা ব্রা ঙাংর্নাবিগদবা লৈববসু ঙাংনবিবা যাগনি

হায; ডিবেক্তবনসু উনকসি হায। নুপা অদুনা খুমই - "অনাবা ফহনবিনবা হোসপিটালদা পুজবকপতনি, ফবনি হাযবা পাউ ফংজবে, নুপী অদুদি ঐগা অমুক উনববোই।" অসুম্না হায়নদুনা ডিবেক্তবগা খুৎ শোক্লবে, ঐখোয পুম্নমক্কসু কাইনবগী খুৎ শোক্লবে নুপাদু গাডী থৌদুনা চৎখ্রে। নুপা অদুনা চৎখ্রবা মতুংদা ডিবেক্তবনা ঐখোযদা ওনশিন্দুনা - অনাবগীদমক অফবা চিঞ্জাক লৈবিনবা অমসুং মাগী সেবা তৌবিনবগীদমক তোঙান্না শেল থনমগে হাযবমই, ঐনা লৌহৌদে। অনাবসি খবা থৱাই য়াওনা যেংনবা ঐঙোন্দা হাযলমলগা ডিবেক্তবসু চৎখ্রে।"

নুপা অসি বিমোলাবাবু হাযবদু ওইবমগনি হাযনা পুক্লিংদা থাজবা অমা পোকই। নুপা অদুগী মশক মতৌ, ৱাঙাং শাঙাং পুম্নমক অদু তাবগা অমদি তৌবমলিবা পুকচেক চাউবগী থবক মযাম অদুগা ওন্থোক্লা চানখ্রে। বিলাসিনি - ঐসু নংগী ৱাবীসি মুন্না তাবিবনি, নুপা অদু শোইদনা ওইফম থোকই। মনিপুবগী ৱাংমদা থবক তৌবা মবক মবক্তা থোবকতুনা ইমা ইচাবু যেংশিলবিবম্বা ওইবম্বা তাই। ফবে, বিমোল হাযবা নুপা অদুমক ওইবমদ্রবসু মাগী খোংগুল হান্না লিখিসি। ঙসিদি নংসু চৎলো থেংলনি হাযবগা বিলাসিনি সোবোজিনি হৌগৎতুনা মপান থোক্কদবগী লেপখৎলক্লে, বিলাসিনিনা লেপ্পা লেপ্পা ইমুঙলোমদা ওনশিন্দুনা খুবা কা শংলিবা শন্ত্রিদা যাম্নুংদা ঐখোয কুম্মে যেংবা লাক্লবোই হাযদুনা ফোন্দা খবা হাযহনবিখো হাযবমলগা থোকমিন্নখি।

——— (***) ———

# বিমোলা

ইবেমহল - হৌজিকতি নচানুপীসু লুহোংলে, নচাগীদমক ব্লারকপা পুম্নমক্কু কোক্লে, মপা, মমা, মবুং শুনা উনরে, মঙোন্দগী হেন্না মরাইবক ফবি নুপীদি মণিপুরদা লৈত্রে। নংনা ব্লাজরমবা লাইরবিগী পুক্সি হায়বদুদি হন্দক মপোক্কিদি ওইররোই। মণিপুরদদা নৎতনা মীরৈবাক কয়া লান্না মমিং চৎলিবা মপা অমসুং মবুংনি, ইমুঙদুগী অমৎতা ঙাইবি নিংঙোলনি। মমা পোকপা মপুবোক্লা মপোক তরেৎতা তানবা ফংলরোইদবা লন-থুমসু নচাগা ইচাগদা পীবিরে। নংগী করি নিংবা কাইবা লৈরি। পাবুংনা ইমুঙ অনি অহুম অসিগী অহল হায়বদু ওইরি। পাবুংনা লৈরিঙৈদা নংশু অহলমক ওইখিবা নৎতে স্নাখ্বাগী যুমদা লৈরুনবা তৌসি। ইমুঙ অদুদা নুপা অমতা লৈতে। স্নাখ্বানা ঐখোয়গী ইমুঙদা হানগুমনা দ্রো দ্রো তৌরদ্রিবসিসু নংবু ইকাইবদগী অমসুং পাবুংবু উনবা ঙমদবদগীনি হায়বসি মপাবুংদা তশেংনা হায়রবনি। নুপাগা নুপীগগী মরক্তা অচুম অরান থিনবসি তোকথোকতুনা নুপী ঐখোয়না লানবনি হায়দুনা চঙজবদা নুপীগীসু নুপাগীসু ফজবনি। স্নাখ্বানা নংগী নফমদা ইকাইবা নংবা হায়বসিসু নংগী থোইনা লেমনিংঙাই লৈতে।

হৌজিকতি থোকখিবনা থোকখ্রে, শিখিবনা শিখ্রে। মপা মমা, মচিন মনাও হায়বা লৈনদবা করিসু করিসু থোক্লদবা মপানগী সমাজ অমদা লৈরুরবসু মপা মচা মচিন মনাও হায়বা মীওইবগী সমাজ অসিদা অমুক হনজিলক্লবনিনা চৎনবি মতুংইন্না স্নাখ্বাগী মনাক্তা লৈরুবনা মীনা ব্যবহার তৌবা হেনগনি, নচানুপীগীসু ফজবা হেনগনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা সোরোজিনিগা নচা স্নাজাউবগা লুহোংগদৌরিবসিসু মমা লৈজদবা হায়বদু অতাক্লগদৌরি। মচা মনাই, মরি মতা হায়বদুনা মহুৎ শিনবা য়াবা নৎতে। নচানুপা অসিসু অনিশুবা নৎতে, নচানসু ইমাদা হায়দুনা লৈ, নঙোন্দমক হেক হায়বা ঙমদবগী তৌবনি, মচল নুপীদা তকনবিবনি, হযেং নংনা থৌওইদবা তারক্কনি, নচানুপাগী লুহোংবা নংনবা চৎতবা য়াদে।

বিমোলানা খুমই - ঐহাক্না ইচা ম্নাজাউবগী লুহোংবা নুমিৎতা মমা অমনা তৌবা হৌনবা থবক পুম্নমক তৌবদা সমাজ অসিনা নোক্নবোই, ঐনসু লোইনা তৌগে খন্দুনা লৈবিবনি। ইচাগী মফমদা তৌবা হৌনবা ঙাকপা হৌনবা কয়া নীতি পুম্নমক ঙাকলমগনি। ঐগী পুন্সি অসিতদি ইপুবোইবা অমগী পুন্সিদা তিনশিনবা ঙমলবোই। ম্নাখ্বাগী মফমদনা থম্মোই শেংদবি ওইগদৌবি, বিমোলগী মফমদনা অমাংবা হকচাং ওইগদৌবি। ঐনা মীনমদুনা ইপুবোইবগী সেবা তৌবোই, নুপীগী সমাজবু মীনম্বা সমাজ হাযহনলোই। পুন্সি অসিমা য়ুম পান্দনা লেল্লগনি, ঐহাক কনাদসু য়ুম পানখিদ্রি।

ম্নাখ্বাদগী ফংজবা ইচানুপী অসিদং মাংহনবা চুমদে খন্দুনা য়ুম পানবী নুপীগী শকফম লৌদুনা ইচাগী পুন্সি শেমজবকপনি। তাইবং মীওইবগী পুন্সিদা পোক্নগা মীওইবনা চেনবা হৌনবা লমচৎ অদুদদি চৎনিংই হাযদুনা চৎলকলিবনি। "ঐনা কুমাবিগী মিংচৎ পাম্বগীদমক ইচাবু লোন্না মাংহনখিদে, সমাজগী অখাবা মিৎযেং কিবগীদমকসু ইশাবু আত্মাঘাট তৌদুনা মাংহনগে খনজবক্তে, সমাজগী ব্রাবী পুদুনা চৎলিবা নুপীগী ইতিহাসকী চেনা অমতদসু অমাংবা ঈ তৈশিনজবকত্রি, অবানবা মযেকসু ইশিনজবমলোই।

ঐগী পুন্সিগী ইতিহাস হোংখিবদি ইচেতোম্বীগী লমজিং লানখিবদগীনি, মসিগী দোষতি ঐনা পুবা ঙমলোই, ঐগী ব্রাখলনা লাম্বা ফংবগী মনুংদা লৈবা অচুম অবান অদু ফাউবদি ঙাকলকই মসি নৎতবা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদি চৎলুবা ঙমদে। সমাজ অসিদা কনাগুম্বা ঐগুম্না মবাইবক থিবা মীওই যাওবক্লবদি বিমোলগুম্বা পুকচেল চাউবা নুপা অমদগী মতেং ফংবা ওইসনু, মসিনা ঐগী পুন্সিগী লাইশোন্নি।

মবাইবক থিবা মী অমতনসু বিমোলগী অবেপ্পা পুকচেল অমসুং শকফম্বু যেংনিংউদবা ফৈ। "নুংশা যাইবা পাম্বা মীনা নুংশাগী মণ্ডালতবু যেংই, নুমিৎপুদি যেংগে হোৎনদে, ঈশ্বববু নিংবা অচৌবা ভক্তশিংনা ইবুঙো মাগী থৌজালতবু ফংজবগা পেনজৈ। ঈশ্ববু যাদবা মীওইতনা মাগী মতিক মণ্ডালবু উবা ফংদবদগী ঈশ্বব হাযবদু কদাইনো যেংগে হোৎনজবতনি।" ঐদি বিমোলবু অমুক উনগে খল্ল্রে, মাগী মুর্তিবু লাৎচবম্বদি থম্মোইগী থম্বাল ১০৮ তবু কৎচগে লাৎচবম্বনি। হৌজিকতি ঐগী অমাংবা হকচাংদগী মাবু বিদাই তৌগ্রে, অমুক ফংনবা হোৎনদুনা ইপাপ লংশিংজবোই।

ঐদি য়ুম শান্দবীনি

ঐহাক হৌজিক ফাউবা য়ুম পান্দ্রি, ইচা অমসুং ইপুবোইবগী প্রেমদি ফংলে। ঐগী পোক্লফম সমাজ অসিদা ইচা অমসুং ইপুবোইবগী পুন্সি উবে, পোকপগী মহৈ য়ানলে। পুন্সিগী মতেক অমা অন্নাবা তাকুবগী মহৈসু ফংলে, মপা মমা, মচিন মনাও হায়বা লৈনদবা মপানগী সমাজ অমদনা বিমোলগী থৌজালনা হিংলক্লে, মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি অমা অমুক থিববোই।

লোইববা।